# লান অমসুং মঙ

কৈশাম প্রিয়োকুমার



রাজ পব্লিকেসন্স
মাইকম চীংমাঙ, নম্বোল
২০০০

***Lan Amasung Mang (War And Dream)***

a collection of sixteen Manipuri short stories by Keisham Priyokumar and published by Raj Publications, Maibam Chingmang, Nambol, Manipur - 795 134




অহানবা খুৎনম ঃ ২০০০

অফোঙবা ঃ

রাজ পব্লিকেসন্স, মাইবম চীংমাঙগীদমক্তা

রাজকুমারী দিবিতানা পুথোকপা

মখুম ঃ সুধীর

মমল ঃ লুপা ৪৫/-


---




নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বজার, ইম্ফাল

# য়াওফম

# অইবগী মায়কৈদগী

১৯৯৬ ইংদগী ১৯৯৮ ফাওবগী মনুংদা ইখিবা ৱারীমচা খরগী খোমজীনবা লাইরিক অমা ১৯৯৮ ইংদা ফোঙনবা প্রেসতা পীশিনখি। ঐগী মরূপ রাজকুমার ব্রোজেন্দ্রনা ফোঙবিগে হায়দুনা। অদুবু কম্প্যুটরদা কম্পোজ লোইনা তৌবা লোইরগা নমদনা অদুম্মক লৈখি। পব্লিশরগী মরাল নত্তে। মদুগী মহুৎ 'নোংদি তারকখিদরে' গী অনীশুবা খূৎনম ওইনা তঙাইফদনা ফোঙহনখি। অদুগীসু মথক্তা ৱারীমচাশিং অসিগী খূৎফোঙদোক্তা, থিমদা, ৱাহৈ ৱাতানচিংবদা অপাম পামদগী ৱাখল ময়াম অমনা লমজীংদুনা ঐনা ফোঙনিংলক্তবগী মওং অমা উবদগী ৱারৌনা তুমিন্না লৈখি। মসি ঐগী মায়কৈদগী য়াম্না লূজদবা ৱাফম্নি হায়না অমুক খল্লকই। অদুগীসু মথক্তা অপেনবা হায়বসিদি খক লৈররোইদবা— নোংমা নোংমগী ৱাখল, মীৎয়েং হোংলকপগা লোয়ননা অপাম পামদগী চাং অসিসু অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্কদবা লৈবনা মমাঙগী চহী খরা অসিদা ইখিবশিং অসি ফোঙদোকহৌদ্রবদি মতুং দা অমুক হন্না ফোঙলক্তবা য়াই খনবদগী চহী অনীগী মতুংদা লাইরিক অসি নম্বনি। ঐগী মরূপ রাজকুমার ব্রোজেননা ৱারী মচা খরগা হাপচিন্দুনা লাইরিক অসি খরা চাউনা ফোঙনিংবগী অপাম্বা অমুক ফোঙদোক্লকই। ঐনা য়াখিদে। য়াদবগী মরম অনীখকনি। অহানবা মরমনা, লাইরিক পাবিনবা লৈবিনবা লৈতবা লমদম অসিদা তাঙনা থোক্লক্লিবা পব্লিশর অমদা লাইরিক নম্বগী ভারাবা পোৎলুম অমা ননশিনবিদুনা নীংহন্নহনখিবা ঐহাক পামজদে। অনীশুবা মরম অসিদি ঐগী নুংগী চয়েৎনবনি। অনৌবা খূৎফোঙদোক অমা পান্নকপনি। পুন্সী অমদি সমাজগী মশকপু মনুং হুজ্ঞিন্না য়েংদুনা ঐগী হান্নগী খূৎই অসি থুগায়নিংলকপনি। অদুগীসু মথক্তা ঐখোয়গী সাহিত্যনা হৌজিক্কী সমাজ অসিদা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমদে। অদুনা কলা অমসুং সাহিত্যদি শিরবনি হায়নবা য়াওরি। মীওই খূজোক খরতগী ওইবা মীয়াম পূম্বগী ওইবা ঙমদবা, শক্তি লৈতবা কলা অমা ওইরক্লিবা অসিগী মরু থিদুনা অনৌবা কলা অমা থিবা, শাগৎপা য়াম্না দরকার ওইরে হায়বসে ঐহাক্না থাজজে। অদুনা ঐহাক অনৌবা ৱারীমচা ইবা ঙমদে। মসিনি ঐগী অৱাবা। হৌজিক্তি তুমিন্না য়েংবা, তাবা মসিখক্তনি ঐনা তৌরিবা। ফিবম অসিদগী হোংলকখিদবসু কনানা খঙবা।

অদুবু নম্লুবা খরা অসিদি ইশাগী অপাম পামদ থাদোক্তুনা ময়ামগী খূত্তা শিন্নজরে। অরোইবদা রাজ পব্লিকেসন্সপু থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

দিসেম্বর ১০, ২০০০ ইং

কৈশাম প্রিয়োকুমার

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

মণিপুরী লোলদা ইবা লাইরিকশিং মশানা ফোঙনবনা অয়াম্বনি। মসোমদগী য়েংলুরবদি মণিপুরগী অইবশিং পৈশা পায়রি। অদুবু, মশানা শুকফোঙ ফোঙজদবা অইবশিংসু লৈতবদি নত্তে। তশেংবনি, অতোপ্পগী লাইরিক ফোঙগে হায়দুনা থোক্লরকপা মীওইগী মশীং থোইনা য়ামদে হায়বা য়াই। মরম অসিদগী লনায় মরূপ, সংস্থান খরা অমসু শেমগৎনরকখি, লাইরিক ফোঙদোকপগী পান্দম অসি পুদুনা। ঐহাক ইশাগীদি, হান্ননা অতৈ মফম খরদসু হায়জখ্রে, সাহিত্যগী, লোলগী, সংস্কৃতিগী, মণিপুরীশিংগা মরী লৈনবা হীরমশিংদা অঙম্বা মতেং খরদং ওইরবসু থৌগল তৌবা ঙমজগদ্রা খন্দুনা লাইরিক অমা অনী ফোঙজরুবতনি। তশেংবদি— অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ফোঙনদ্রিবা খুৎইদা লৈরিবা অশেংবা পুয়াশিং— অনৌবা মওংদা, খরগা হেন্না বিজ্ঞানিক ওইনা পুথোকপা পামজবনি। মসি ঐখোয় পুম্নমক্কী ওইনা কান্নগদ্রা নীংজে। নুংঙাইজদবদি, অয়াম্বা ফোঙনখ্রে; ফোঙদবা লৈরিবা অতৈশিং অসিসু তাবু হাংবদা ওন্থোকপা অরাবা অমা মায়োক্লরি। অদুবু মতমগী খোঙলৈ ঙাইবা হায়বদুনি।

অসুন্না পামজবা অমগী মখাদা চৎখজরকপা পরীং অসিদা মতম ফন্না কুইনা পুথোকপা ঙমদদুনা, ঐ ইশাগী মায়কৈদগীসু, লৈরক্লবা ইয়াম্বা কৈশাম প্রিয়োকুমারগী মরিশুবা রারী মচাগী লাইরিক 'লান অমসুং মঙ' হন্দক ঈশ্বরগী থৌজালদগী মঙাল উহনবিগদৌরে। মসিগীদমক অরাবা কয়া খাঙমিন্নরক্লবা, প্রুফ য়েংবগী মতাং ফাওবদা মতেং পাংবিয়ু হায়জখ্রবা অমসুং অঙম্বা মতেংসু পাংবিরকখ্রবা ইয়াম্বা অসিগী লমন তোল্লবনি। মহাক্কী তুংগী পুন্সীদা হেন্না য়াইফবা ওইরক্কনি হায়না ঐনা থম্মোয় শেংনা আশা তৌই।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা রারীমচাশিংগী মমলদি অপাবশিংতনা লেপকদবনি হায়বসি ঐগীদি অচেৎপা থাজবনি। মসিদি অইবনসু হায়বা ঙমদে, ক্রিটিকশিংনা লাইফাও তৌবসু ঙমদে। তামো কৈশাম প্রিয়োকুমারনা ৩শুবা মিলেনিয়ম চঙলকপদা হোংদোক্তুনা ইবিরক্কদৌরিবা খুৎই, টেক্নিক অমসুং মহাক্কী কলাবু মীয়াম্না খৌরাংনা ঙাইনগনি হায়না খঞ্জে— ঐহাকসু ঙাইজরি।

লোইশিল্লকপদা, মতম অয়াম্বদা হঞ্জিন-হঞ্জিন ইয়ুমদগী ফাওবদা হেন্না নৈদুনা অরাবা কয়া পুমিন্নরক্লবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী থবক পুবিরিবা ইচিন-ইনাও পুন্নমকপু অমত্তা ওইনা থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

মাইবম চীংমাঙ
২০ দিসেম্বর, ২০০০

**বি. এস. রাজকুমার**

## হনুবী অমগী ঈশৈ

অয়ুক্লি। ইঙাগী নোংসু অরেপ্পা লৈতনা চুরি। অতিয়া পূম্বা মম্মী। নুমীৎ তরেৎ নিপাল্লি শুরে অসুম্না তারক্লিবা। হনুবীদু মাঙ্গোলদা সোফা অমদা তাশীন্দুনা ফল্লি। মাঙ্গোল হায়জবতনি, জালীগী থোঙনাও শাংনা পাল্লগা অকোয়বদু খাজীনবনি। ময়ায়দা থোঙ পাল্লি। মমাঙদা লৈরিবা মখোল তপ্না থাবা টেলিভিজন অদুদা মহাক থওইনা য়েংদে। মমৌ নুপীনা পীরম্বা চা অদুসু পুমঈং ঈংলে। মদুসু থক্তে। মশু অহুমদুনা লাইরিক পারিব্রা শান্নরিব্রা হায়বা খঙদবমখৈ মনাক্তা লাঙদুনা লৈ। অমুক অমুক মখোয় মশেন খৎনরকই। কিন্না কোক-কাক থিন্নরকই। নোক-নোক্তুনা অমুকসু নম্নে। অহানবদদি ফনা ঙাঙ-শক্তুনা খাম্লম্বনি। থওইনা তাবীদবদগী তোক্লে।

মপান্দা নোংনা মপোপ চাউনা তারিবদুদা মুন্না য়েংই। ...অং-অং, নোংজুথা হায়বদু ওইরে... অপীকপা খোংশিং, খোংবান-লুকপান ঈশিংনা পীক থল্লম্লগনি... লৌবূকশিং ইরং লংলম্লগনি। মশাদু লৈতানা ফম্বা ঙম্লক্তে। ফম্লম্বদগী অমুক অমুক হৌগৎকে তৌই।

— গ্যাসসু লোইথোকখরে। ষ্টোবতা থাঙ্গৎপসিনদি চাকনেনা তৌরিসি ঙসি লোইবগী ৱা লৈতে।

মমৌনুপীগী মখোল তারকই।

— টেলিফোন্দা গ্যাস লাকপরা অমুক্তা হংঙুদনা?

মচানুপানা হায়রকপনি।

— পূং অসুক থেঙলফাওবা নঙনা ফমুংদা অদুম হীপ্তুনা লৈয়ু।

...মাবু হৌজিক ফাওবা হীপ্লিবরনে? নোংঙানবদি ফনা মকুয়রবনি। ইবোচৌবদি? মাদি ঙসাই মল্লিঙৈদগী লৌবূক্তা উকায় তকপা চৎলমগনি। নোং মরকসিদা খুদৈ মতৎতুমগা মশা পূম্বা লৈখোম-লৈনাং ইতৈ তৈরদুনা উকায় তক্লমগনি। মাগী শনদুবু...? অং, শনদু অহল ওইরে। ময়াংসু কংত্রিক কংলে। মপাঙ্গল য়াওদ্রে। শন পোৎপা অমদি লৈবা চুম্লবনি অং-অং, শন পোৎপা অমা।

— গ্যাস লাক্তেয়ে। নোংজুথা য়ৌরক্লবদি লম্বী য়াদ্রে খোৎত্রে হায়দুনা গ্যাসকসে নীংথিনা ফংলক্করোইদবনি। ওনথোক্লা তন্দৌরি।

মমৌনুপীনা ঙাঙবা অমুক তারকই। চাকখুমদা চঙদুনা মতেং পাংনিংবনি। অদুবু কমদৌনা পাংগদবনো খঙদে। চাক থোংবসু এঞ্জাং শেম্বসু টেবলদা লোইনমক... অরংবা

কোল্লীকশিংগদু শীজিন্নফম অমত্তা খঙদে। চাকখুমদা লৈরিবা পোৎ খুদীংমক মঙোন্দা পুন্নৌ নৌবা ঙাক্তনি। সুম ফমদুনা লৈবসু হৈনদে। থবক তৌফমসু খঙদে। মশাসু ইহৈ হৈনিংদে। অদুবু অদুম ফমজীল্লি।

...তোম্বীমচাদুবু? মচাশিং স্কুল কাবা নংনবা চন্দোল-চবা থিল্লদুনা চাকখুমদা চঙলম্লগদরা? য়েনখাদা পৈহৌবা চীংদগী চল্লুবা শীং মপুনশিংদু নোংনা চোৎলম্লোইদরা? ...ফক্লাংদসু শম্বী নপ্লম্বদু নোং হাইজিন্দুনা কেল্লম্লোইদরা? তোম্বীমচানা নৎত্রবসু হনুবনা লৌশিল্লমগনিদা। হনুবদু মখ্বাং নাই হায়হৌবদায়? হেক হেক অহৌবা নাইবনি। ফম্মুংদা হীপ্তুনা লৈথোক্লম্লোই। মাঙ্গোন্দা ফমদুনা শঙাইদুমগা পৈয়া শিরমগদ্রা? ...অং-অং, মখোয়গী ইংখোলসে লৈ থাগদবগী শরদক, পীক্লবসু পীক্লা য়েনশাং-নাপী খরা ওইনা থাবনা ফবনি। লৈনবু কৈদৌনদোইনো? খঙদে।

— ঐনা নহান্না গ্যাস অমত্তংগা কনেক্সন তৌসি হায়বদি য়াদে। হৌজিক্তি সিলিন্দর অনী শুদদুনা কয়া নুংঙাইত্রবনো?

নোংনা জিঙঘদা য়ৈবগী মখোল মরক্তা মমৌনুপীনা শোম্থাংননা হায়বদু মশেন মরাং অমুক তায়।

— নঙনা হোবে হোবে রিফ্রিজরেটর অমা লৌশিল্লুরগা ঐঙোন্দা অমুক তাইনরক্লবরা? মচানুপানা হৌনা খুল্লকই। ফমুংদগী ওইরমাল্লে। ...হৌজিকফাও মাবু ফমুংদা লৈরিব্রা?

— মদুসু লৈদবা য়ারিব্রা? অঙাংশিংগী আইসক্রিম, রসনা, ফলোদা মীঙোন্দগী লৈদ্রেদনা।

উম, মানা লাকপদা এলাংখ্বাংপোকপীগী কৈথেল মচাদুদগী লৈবাকহৱাই হৈঙাল, কবোকখোইবাক, চু তাঙ্কক, লালু খরা মগুশিংগী চানবা লৈরকখিবনি। উন্নখিদবা কুইরে খন্দুনা। মগুশিংনা মঙোন্দা হরাওনা কোনশিন্দুনা মানা লৈরকপা অচোপোৎশিং চাবা য়েংনিংখি... অদুবু মমৌনুপীনা মগুশিংগী মখুৎতগী মুনখি... অং-অং, য়েনখারোমদা তুমীন্না হুন্দোকখিবরা? ময়াঙ কংলপ কংলপ তৌবা মগুশিংনা তিংঙক তিংঙক য়েংখি। মগুশিংদা নুংশিনা অচাপোৎ খরা পীজনবা হক মৎপীরবদা মহাক ৱারৌখিবরা? খঙদে। অদুবু মমৌদা হায়খি,

— অঙাংশিংনা হরাওনা চাজবদু করিগী মুনবিরিবনো?

— ঙসাইদগী মচিনশিং অসি শুপ্লেপ লেপত্রিবনি। নাবু নারনিনে।

মহাক মখা তাখিদে। ইমুংদা মচাশিংদা ঙাঙবা তায়, 'ঐনা মথোঙ মরম খঙদবা পোৎচৈ চাবা য়াদে হায়দ্রা?'

ইবোচৌবগী মচাশিংদো... অং-অং, করিসু লৈবিদে। নোংফাদোক কবোক খরগা

লৈবিরুরবদি মুন্নদুনা মথোঙ মরম খঙদে। মশা ফর ফরবা মশুশিংদো কবোক খোইদুম অমগী নম্নরিবনি। অদুদগী মমান্নবগুম অমুক শান্নমিন্নে।

— গ্যাস কনেক্সনসু পাক য়াবা নত্তে। অদুবু ঙাঙনবা তারেদনা।

হনুবীদু মঙফাওনৈ। মচানুপানা মখা তাখি,

— খঙদ্রে। হন্দক্তি পৈশা য়াম্না চৎকদৌরি। এল, আই, সি, গী শেলসু থীদবা য়াররোই। ৱাশীং মেচিনসু পৈশা খরা থীরগা অরেম্বদু শোংকে ঙাঙনরম্মী।

— ইহে, অঙাংশিংগী স্কুলগী ভান ভারাসু হন্দক্তগী হেঙ্গৎলগনি হায়রম্বনি।

তুমীন লৈনখি। মাগী মরমদগা পন্নখিদে। মমৌনুপীদো চঙত্রবরা? হনুবীদু তাশীন্দুনা অদুম্মক ফম্মী। নোংসু কন্না চুবা হেঙ্গৎলকই।

— নখোয়গী সিনেমা অসি খরা মুখৎলুনে। খীৎ য়েংজনিংখিদরে।

মশুনুপা অহলদু পরপ পরপ চঙশিল্লক্তুনা টেলিভিজন্দা মুন্না য়েংলগা হৌনা নোক্তুনা হায়রকই,

— সিবু সিনেমানে হায়য়ে ইংলিশকী পাউ অসিবু।

অহুম্মক নোকই। মতৌদুদা মহাকসু নোকই।

— কনানা খঙজগদগে, মুৎতা মুখৎলু।

টেলিভিজন মুখৎখি। মশুশিংসু ইমুংদা চঙখরে। ইচিক চিকপগুম তৌই। অদুবু জিঙঘদা নোংনা য়ৈবগী মখোলদি হেন্না ময়েক শেংলকই।

...অং-অং, নোংজুথা হায়বদু য়ৌরে। লৌবূক পূম্বা ঈশিংনা ইরং লংলম্লগনি। চীংয়াদগী লোইরোই লোইরোই ঙমথরকপা অদুদগী শুগনুগী লম্বী... অদুদগী পাৎ ফাওবা শন্দোকখ্রিবা লৌবূকশিং... ঈশিংনা পূল্লং লংলম্লগনি। ঙসি নীনী হুল্লিসিদা শঙম অহুমদি শম্পোৎ খোইবা, উকায় তকপা ঙমগদরা?....অং অং, হনুবদুনা মখ্বাং নারমদ্রবদি হেক মফগদবা। ইবোচৌবা মতোমতনদি শূবা ঙম্লোই। শঙম অমা অনীদি মী নেকপা তাবনি। শম্পোৎ অখোইমন, অৱাৎপা লৌহোনমন, অরিংমন... অদুগা হার বেগ খরসু। হারবু লৈবা ফংখিদরা? কদায়দবু ফংলমগনি। ...ককচিং, ৱাবগাইদদি লৌবূক্তু ইশং শংহৌরে। ...মী নেকপবু ফংগদরা? চিংজিন অসিদদি মী খুদীংমক খোইরেল মশা পাইনরবনি। ঐখোয়গীদি লৌ অসিবু থেঙগদৌরিব্রা? ইবোচৌবদু মপূম হেক থীৎপা হায়বদুনি।

— ঐগী টিফিনসে টোস ঙাক্তা। য়েরূমসু য়াওদে।

ইমুংদা মশুনুপানা লাউরকপদা তূম্লবদগী মীৎকপ খংথোক থোকপগুম্মী। হনুবীদু তাম্লবা লৌবূক্তগী হল্লকই। স্কুল কারমদাইগী লাঙবগী মখোল হৌনা তায়। কোম্থোংলোমদসু গাড়ীগী হোরোন য়াক্লা অনী অহুম্লক খোংলকই।

— ভান লাক্লেনে। য়েরূম অফুৎপদু ফ্রিজদা থল্লম্বনি।

মমৌনুপীনা হায়খি। ছাতিন অমমম মচিন মনাও অহুমদু তৃপ্তুনা নোং মরস্তা থোকখি। মফি-মরোল তনান তনান শেৎলদুনা। মঙোন্দা হন্না ফাওবা য়েংলমদে।

...ইবোচৌবগী মচাশিংদু স্কুল কারম্লগদ্রা? মফি-মরোলশিংদু... কাং নংনবা লৈবিবদি চুম্বনি। কুম্মৈদা শেংনবা। ...নোং মরকসিদা... হুঙুলা অপাক অপাকপা য়েনখাদা য়াম্না হৌরিবনি। হেক্রুগা তৃপ্লমগনি। অং অং, খুনগী লৈখোম থোকপা লম্বীদুদবু... খোঙঙুপ য়াওদ্রবসু য়াইদা...

হনুবীদু এলাংখাংপোকপীদা ৱাখলনা অমুক চৎলি। চীংদগী লৌবূক ফাওদুনা চেষ্টরকপা লৌখোংশিং অমুক মমীৎতা উই। ঈন চিংনরমগদবা নুপী নুপাশিংসু।

...তোম্বীমচাদু চাক্তি লোইরম্বা য়ারেনা। খুলঙ চৎলমগদরা? ...শনগী দানা থোংলমগদ্রা? লৌবূক্কা ইংখোলগা তাইনবা খোংবান্দুদা ঈন অমত্তং থারবদি ঙাতেক-ঙানৌ থরদি ফাগনিসে... হনুবদু...? হনুবদু করি তৌরমগনি? অনাবা হেঞ্জিল্লমলোইদরা?

'থুনা লাকউকো? ইম্ফালদা নশু নচাশিংগা নুংঙাইরেমখৈ লৈখোকপা য়াবা নত্তে। চিংজিন্নি হায়বা কাউগনু।'

হনুবনা মানা চৎলমদাইদা হায়হৌবদো হৌজিক্তা মনাকোংদা তারকই। সোফাদুদা ফম্বা ঙম্লক্তে। হৌগৎতুনা খোঙ থাংবসু ঙমদে। মানা লাক্লিবসে নুমীৎ কয়ানি শুরবগে পাই। নীনীতা ঙায়রি। অদুবু চহী কয়া লৈরকপদু মঙায় হৌগৎতুনা চৎনিংবনা খ্রোখ্রো খোৎলি। অদুবু মচানুপাগা ৱারী অকুপ্পা অমদি শাননীংই। লৌ-শীং ইংখোল শম্বলগী... পৈশা-নুংশাগী... মচানুপা অহলগী ইমুং-মনুংগী মরমদা। নহাল নুমিদাং অদুনা মচানুপা থেঙনা হল্লকই। ঙরাংনা অয়ূক ঙন্তানা ওফিসকী থবক অচিনবা লৈ হায়দুনা চৎখিবদগী নুমিদাং অথেঙবদা হল্লকই। হৌজিকসু ফমুংদগী হৌগৎথ্রবরা হৌগৎত্রিবরা খঙদে ৱারী শান্ননবা তাঞ্জা অমা ইফং ফংদে। মমৌনুপীদদি ৱারী খুদীং লোইনা শারবনি। অদুবু পেন্দে। মচাগা অমুক্তংদি ভাব তানা শান্ননীংই।

...খোয়দুম পাৎয়াগী তোলমুগী লৌ অদুসু য়োল্লগনি। মসিমদি মমৌনুপীদবু হায়বা কাউই। ঙাকোমসু ওইবা য়াবা... লৌসু উবা য়াবা... ঙাদদা চহীদা লুপা কয়াদি শাবা ঙমগনি...? মখোয়না লৌফমদু লৈজরবদি ফগনি।

— তলবপু ঙসি ফংলোইদ্রা?

— ঙসিদি থাজদে। ঙরাংতমক বিল শাবা হৌহৌবনি। হয়েং হংচিৎকা ফংগদরা? ইমানা লাক্লিবসি নঙগদি ৱারী শান্নরব্রা?

— করিগী ওইনি। পৈশাগীনিদনা। লৌহোল লৈনি, লৌ খোইবা, লিংবগী পৈশা...

হার-নুং য়াম্না পনবনি। ইতৈগী মচাগী মফি-মরোলগসু লৈবীয়ু হায়মাল্লে।

ঙৈহাক তুমীন লৈখি। মহাক্না লাকপগী মরম খূৎহায়দু মহাক পেন্দে। ফম্লম্বদগী হৌগৎলি। মচানুপাগী মনাক্তা চঙদুনা ৱারী শান্নগে খল্লি। ভাব তানা।

— লৌনি হায়দুনা ফৌ ৱান্দুনা চাবগা চপ হেক মান্নে। ঐখোয়গী লৌ শরুক্তো মীঙোন্দা শান্দোক্লগা লৌশান চাবনবু হেন্না ফরে। ঙাচেৎ থুমচেৎসু ঐখোয়বু য়েংশিল্লু হায়বা... ঐ খঙজদে— নখোয় থোকপা ঙাঙনৌ।

মমৌনুপীগী ৱাঙাঙদুদা ইমুংদা মখোঙ থাংজিনগে খল্লম্বা খঙতোক তোকই। মখা করি তারকপগে তানবা হোৎনৈ। নোংসু কনবা হেঙ্গৎলকই। তপ্না ঙাঙবা তাবা ফংলক্তে। ইমুংদা চঙবগী মহুৎ অচা-অথক য়োম্লকপা গমছা মচাদু মখ্বাংদা য়েৎশিল্লি। মফি-মরোল শেমজিন শাজিল্লি। অয়ুক নুমিদাং শেৎনবা পুরকপা ফনেক ফি য়োমশিল্লি।

— ইমাদি চাগা'অমত্তা থক্রুবোইরে।

মমৌনুপীদু মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী। হনুবীদুনা মফি-মরোল শেৎতুনা লৈরম্বদুদা মখা তারকই,

— ফিরোলগা য়োমশিল্লিবসিনা কদায় চৎতৌরিবনো?

— য়ুমদা। চিংজিন অসিদদি অসুম্নগা লৈথোকপা য়াবা নত্তে।

মচানুপাসু ইমুংদগী পরপ পরপ থোরকই। হনুবীদুদা হায়রকই,

— ইমানা অসুক তহা-তহারক্লিবসিনা কদোমদগীনো। তলবকা ফংলগা নীনী হুম্নি লৈরগা চৎলু।

— হয়েং ফংলগা নঙনা পীনিংবা খরা পীরকউ। চিল্লগা পীরক্রুবসু য়াই।

মখা খরদি তানিংবনি। অদুবু তাদে। নোংমরক্তুদা চুরিদা কুমথরকই।

— নোং মরকসিদা... চৎপা তারবসু চাক-ঈশিং চারগা নোং হাংলগা চৎলু। স্কুটরদা থিনগে।

হনুবীদু তারমদনা কোম্হোংলোমদা পরপ পরপ থোরকই। খুনগী ৱারীশিং লৌ-ইংখোলগী ইমুং-মনুংগী ৱারী পূম্বা অমুক হন্না পুরদুনা।

কৈশামথোং তাবা লম্বী য়ৌরকপদদি নোং মরক্তুদা চৎনা চৎনা, লৌবুক্তা ছাটিন, য়েম্পাক তূপ্তুনা লৌ লিংলিবী, ঈন চিংলিবী নুপা নুপী... লোইরোই লোইরোই চীংশাং পরেংগা পাৎকা শম্নফমদা লৈরিবা লৌবূকশিং মমীৎতা উরকই। মনাকোংদা লৌ লিংবীশিংনা শকপা খুলঙ ঈশৈ তারকই। মমৌনুপীনা ছাটিন অমা পায়রদুনা অমনা তূপ্লদুনা নোং মরক্তা মতুংদা তান্নরক্লিবদু মহাক উদে।

# মঙ মচেৎশিং

অজিৎ সেঠকী মনাক্তা লেপ্তুনা নুপামচা অদুনা ৱারী শারম্বদু মিনিত খরতনি। ঐগা খরা লাপ্পবদগী তুমীন্না শান্নরিবা ৱারী অদু ঐহাক ময়েক শেংনা তাদে। অদুবু ৱারীদু ঐহাক খঙই। নুপামচা অদুদা ঐহাক থওইনা য়েংদবা শারগা হুরান হুরান য়েংই। চহী কুনমাথোই কুন্নিথোইমুক শুরমগদবা শকফম্নি। ঐনা চহী খরদি হল্লমগনি। করিমত্তা মোং হাদনা ঈংনা তপ্পা অজিৎ সেঠকা ৱারী শান্নে।

অজিৎ সেঠ পোৎয়োনবা মী ওইরবসু মপুগুম্বনি। জগমোহন অগরৱালগী চেঙ, হৱাই, থুম-থাউগী চাউরবা গোদাওনসিগী হীসাব মহাক্না লোইনা তৌই। জগমোহন্না মপু ওইবগী অদুক চুম-শো পায়জবতনি।

তপ্পা ঙাঙনরম্বদগী খোল অসুম ৱাংখৎনরকই। শানরিবা ৱারী ময়েক শেংনা তারকই। অজিৎ সেঠনা হায়রকই,

— য়েংবিয়ু বাবু, মহাজন য়ুমদা লৈতে, লংফৈ চৎখি। ঐনা করি ঙমগনি।

চুম্মী, জগমোহন কলকত্তাদা চৎখি। মাগী নুপী-অঙাং লোইনা পুখি। রাজস্থানদসু লুহোংবা অমা য়াওরুবা য়াই হায়রম্মী। ফনা কুইরে চৎখিবা। কৈদৌঙৈ লাক্কদগে হায়বা ঐহাক খঙদে। অজিৎতি খঙলম্বসু য়াই।

— ঐখোয়না হায়রিবসে কয়াম কুইরে। মসিবু ফাগীরা? অকন্নবা মতম অমা পীয়ু।

— ঐহাক পীবা ঙমদ্রেনে। মহাজন লাকপা ঙাইবা তারে।

— মহাজন কৈদৌঙৈ লাক্কনি?

— মদুসু ঐ হায়বা ঙমদ্রেনে।

নুপাদু শাউনা মমায় লৈথোকখি। দুকানগী দারী মপান্দা চপ লেপই। মমায় লৈশিল্লক্লুনা করিনো অমা হায়গে তৌই। অদুদগী হৌরবা মখোল অমা। থংনবা মীৎকুপ পুম্মম মমখি। পূমচীক চীকখি।

ঐ হৌজিক লোইনা নীংশিংলে। ঐহাক শিদ্রে। শিবা? নত্তে, ঐ শিবা য়াদে। শিববু মরম চাদনা হেক্তা শিবা য়াব্রা? ঐহাক পুক্নীবু নুংশি। মহাও খঙদ্রবসু হিংনীংই। ঐগী ইমা, ঐগী অমত্তা ঙায়রবা ইচলনুপী, ঐগী ইরুম থুপ্তুনা হিংলি। মখোয়গী আশা ঐঙোন্দনি। ঐ অমসুং মখোয়গী মরক্তা করিনো অমনা পুনশিল্লি। ঐনা হিংবগা থাদোক্লুবা য়াদবা মরী অমা... ঐ শিবা য়াদে। ...লায়েংশঙ? নাতোন অসিদা হোসপিতাল মনম। মীশিংনা

তুমীন তুমীন ৱারী শান্নবা... মানি ঐনা লৈরিবসি লায়েংশঙনি। ঐহাক শোক্লবা? ঐ কদায়দা শোকই? ...হকচাং অসে লেঙ ওৎপা ঙমদে। মীৎ অসিসু পাঙথোকপা ঙমদে। ঐগী মীৎ তাঙলবরা? অজিৎতি? অজিৎ সেঠ...।

কালেনগী শাখ্রবা নুংথিল অমনি। ফেন্ন থারবসু ওমচাক্লে। সরক্তা মী ইতাক তাকই। থাঙ্গাল বাজার নুংশাগী মৈশা অসিদা ইচীক চীকপগুম তৌই। দুকান্দসু পোৎ লৈবা মী ইরাক লাক্তে।

— য়েংউ কুঞ্জো, ঐগী ইচানুপীগী ফোতোনি।

অজিৎ সেঠনা হায়রকপদা ঐহাক খংপ্রেক খংবগুম তৌই। তৃল্লুরমাল্লে। ফোতোদু লৌই। য়াম্না য়েংনীংলুবা নত্তে। অদুক ফজদে হায়দুনা য়েংবনি। মখা তারকই,

— নুপামচাদুনা মৌপ্পানি। মতুংদা লেপ্লিবদুনা নঙগী ভাবীনি।

নুপীমচাদু চহী তরামঙারোম শুরম্লগনি। মশক কাহেন্না ফজবা নত্তে। থীবসু নত্তে। চহী তরামাথোই তরানিথোইরোমগী নুপামচা অমা কোল্লগা ফল্লি। মতুংদনা নুপী অমা লেপ্লি। মখোয় অঙম্মক নোক্লি। মায়থোং মকা লাম্না। থাংতূপ পাম্বীওই করিওই তৌবা অমগী মখোঙদা নম্বনি। চেক নৎত্রগা লৈবাক্লা লৈরং তাদুনা শাবা পংচাউ চাউদবা য়ুম অমসু মনাক্তুদা উরি। অমুকসু হায়রকই,

— ঐখোয়গী য়ুমগী শুমাংদা নম্বনি। ইচানুপীদু ওক্তোবর থাদা লুহোংগনি।

মকা লাম্না নোক্লকই। অসুক কুইরবসি অসুন্না হরাও তয়াম্বগী শকফম ঐহাক পাক উখিদ্রি।

— অঙাং ওইমন্দ্রনে?

ঐনা শোম্থাংননা হায়।

— কদায়দগী অঙাং ওইগদগে? চহী তরামঙা শুরবনি। ঐদি বর ফংলরোইদ্রা খল্লুবনি। লায়রবা ঐখোয়গীদি বর থিবা য়াম্না ৱাই। বর ফংবগী চহীসু হেন্দোকখ্রবনি। অদুবু ফংলে। ঐখোয়গী খুঙ্গংদগী বর অমা ফংলে। তূ সিনি বরদো।

মমায়দুদি হুমাং মরিক মরিক কারি। হুমাংগা তৈথোক্নি খন্দে। নোক্তুনা ফোটো অমগা অমুক পীরকই। নুপাদু চহী য়াঙ্খেমুক শুরমগদবা মাল্লি। কুচুসু মুনা উই। নাতোন শুমাংগী মকোয় অদু শাংনা পীক্লা লৈখৎতুনা থাকই। মকোক্তা নাপু মচুগী কোয়েৎ য়েৎলি। ফোটোদু অমুক অজিৎ সেঠতা পীগে হায়দুনা য়েংথোরকপদদি নোক্তুনা লৈরম্মী। চাউথোকচবগী মমি অমা মায়থোংদুদা তারি। ঐনা মহাকপু নহানমখৈ নকশিন্নবা ঙমদে। শেঙ্গাও পায়বা

জগমোহনগুম্না উখি। ঐনা খল্লম্বা অজিৎ সেঠ নত্তবা অতোপ্পা পুন্সী অমগী অজিৎ সেঠ অমা মীৎতা উরকপগুম তৌই। মকা লাম্না নোক্লদুনা হায়রকই,

— ফজনা লৈতেংলবা উট অমদা বেন্দ পার্টি অমগা বরদুনা লাকপদু ঐহাক উনীংবনা লোইরে, কুঞ্জো।

শারবা রাজস্থানগী লৈঙোই লমদমগী খুঙ্গং অমদা ঐবু ৱাখলনা তাম্না পুরুই। পেরে শেঙ্গা খোংদুনা নুমিদাংৱাইরমগী নুমীৎনা লৈঙোইগী লমদমদুদা অঙাঙবা মচু চাইথরকপা মতমদা উট মথক্তা নোমহৌ নোমহৌ লাকপদু ভাবনা উরকই। সেহনাইগী মখোল তারকপগুম তৌই।

— নঙগীসু নচল অমা লৈবদাই। ক্লাস কয়া তল্লি?

ঐহাক মঙ কায়খি। নুংশাগী মৈশা অপূম্বা হৈথরিবা কোয়লাস মহী চেল্লবা থাঙ্গাল বাজারগী লম্বী অমুক উরকই। ঐনা খুম্মী,

— কলেজ তল্লি।

— ফৈ। য়াম্না ফৈ। নখোয়দি নরায়বক ফৈ। নঙসু লাইরিক হৈ।

— ঐনা লাইরিক হৈবসিনা মীগী দুকান্দা পোৎ য়োনবা য়াওরিবসিনি।

ঐনা নোক্তুনা ফাগী তাথোকই। অদুবু মহাক্তি নোক্লম্বদগী শকফম হঞ্জিনখি। হৌজিক্তা তৈথোক্কনি খঙলক্লবগুম রুমালনা মমায়দা মরীক মরীক কারিবা হুমাং অদু তৈথোক-তৈথোক্লা হায়রকই,

— ঐগী ইচানুপীদু লাইরিক হৈতে। তমদে। খুঙ্গংদুদা অয়াম্বনা তমহন্নদে। ইচানুপাদুতংদি মহৈমশিং তমহল্লিংই। মাগীদমক্তি থাপ্লবা মফমসিদা পৈশা তানবা লাক্লিবা। জগমোহনগী মতুং ইন্দুনা। ঐসু লন্নাই ওইনা কারবার অমত্তংদি তৌগে খল্লিবনি। নঙগী বাবাদি নাকল অমরোমদা মরাইবক ফৈ। নখোয়বু মহৈমশিং তমহল্লম্মী। নোংমা নঙসু মহয় চারবা য়াই।

ঐগী বাবা মরাইবক ফবা? ঐসু মহয় চাবা? ঐনা বি. এ. পাস তৌরগা মীগী দুকান্দা পোৎ য়োন্দুনা মহয় চাবা ঐগী বাবানা উখিদে। মরাইবক ফৈ। উম, চহী অনী শুরে ঐগী বাবা লৈখিদবা। জগমোহনগী ট্রক ড্রাইবর ওইরম্বনি। চুম্মী, বাবা লৈরিঙৈদা শেৎপা চাবা নীং-থুংখি। হৱাগাড়ীগী ড্রাইবরগী কলেজা হায়রেদনা। নুংঙাইথোকপা পাম্বা অহাওবদা চাবা। ডিমাপুরদগী, গৌহাটিদগী মাল চিংলুরগা হল্লকপদু য়ূম য়ৌবগা চোকথবা, ৱাবগী মমি অমত্তা উখিদে। নোক্তুনা ইরাঙ লাঙনা হল্লকই... বাবাদু মালগা লোয়ননা, — উম, মালগা লোয়ননা ডিমাপুর লম্বীদা এক্সিদেন্ট থোক্তুনা লোক্তা ওন্থদুনা শিখি। মহাক্লা শিখিবগা খঙলকই— ইমুংদু পূমহাঙ হাঙলে হায়বা। য়াম্না হাঙখি।

— কুপ্তো, মীদি হায়দোক্নু। হন্দক মহাজন্না চৎখিবসে পাক লাক্দবা মান্দে।

ঐহাক মঙফাওনখি। ঙকখি। ঐহাক থাজখিদে— অজিৎ সেঠনা মহাজনগী ইমুং-মনুংগী বা পল্লকপদা।

— করিগীনো, দাদা?

— মণিপুরগী ঈরাং অসিদা লৈবা কিরে। লালহৌবনা পৈশা য়াম্না হায়রেনে। মানা হায়ববু লাখ মঙা পীয়ু হায় হায়নে।

— লাখ মঙা?

খঙহৌদনা ঐসু শোন্দোকখি।

— উম। কলকত্তাদরা জয়পুরদরা দুকান থিবা চৎপা মাল্লি। অদুনা পাক লাক্দবা মান্দে।

অদুনা ওইবা তাই, অনৌবা মাল-চাং অমত্তা জগমোহন্না লৌদ্রিবসি। গোদাওন অসি নোংমা নোংমগী ময়েং তারক্লি। সরদার পৃতম সিংহগী হার্দৱায়ার অদুসু থোঙ থিংখরে। ইম্ফাল থাদোকখরে। অদুগা রাম প্রসাদকী ফার্মাসীসু ষ্টোকশিং য়োম্থোক্লম্লগনি হায়নৈ। মমল তানা অথুবা মতমদা। কদোমদগীনো খঙহৌদে খল্লকই— জগমোহনগী দুকান্না থোঙ থিংখিবা তারদি ঐহাক অমুক কদায়দা থবক থিগনি?

— ইচানুপীগী লুহোংবা চৎপদগী ঐসু লাকনি থাজদরে। ঐসু লৈবা কিরে। ঐখোয়গী খুঙ্গংদুদা ৱারবসু ৱানা করিনোমা তৌদুনা ইচানুপাদুগা লৈমিন্নগে খল্লে।

অজিৎনা ঙৈহাক তুমীন লৈরুরগা মখা তারকখি। ঐহাক খুম্ফম খঙখিদে। নোংমা কাংদনা থোক্লিবা মীহাৎ মীপুন, লৈতাফম খঙদবা পুন্সী মরেল অসিদা লমদম তাম্না নুপী-অঙাং কায়নরম্লগা লাকপা অজিৎ সেঠকুম্বনা মণিপুর থাদোক্তুনা চৎনীংবদা ঐহাক ঙক্না থোক্তে।

"অজিৎ সেঠ? অজিৎ সেঠতি?" ঐনা হংবা কনামত্তা তাদ্রবা? কনামত্তা খুম্লক্তুবা? ঐবু শিরবা হায়বদুরা? ...নত্তে, অশিবনা পূম্নমক নীংশিংবা ঙম্বা হৌনদে। ঐহাক হিংলি। পূম্নমক নীংশিংলি... কা অদুদা তাখিবা হৌরবা মখোল অদু বোমনি। দুকান মনুংদা পোকখায়খিবনি... নুপামচাদুনা খোংগ্রাওদা হুমখি... মখূৎ অদু শৎতোকখিবরা? ...ঐ শেংনা উখি... নুপামচাদু মশক মতৌ ফজরদুনা য়েংবদা নুংশি। মশক্তো তশেংনা নুংশি।

করিনো পাম্বোমদা থিংজিন্নক্লিবসে— য়েৎতুম? য়েৎতুমনি। চিং-চিং লাউনা তোংশা মনুংদা হিদাক চঙলক্লিবদু ইশাদা ফাওই। ঐ খঙই— ঐঙোন্দা হিদাক কাপ্পনি। ঐহাক শিদ্রে... ঐ কদায়দনোমা শোক্লে। কদায়দনো? ঐগী ইপাসু শোকখি, শিখি।

নুংশিৱবা ইপাদো। ...শোরাংকী য়াম, মোইদা, ঘী, থাউ জগমোহন্না বোরা বোরা, টিনশিং পীরকখি। ঐগী বাবাবু লুনা তৌজবনি।

— নহৈ-নশিংদুদা ফজনা তম্মু। থবক্কীদি ঐ লৈ।

থবক ফংনদবগী ৱারী শান্নরম্বদগী বাবানা হায়রকই। ট্রক ড্রাইবর ওইবা বাবানা পোঙনা হায়রকপদা ঐখোয় নোকই। ইমানবু হংলকই,

— লুপা লীশিং হুমদ্রা মরিফুবু পুথোকপা ঙমগদ্রা? তলবকী মথক্তা অরেম-অপা খরা ফংবসু থক্তোকপগা চাথোকপগদা অদুম লোইশিল্লি।

— জগমোহন নৈরিবসিদি। মাগী মখূত্তা মন্ত্রী কয়া লৈ হায়বা নখোয়না খঙপোত্তে। ভোৎতা লাখ কয়ানি মানা পুথোক্লিবা। ঐনসু লাখ কয়া তানবদা মতেং পাংলিবনি।

— মখোয় বাবানদি করম তৌনা? ট্রক ড্রাইবর ওইরগবো।

— ট্রক ড্রাইবর ওইবদুননিনে? অরোন-অথূপ নখোয়না খঙলোই। ৱা য়াম্না লৈ। ঐগী ইতেং পাংউ হায়বদা মহাক য়াদবা য়ারোই।

মখা তারকখিদরে। মহাজনগী ইমুং-মনুংগী, কারবারগী মরমদা বাবানা নোংমত্তা ৱারী শাদে। অরোন-অথূপকী ৱা হায়দোক্তে। অদুবু কারবারৱালাশিংগী রাজনীতিৱালাশিংগী অরোনবা শাজৎ, লমদম অসিগী নহারোলশিংনা ইখঙ খঙই। পেন্নদে। শাউনিংই। নহা অমা ওইনা ঐঙোন্দসু ফাওই। অদুবু ঐসু ইমা, বাবা অমদি ইচলনুপীদা খক ফোঙদোক্তে।

— ঐ নৈরিবমখৈদি নখোয় করিমত্তা খল্লুনু। নহৈ-নশিং ফজনা তম্মু। লাইরিক-লাইশু পাদুনা লৈয়ু। ঙাওশিন্ননু।

বাবানা জ্ঞান য়াম্না তানা হায়রকই। অদুদগী শুমাংদা খাল্লিবা ট্রক অদু থোঁদোকখি। হায়রম্মী "হন্দক্তি খরা কুইরক্কদবা মাল্লি। কলকত্তা য়ৌরকপা য়াই।"

অদুবু বাবাদি অমুক হল্লকখিদরে। চৎখ্রিবা খোঙচৎ অদুনা অরোইবনি। নোক-নোক্লনা চৎখিবা খোঙচৎ অদুনা...। মঙ মচেৎ মচেৎশিং পুরদুনা। সরকারগী থবক তৌবা ঐহাক ফংদে হায়বা মহাক খঙখিদে। মরাইবক ফৈ।

হকচাং অসি তপ্পা তপ্পা পঙথরকপরা? ...করিগীনো অমুক নীংশিংলক্লিবা? হিদাক্তুনরা? ...নৎত্রগা ঐহাক শিবগী মতম য়ৌরক্লবরা? শিবা? আত্মাদি শিবা নাইদে হায়... ঐ মদু ভাব তাদে। আত্মাসিবু, লোয়নরিবা হকচাং অসিবুদি ঐহাক নুংশি।

থোংনাও ময়াদগীসি কনানো? নুমিদাংৱাইরমগী ঙাঙলৈনবা নুমিৎকী অরংবা মঙাল মরক্তা অমুবা মূর্ত্তি অমা মমিগুম্না লেপ্লিবসি কনানো? কনানো? ঐগী বাবানি। মমিগী

পাম্বোম অনী তিংথোরক্লি। খূৎ খৎলক্লি— "লাও, ইতুং ইল্লকউ ইপাগী ইবুংঙো।"

— ঐ ইমাবু, ইচলবু থাদোক্তুনা নতুং ইল্লকপা ঙম্লোই, বাবা।

— ঐগী লম্বেল অসিনা অচুম্বনি। শিবা হায়বসিনা অচুম্বনি। অশেংবা পুন্সীনি।

— ঐ ঙম্লোই।

মপান্দগী থোংনাও থিংজিনখি। নুমিদাংৱাইরমগী নুমীৎকী মঙাল মাঙখরে। পূম্নম মমখরে। অমম্বা ঈপাক্তা ঐহাক তপ্না তপ্না লূপশিল্লক্লে...।

— তপ্না নখোঙদু থাংঙু।

ইমানা পাম্বোম নাকন অমা, ইচলনুপীনা নাকন অমা পায়রদুনা লেপহল্লগা ডাক্তরনা ঐঙোন্দা হায়রকই। ওয়থংবা খোঙ অসি ফুকপা য়াম্না ৱায়। খোংকাপ অমা অনী থাংই। শদৌ থোংঙি। নীংজোলদা য়াঙলেন্দা অনাবা ফাওই। মখা অমুক থাংবা ঙমদে। ফমুংদা চঙদুনা অমুক হীপথহল্লি। খল্লকই, ঐহাক খোঙ শেকপা হায়বদু ওইবা তারবা?

— ইবুংঙো ডাক্তর, মাগীসি ফদি ফরক্কনিদনা?

ইমানা হংই।

— সুম চৎ চৎতুনা শান্নরগা ফরক্কনি। মতমদি খরা চঙগনি।

— ইবুংঙোহোইগী কৃপাদগী শিহৌদবসি ফরবনি।

ঐসু পূক্লিংদা ইতোমতা খল্লি,

— শিহৌদবসি ফরবনি। ঐ ফরবনি।

ডাক্তর চৎখ্রবা তুংদা ঐনা ইমাদা হংই,

— অজিৎ সেঠতি?

— নুমীত্তুদা মাদি খূদক্তা শিখরে। ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদরে।

খঙহৌদনা মীৎতগী পি মরীক অমা অনী তারকই। কুইনা লৈমিন্নরকপগী নুংশিবা হৌজিক্তা খঙলকই। মচানুপী লুহোংগদৌরে হায়দুনা হরাওনা তম্বা মায়থোংদু মীৎতা শং শং উরকই। অমুকসু খল্লকই— মচানুপীগী মাগী নুপীগী মঙশিংসু মচেৎ মচেৎ কায়রমগনি। রাজস্থানগী শারবা লৈঙোই নরক্তুদা মখোয়গী পিশিং অদুবু কংবা নাইরমগদ্রা?

— করিসু খল্লুরনু ইবুংঙো, পূম্নমক লাইবক্তা তম্বনি খন্দোকউ।

ইমানা থেমজিল্লকই। ঐহাক পি তৈথোকই। ৱাহৈ খরসিদনদি— থম্মোয়বু করম্না থেমজিনবা ঙমগনি। পুন্সীসিদা থাজদবা থৌদোক কয়া থোক্লি। থেংনরি। মতমসিদা ওইরিবা ফীবমদি— মৈগী চীংনা তপ্না তপ্না পোকখায়রকপনি। করম্বা মতমদা মূৎখিগদবা খঙদবা।

মদুদা মরাইবক থীরবা জীব কয়াগী পুন্সী খাংঙুথক্তা কেম্বা। অজিৎ সেঠ চৎখরে। ঐনা অমুক হংই,

— নুপামচাদুদি?

— বোম লংবা নুপামচাদুরা? মহাকসু শিখরে। মখুত্তা পোকখায়বা ওইরমাল্লে। মশাদু মতৎ মতৎ তৎলি হায়।

ঐহাক স্বর শাংনা হোন্দোকই। অমুকসু মশক মতৌ ফজরবা নুপামচা অদু মীৎতা শং শং উরকই। কয়াদা নৌখ্রবা! ঐনা ইমা ইচলনুপীগীদমক জগমোহনগী দুকান ফম্বা য়াওরি। মহাক্না কনাগীদমক বলিদান তৌরিবা?

— বোম লংবা নত্তে। মতোমতা পোকখায়রকপনি। শোয়বনি।

ঐনা ইমাগী ৱাদুদা চুমথোকই। মখা তানখিদে। হকচাং অসি ইতন তম্থরকই। হায়গুম্লদনা ঐহাক করিমত্তা খন্নীংলক্তে। নীংশিংনীংলক্তে। মোন ময়াদা লৈরিবা তৃম্নবা গুলী অদু চাশিল্লি। মীৎ উইশিল্লি। জগমোহনবু অমুক নীংশিংলক্তুনা ইমাদা হংই,

— জগমোহন্দি হল্লক্লব্রা? মাবু পাউ তারব্রা?

— হল্লক্তে। পাউদি তারমাল্লে দুকান্দু কনানো মন্ত্রীগী মরী-মতা অমদা য়োন্নবা তৌরিমাল্লে। চিঠি-নুংথি চৎনরি হায়না তায়। দুকান্দুসু থোঙ থিংলি।

মাবু ঐগী মরমদা, অজিৎকী মরমদা করিমত্তা খল্লম্লোইদ্রা? বাবাবুদি লুনা তৌখি। ঐহাক্না দুকান ফম্বা য়াওরবা মতুংদা খঙলকখি— বাবানা মহাক্কী ব্রেককী পোৎচৈ পুথোক পুশিন তৌখি। বাবাবুদি নুংশিফম থোকই। অজিৎকীদি খঙদে। ঐগীবুদি করিগী মানা খনগনি? করিগী নুংশিগনি।

মীৎ অসি লূমথরকই। পাঙবা ঙল্লক্তে। ইমানা মখা তানা তপ্না ঙাঙলিবশিং অদু ময়েক শেংনা তারক্তে। তপ্না তপ্না হকচাং পূম্বা পঙথরকই।

...য়াম্না তাম্না... অতিয়া অপূম্বা অঙাঙবা মঙালতনা ঙাঙশং ঙাঙনা শন্দোক্লি। শুক্লবা উমং মরক্তা চীংদুম অমা লৈরি... মতোন্দুদগী মৈরীশিংনা কাপথোরক্লি... অকোয়বদা মশা পাল্লবা নুপামচাশিংনা মশাপূম্বা বোমনা য়োমশিল্লদুনা কোইপাই পাইদুনা শান্নরি। খরমসু মৈরী মনুংদগী অসুম অসুম পাইথোরক্লি। মশা পূম্বা পূল্লং লংনা উই। ঐহাক য়েংবা ঙমদে। নুপামচাদু নোক-নোক্তুনা ঐনা লেপ্লিবা থোঙনাও ময়াদা পাইশিল্লকই, অদুগা খূৎ খৎতুনা ঐবু কৌরক্লি। ঐহাক মীৎ থকপমখৈ লেপ্তুনা য়েংলম্বদগী থোঙনাও মরুমদা লৈশিল্লি। থোঙনাও ময়াদা চঙশিল্লকই। ইমাগা ইচলনুপীগনা কৌরকপদগী মহাক পাইদুনা চৎখরে। থোঙনাও থিংজিল্লি। মঙাল পূম্বা মাঙশীল্লকই।

# অহীং অমা

তূম্লিঙৈদা করিগুম্বা অপায়বা অমনা কোক্তা কোক থোম্লক্রবদি? নৎত্রগা থাঙনা জবৎ য়াল্লক্রবদি? ষ্টেফেন মশাদা শ্বায় লাউবা ফাওই। তূমথগে তৌরুরবা মমীৎ-মনা খঙশিং শিংঙি। পাঙথোকই। মায়োক্লনা থারিবা ফমুং অদুদা মুন্না য়েংই। লিঙপাও মখোঙ শাংনা তিংথোক্নুনা হিপ্লি। মশাদু শুকলেঙ লেঙদে। ষ্টেফেন স্বর খজিক্তুং হোন্দোকই। অদুবু খল্লি— নহানমখৈদি নাখোকপগী মখোল হৌনা তাবনি। হৌজিক্লা নাখোকপদি লায়রদুনা স্বর ফাওবা হোন্দবগুম তৌরি। মহাকসু তূমদ্রিবজাৎলা? ষ্টেফেন অমুক মমীৎ উইশিনবা ঙমদে। মুশি মুশিরবা বল্বকী মঙালদা মশেন মরাং উরিবা পীক্লবা কা অদুগী পোৎ-চৈশিংদুদা অমুক কোইয়েং য়েংই। ফক্লাং ময়াদা চফু, ষ্টোব, লীক্লি খরা, থুমোক, পুখম, তেঙ্গোৎ পূল্লপ লৈরিবদু উই। খাঙপাক অদুদি? ফক্লাংদা ঙাহৌবদু! মহাক শ্বায় অমুক লাউই। মুন্না য়েংই। লোংনা হীপ্লিবা লিঙপাও য়াওন্দুনা ফক্লাংলোমদা মমায় ওম্থোক্নুনা চেপ্পা হীপখি। হৌগৎকে তৌরম্বা ষ্টেফেন হৌগৎতে। থাঙপাক্নুনা ঙসাই মাগী কাংথোন মখাদা থমখিবদু নীংশিংলকই। মঙক পৈথদুনা কাঙ্খদা য়েংই। মনুং খরা চঙশিন্না থাঙপাক অদ তাদুনা লৈরি। খজিক্তুং অমুক স্বর হোন্দোকই। অদুবু মমীত্তি উইশিনবা ইয়া য়াদে।

অহীং অসে য়াম্না থেঙলে। মীচিক মীরাওখোল অমত্তসু তাদে। হূই খরা মরক মরক্তা খোংবগী মখোল নত্তনা। নহানমখৈদি অসিগুম্বা মতমদা মীৎকপ অমুরক অনীরক থোক্লবনি। ঙসিনা তূম্বা য়াদ্রবা? মাগী রাখলদা অকিবা অমা ফাওরক্লিবদু নমথনবা হোৎনৈ। মায়োক্লনা হীপ্লিবা লিঙপাওদা অমুক মুন্না য়েংই। হৌজিকসু মচী অমত্তা লেঙদনা অদুম্মক হীপ্লি। মাবু থাঙ্গৈশেংনা তূমথ্রবজাৎলা? ষ্টেফেন অমুক খল্লকই— অহীং অসি মীৎকপ অমত্তসু তূমদনা নোংঙানবা ঙাইবা তাবরা?

শাংনা শারিবা ওফিস অসিগী মতাই ইথং থংবা পীক্লবা কা অসিদা মখোয় অনীনা লৈমিন্নরক্লিবসি চহী মরি হেল্লক্রবনি। অদুবু ঙসিগুম্না মাগী রাখলবু অসুক তমথীনা ওৎপদি য়াওখিদ্রি।

— নখোয় অনী পূন্না লৈমিন্নবসিবু পাল্লিবরা?

ওফিসারনা মখোয় অনীবু কৌশিন্দুনা ঙসাই হংবনি। নহানমখৈ রাফম অসি হংদ্রগা ঙসিতমক হংলকপদা পাক খুম্বা ঙমদে। অসুম্না হংলক্কনি হায়বসু মখোয় অনীমক খনখিদে।

মীৎকুপ খরদং মখোয় অনী য়েংমিন্নে। তান চান্নরব্বগুম। মীৎকুপ খরতনি। অদুদগী মরু লুকথনদুনা লৈ।

— নখোয় অনীবুদি করিসু তৌনরোই হায়বু কনানা খঙনি। করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি ঐখোয়সু চেন্নগনি।

মখোয় অনী তুমীন্না তায়। ওফিসারদুনা অমুক মখা তারকই,

— অদুনা চৌকীদারগী থবকসু ব্রাইশিৎপগী থবকসু মী অমনা পুল্লপ তৌবা তাবা। নৎত্রগনা ঐখোয়গীদি ক্বাটর লৈতবনা অমদি ভারাদা লৈবা তাই। হয়েং ফাওবগী মনুংদা নখোয় অনী লেপ্পরো।

হন্দকসু মখোয় অনী করিমত্তা খুমদে। কাদুদগী তুমীন তুমীন থোরকই। চহী কয়া অসুক কুইনা লোয়নরক্লবা তিন্নরক্লবা মখোয় অনী খঙহৌদনা খঙলাপ লাপথোক্লরকপগুম তৌই। ওনশিন্নদুনা ব্রারী শাবা ঙন্নক্তে।

— কুকিগা নাগাগা কা অমত্তদা লৈমিন্নরগা অহীং হাৎনরম্বদি ওফিসসে বদনাম চারোইদ্রা?

থংনবা কাদুদা ব্রারী শান্নরম্বনি। হেদ ক্লার্কনা ওফিসকী মী অতৈদা হায়বদু ষ্টেফেন ময়েক শেংনা তাহৌই। লিঙপাওসু তায় হায়বা ষ্টেফেন খংঙি। ব্রা ফমসি নহানমখৈ ওইরবদি ইচম চম্না খন্দোকপা য়াবনি। চহী খরসিদা ফন্না হাৎন-শুনরবসু মীচমগী মরাল নত্তে, খুৎলায় পায়বা ল্যালহৌবশিং অমদি রাজনীতাব্রালাশিংগী মরান্নি হায়না খন্দোক্তুনা লৈবনি। অদুবু ঙসিদি ময়াম্না নোক্তুনা ব্রারী শান্নরম্বদুদা মখোয় অনীমক য়াওবা ঙমদে। হৌদুনা চেন্নীংই।

— লিঙপাও, নখোয় খুনদু পাশোং কৌবদায়? য়েংউ খবরসিদা পাশোংদগী সোংখুপাও চোঙলোই কৌবা অমা মাগী নুপীগা চহী অহুমতা ঙায়রিবা মচানুপী অমগা লৌবুক্তা ইহাং তুরেল মপান্দা কাপ্তুনা হাৎলম্লে হায়নে।

টাইপিষ্ট তোম্বীনা খবরদু উৎতুনা পারোই করিওই হায়রকই। ষ্টেফেন মশা শ্বায় লাউই। লিঙপাওনা খবরদু মুনবোই লাকপোই তৌদুনা মা-মাদনা পাখি। মখূত্তু থক থক নীক্লকই। মমীত্তুসু ঈ কারকপগুম তৌই। খবরদু পীবোই হুঞ্জেক্লম্বোই তৌরম্লগা কাদুদগী ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলমদনা থোকখি। ষ্টেফেনসু উয়ুংগুম্না লেপ্তুনা লৈহৌই। মহাকসু মঙগুম্না থোকই। সোংখুপাও লিঙপাওগী মনাওনি হায়বা মহাক খঙই।

—নখোয়গী হাৎন-শুনবা য়ুম মৈ থানবসি পাক লেপ্পোইদৌরি। য়াম্না শিনরকখিদৌরি। ঙরাং নহান মোলনোমদা তাংখুল খরা হাৎখিবগী লমন শিংনবা ওইরমগনিনে।

— লিঙপাওনা তুমীন চৎখ্রিবসিনা করিগীনো?

তোম্বীনা ষ্টেফেনদা ওনশিন্দুনা হংলকই।

— খঙদে।

ষ্টেফেন অসিতমক খুম্মী। ৱাফম অসিগী মরমদা অতোপ্পা কাঙলূপ অমগা মহাক ৱারী শান্ননিংদে। ফাগীগুম্না ঙাঙনবা মহাক পামদে। ষ্টেফেনসু কাদুদগী থোরকই। চুমদ্রিংনা ওফিসকী থোঙাল্লোমদা।

ষ্টেফেন অমুক লিঙপাওদা মুন্না য়েংই। হান্নগুম্না লিঙপাওদু মচি ইরেং লেঙদে। মহাক্কু ম্না মাসু তূমদবজাংলা? তূম্লমদবা য়াই। করম্না তূম্বা য়াংগনি? চহী কুম্থারোমতা ঙায়রিবা মনাওনুপাবু মাগী নুপী অমসুং মচাগা লোয়ননা হাংখরে তাবদবু। নুমিদাং থেঙনা মমীংতু ঈ কাবমখৈ য়ু মনম ৱা ৱা নম্লদুনা হল্লকখি। অদুগা মফি হোংদোক্তবমখৈ ফমুংদা হীপচিনখি। চাক্কা অমত্তা চাখিদে। ষ্টেফেন মঙোন্দা ৱা ঙাঙনবগী থৌনা লৈখিদে। চাক পীজবা ঙমখিদে। লিঙপাওসু মঙোন্দা ৱা মচেৎ অমফাওবা ঙাঙখিদে। ষ্টেফেন্না লিঙপাওবু অদুক থেঙবা ফাওবা হল্লক্তবদুদা মখোয়গী মখুন পাশোংদা চৎলমগদ্রা খল্লুবনি। হংনিংবনি। সোংখুপাও শিবগী নুংঙাইতবা উৎতুনা ৱারী খরা শান্ননিংবনি। অদুবু মাগী মতৌদুদা থৌনা লৈখিদে। ৱারী শান্নবদি লায়রদুনা মথম্মোয়দা অকিবা অমদুম ফাওরকখি। মীচিক মীরাওখোল অসুম অসুম তারক্তবগা লোয়ননা। ষ্টেফেন অমুক লোংনা হীপ্তুনা সিলিংদা য়েংই। মমীংতা মচেৎ মচেৎ শেগায়রবা মথক্তা লৈরিবা ফক্লোং অদুদি উদে। থেক্লা খোয়না চেল্লিবা ইহাং তুরেল মপান্দা চাঁংগী পাক্লবা থেল অমদা খুন্দারিবা মখোয়গী স্নাকৈথেলবু মমীত্তা উরকই। মদুদগী ইরাপ লাপ্তুনা লৈরিবা কুকিগী খুন পাশোংবুসু।

স্নাকৈথেলগী কৈথেল মচাদুদা পাশোং খুনগী মীশিংসু কৈথেল ফম্মী। পোৎ লৈথোক লৈশিন তৌই। ইহাং তুরেল মপানগী পাক্লবা লৈতেম মান্নবা লৌবুকশিং খুন অনীমক্কী য়াওরি। লৌ উমিন্নে। তুরেলসিদা লৈরিবা ঙা ফামিন্নে। হৌজিক্তি? হৌজিক্তি করি ওইরবা? খুৎজু-খুৎলাই মতিক চানা পায়নরগা ঙাক শেন্নদুনা লৈনরি। খুনদগী নাইতোম চখোক্লবা কিনরি। খঙহৌদনা ষ্টেফেন স্বর অশাংবা অমা হোনখি।

সোংখুপাও স্নাকৈথেলদা শা য়োল্লম্মী। ময়াম্বগা তিন্নবনি হায়দুনা মখুন্দা হল্লমদায়দা হেক-হেক শা মতুম খরা মঙোন্দা পীরম্মী। নোং ফাদোকসু স্নাকৈথেলদা লেক-চাদুনা লৈথোকই। তাংখুল পাখং অয়াম্বা মমান্নবা ঙাক্তনি। লুনা তিন্নে। নোংমা নুমিদাংৱাইরম ফম্মীন্নদুনা সোংখুপাওদা ষ্টেফেন্না হায়,

—— সোংখুপাও, ঐখোয়গী তুরেল অসিদা দাম অমা শাগনি হায়। খুনদগী মী চৌকীদার ওইনবা, খালাশী ওইনবা মাষ্টর রোলদা লৌগদৌরি। নঙসু থবক চঙসিদনা।

সোংখুপাওনা ইরায় লায়না খুম্নকই,

— ঐদি তম্মী। সরকারগী থবক তৌবা হৈরোই। লাইরিকসু হৈতবা ঐবো? অদুগী শরূক জঙ্গলদা শা হাৎকে, তুরেলদা ঙা ফাগে পাম য়ানগে।

— য়ারে য়ারে। নশা পূম্বা ঈ তৈদুনা শা য়োন্দুনা লৈয়ুকো।

ষ্টেফেনসু নোক্তুনা খুম্মী।

— লৈগে। খুন্দা সুম লৈগে। খরা লৈরগা ইম্ফালদা লৈয়ু হায়রক্কনি। তম্মী।

নোকমিন্নে! থাবল মরক্তুদা শুমাঙদা ফম্মিন্নদুনা। উখুলগী চীংশাং পরেংশিং, খুনগী য়ুম মচাশিং, লম্পাক, থাবল মঙালদা তুম্পক তুম্পক লৈরিবা ময়েক শেংনা উই। চর্চ্চতগী লাইশোন ঈশৈ শক্লকই। অহানবদা খোঞ্জেলদু পংহৌ হৌরমদে। অদুদগী অসুম হৌগৎলকই। চীংমায়শিংদগী খোম্থাং য়ৈরকই। ময়েক শেংনা তারকই।

— চর্চ্চ কাসে।

মুন্না ঙৈহাক তারুরগা সোংখুপাওনা হায়রকই।

— নঙসু চৎকেরা?

— চৎকে। শা হাৎপগী পাপ কোক্লবা। ঐসু তাংখূল লোন্দা শক্কনিদা।

ষ্টেফেন নীংশিংলি--- খুনগী চর্চ্চতা সোংখুপাওনা লাইশোন ঈশৈ থরাই য়াওনা হৌনা শকপদো। হৌজিকসু নাকোংদা তারকপগুম তৌই। ষ্টেফেন মমীৎতা মপি খরা খঙহৌদনা তারকই। মহাক তৈথোক্তে।

অহীং অসে কয়াদা চীকখ্রবা! ঙসাইমখৈ অকিবা পোক্রম্বা তপ্না তপ্না হঙ্করকপগুম তৌই। লিঙপাওগী নাখোকপগী মখোল তারকই। সিলিংদা য়েংলম্বা মমীৎ তপ্না উর্শিল্লি।

— নোং ঙানগদবা কয়াম ৱাৎলি?

ঙরাং অয়ূক্তগী লিঙপাওগী মচিন্দগী ইহান হান্না তাবা খোঞ্জেলনি। ষ্টেফেন মীৎকপ খংথোক থোকই। ফমুং নাকনগী খোংনাউ হাংদোক্তুনা য়েংই। মপানদু ইমম মল্লি। অকোয়বদা লৈরিবা লম্ফেলপাৎকী ওফিসশিং, উ-ৱাশিং মুশুক মুনা তুমীন্না লৈরি। থোঙনাওদু খিংজিল্লি।

— খরা ৱাৎলি। তূম্বা য়াদ্রবরা?

— করম্না য়াগনি।

ৱাহৈ খরা অসিতনি। ৱাহৈ অনীসিদং হায়রকপদা থম্মোয়গী মৈচাক পূম্বা ফূদোক্লি।

— নহাক হোরেল খুন্দা চৎকদ্রা?

ষ্টেফেন ঙৈহাক তুমীন লৈরুরগা হংই।

— খঙদে। ইস্কোর্ট ফংগদ্রা খঙদে।

সিফাইগী ইস্কোর্ট য়াওদ্রবদি ইম্ফালদগী খুন্দুদা গাড়ী অমত্তা চৎতবা কুইরে।

— ঙরাংসু ইস্কোর্ট পীদবরা?

— পীদে। ঙসিদি উপায় অমা তৌদুনা চৎকে খল্লি। হয়েংদি অশিবশিং ফুমগে হায়রগনি।

মখা তারকখিদরে। হৌগত্তুনা কাচিন্দা লৈরিবা শুমজিৎতু পায়দুনা থোঙ হাংদোক্লগা কাদগী থোকখি। কাদু থোঙ ঙাশিল্লম্মী। থংনবা কাশিংগী থোঙ শো হাংদোকপগী মখোল তারকই। ষ্টেফেন অমুক মমীৎ উইশিন্দুনা তুম্নবা লাক্লরকই। অমুক ফুক হৌগৎতুনা কান্থদা তারিবা থাঙপাক অদু লৌথোক্তুনা ইঙান ঙান্না ফক্লাংদা ঙাশিল্লি। বন্বকী মঙালদা ইরং লংই। অদুগা লেমহৌরিবা অহীং মতেক্তু পেন্না তুম্নবা মমীৎ উইশিল্লি।

# পুন্সীবু শান্নরিবা নুপা

নিংথমথাগী ঈংথ্রবা অয়ুক্কি। লৈচিনসু ফজনা থায়। শুমাঙ মচাদুগী অকোয়বদা হৌরিবা মনা অয়াম্বা কেনথ্রবা হৈ-রা পাম্বীশিং অমদি গল্লাগী শুংগ্রং মাংগ্রংনরবা লৈ পাম্বীশিংদা অঙৌবা উন মচেৎ খরা খরা পক্লি। নুমীৎ মশক উদে। মথোল অনীগী পঙচাউসু চাউদবা পঙপীকসু পীক্তবা নাল্লবা মথক্কী কাদা, থোংনাও ময়াগী ফমুংদা ইবোতোম্বা হীপ্লোই ফম্বোই থোঙনাওরোমদা য়েংলি। চাঙাং অদু অমুক অমুক চুপ্পী। ঈংবদুদা পাক হৌগৎনিংদে। পীক্তক তৌবা মমাঙ শঙ্গোয়দুদা মী মরি মঙা তুম্পক তুম্পক তাশীন্দুনা ফল্লিবদুস্ উই। লৈচিন থাবনিনা মশক্তি লাকশীনবা ঙমদে।

"বহাদুর, মী লাক্লবদি ডাক্তর থবক অমা চৎপা তারে হায়দুনা খরা থাদোকখো।" মাগী নুপী সুশিলানা থবক ইনখাং শূনবা থম্বা নেপালি নুপামচাদুদা থংনবা কাদা হায়বা তায়। মশেননুপাগী অহানবা পোকপা মচাগী অয়ূক্তা ষষ্ঠি পূজা চৎকদবনি। চাক ঈশিং তৌদুনা চাউনা শোনগদবনি। সুশিলানা ঙরাং নহান্দগীনি অয়ুক ঙস্তানা চৎনবা হায়জরিবা। মীরোল লৈজদবনা মখোয়না অশিন-অরাং তৌগদবনি। সুশিলাগী মখোল তারকপদা ঘরী য়েংই। পুং তরেৎ তাগদৌরে। খল্লী— "নিংথমথা হায়বসি পুংদি হেক্তা হৌজিল্লম্মী।" খনবতনি। পাক হৌগৎতে। থোঙনাওদা অদুম য়েংই। বহাদুরনা শঙ্গোয়রোমদা চঙখিদুনা মখুৎ-ও মশা-ও ফল্লিবশিং অদুদা করি করিনো হায়রিবদু উই। মহৈ মহৈ তপ্পা হৌগৎখিদুনা কোম্থোংলোমদা থোক্লখি। ইবোতোম্বা উরকই— নুপা অমদি পাক চৎতে। শুমাংদা মখোঙ নাম্মা চিংলপ চিংলপ, ইমুংলোমদা চঙথ্রিবা বহাদুরগী মতুং ইন্নরক্লি। নিংথম থাগী ঈংথ্রবা অয়ুক অসিদা পাথ্রবা ফ্রীৎ অমত্তং লীংলি। মকোক্তা কম্ফোতি অমা য়েৎলি। মখোঙদনা হৱাইসেন্দল অমনবা অমা ভোংই। ময়াঙ কংই, নকোই কুইনা কক্রবা মাল্লি— শাংই। ইবোতোম্বা খল্লি— অঙাওবরনে?

বহাদুরনা থৌরা শাদবদুদা নুপাদুনা খংলাউ লাউরকই—

"নঙগী ডাক্তরদুদা হায়য়ুনে— ঐনি হায়না..."

"ডাক্তর শংদ্রে। হয়েং ওইনা লাকউ।" লাউবোই করিওই হায়রম্লগা বহাদুর ইমুংদা চঙখি। নুপাদুসু তপ্পা কোম্থোংলোমদা থোকখি। লৈচিন মরক্তুদা মশক উখিদরে। ইবোতোম্বনা বহাদুর কৌশিন্দুনা হংই—

"হৌজিক্কী নুপাদু কনানো? করি হায়রিবনো?

"অঙাওবসু মানগুম তৌই। ঙাওদবসু মাল্লি। ডাক্তর অমুক্তা উন্নগে হায়।"

"অদুবু— কনানো, কদায়দগীনো হংহৌব্রা?"

"হংই। ডাক্তরদা নঙগী তা চাওঙৌ লাকইদা হায়য়ু হায়।"

তা চাওঙৌ! ইবোতোম্বা খংপ্রেক খংবগুম তৌই। বহাদুরদা থুনা হায়রকই—

"বহাদুর চেল্লু। নুপাদু কোয়থি থিরগা পুরকউ।"

বহাদুরনা ইঙক ঙক্লা ভাব ইতা তাদনা তফিং তফিং থোকখিবগা ইবোতোম্বা মতোমতা অমুক খঙহৌদনা শোল্লকই— "তা-চাওঙৌ!"

অমুক খল্লকই— "মশাদু কয়াদা শোক্লবা? চহী কয়াদি কুইরে উন্নখিদবা... "

ইম্ফালদগী য়াম্না থাপ্পা চীংয়াগী পীক্লবা খুঙ্গং শারৌথেলদা ইবোতোম্বা চাউরকই। সরক্তগী মাইল অনীরোম অমুক নোংজুথাদনা লৈখোম থোকপা নিংথমথা অমসুং নুংশা শাবা মতমদনা উফুল থাংবা লৌবুক ময়ায় ফাওদুনা থেক-খোয়রবা লম্বী অমদা চৎপা তাই তাম্লবা খুঙ্গং অসি য়ৌগে হায়রবদি। লাপ্তুক লাপ্তুক খুন মচা খরসু লৈরি। শারৌথেল খুন্দা ইবোতোম্বাহোয়গী ইমুংবু 'ইম্ফালগী ইমুং' হায়রগা খঙনৈ। ইবোতোম্বগী মপা মধু ইম্ফালদগীনি। ময়ুম ইঙ্খোল ইম্ফালদা লৈ। মধু মশামক্লা লৌ উদুনা খুন অসিদা লৌতাংদুনা লৈখিবনি। লৌতাংবা হায়জবতনি— ময়ুম-মকৈ ফজনা শাদুনা চহী কয়া লৈরক্লবনি। ইম্ফালগী ময়ুম ইংখোলদুদি ইবোতোম্বগী মখুরাশিং অমনা য়েংশিন খোৎচিন তৌদুনা মমিংতা ওইনা লৈরবনি। মহাক মশা ইম্ফালদগী ওইবগা, লৌয়াম চাবগনা খুন অসিতদা নত্তনা থংনবা খুন ফাওবনা মধুবু ঈকায় খুম্নে। খুনগী যৌদোক ৱাথোক খুদীংমক মহাক্লা তান্নদবা য়াওদে। মহাক্কী মৱা চৎলি।

চাওঙৌসু খুন অসিদগীনি। ইবোতোম্বদগী নাওরোন অমা ফাবাত্তনা হল্লি। থকশি খাশিগী খন্দুনা মধুনা মচাদা তাদা কৌহল্লি। ইবোতোম্বনা শমজীন্দুনা তা-চাওঙৌ কৌখি। ফিবম মূর্তিগী হায়রুরবদি তাদা কৌবদা কায়দে। চাওঙৌ মশা মউ ফৈ। ৱাং চাউই। হৌমিন কামিন্নরকপশিংদগী শকফম অদু খরা লৈশিন্না উই। ময়াম্নবু হায়নৈ— করিবু চা-থক্তুনা মহাক্লা করিগী অসুক নোয় পেল্লিবা? মসিগী মনুংগী ৱাসু লৈ। চাওঙৌগী ইমুং-মনুং য়াম্না নংই। লৌ মচেৎ অমফাওবা লৈতে। চাওঙৌগী মপানা মপাঙ্গল কল্লিঙৈদদি মীগী লৌ খরা উবা ঙম্লম্মী। অদুবু মশাদু নাদুনা খঙহৌদনা খঙশোন শোম্থখি। খুৎনেক খরা লৌউ পাম্থাদা চৎপা, চীংদগী শীং খরা চনবা নত্তনা অকনবা থবক শূবা ঙমখিদে। ইমুংদু ৱানা হিংই। করিবু চাদুনা হিংলিবা খন্নে। অদুবু চাওঙৌ পূম্নমক যৌশাদে। পূম্নমক নাচুংদে।

ওম্ব্লোক্লসু মঙাও থী।

নোংমা নিংথমথাগী অয়ুক অমনি। লৈচিন থায়। লৌবুক, খুনশিং, চীংশাং পরেংশিং মশক অমত্তা উদে। ঈংলবা অয়ুক অদুদা পাগ্রবা ফুরীৎ অমা লীৎলদুনা চাওঙৌনা ইবোতোম্ববু তুমীন্না কৌথোক্লে। অদুগা হায়রকই— "পাৎতা চৎলুসি"। খুন্দগী পংলাপ লাপ্তুনা লৈবা চীংয়াগী পাৎতনি। ইবোতোম্বদু মরমগা হংদনা তুমীন্না মতুং ইন্নে। করিগীনো খঙদে চাওঙৌনা হায়বদা হেক্তা য়ানিংবা— মাগা লোয়ননীংবগী ৱাখল অমা ইবোতোম্বদা লৈ। ইবোতোম্বদা নত্তে— খুনগী নুপামচা অয়াম্বসুনি। অদুবু মাবুনা হেন্না খরা লুনা তৌবসিদা ইবোতোম্বগী ৱাখলদসু নুংঙাইজবা অমা ফাওই। পাৎয়া য়ৌবা মতমদা "নহাক তুমীন্না ফম্মুকো। মী লাক্লবদি ঈঙ্গিৎ তৌরকউ" হায়রম্লগা খুঁদে হোংদোক্কুনা পাৎতা কুমথখি। ঈংথ্রবা ঈশিংদুদা নিংথমথাগী কংশিল্লক্লবা ৱাংলবা কবোকং মরক্তা কুমথদুনা চঙখি। অদুদগী মশা পূম্বা ঈশিং মনুংদা লূপ্লগা মঙক খজিক্তুং থাঙ্গৎতুনা কবোকং চবুন অমা য়ান্না তপ্না ঈমায়রোমদা ঈল্লকই। ইপোম থোক্তে। নুংশিৎনা হুমদুনা তপ্না তপ্না তাউবা মাল্লি। তোর্বান্দগী লাপথোকখি। লৈচিন্না মশেন মরাংতমক উরকই। ইবোতোম্বা মমীৎ কুপ্তুনা ইঙক ঙক্লা য়েংই। অরুবা মফম য়ৌরক্লমাল্লে খঙলেপ লেপখি। মঙক খজিক্তুং উরম্বদগী ঈশিং মনুংদগী নাওরি অমগা মখূৎতু লিৎথোরকই। অমুক্তুং কন্না চিংলগা কাপখি। চাউরবা উচেক শঙ্গু অমা মনাক অদুৱাইদগী খঙহৌদনা পাইথোরকই। অদুদগী লৈচিন মরক্তা মশক উখিদরে। চাওঙৌদু কবোকং মরক্তগী ফুং ফাওগৎলক্লগা অরংবা ঈয়ায়দা চোংথখি। ঈরূপখি। ইবোতোম্বা ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলকই। মঙোন্দা অঙকপা কুম্মৈনি। ফনা কুইনা ঈশিং মনুংদগী ফাওগৎলক্তে। ঙৈহাক লৈরগা ইথা থাজদনা ইবোতোম্বদগী পংলাপ লাপ্তুনা লৈখোমও লৈনাং-ও তোর্বান ময়াদা ফাওগৎলকই। মখূৎতনা চাউরবা লমঙানু অমা। ঙানুদু শিদ্রি। মকোক্তা ঈ থোক্লি।

— মখোঙদা কন্না পায়য়ু। ইম্ফালদা লূপা হুমদ্রাদি শিংৎলনি।

চাওঙৌনা মফি হোংদোক হোংদোক্লা হায়রকই। ঙানুদু পায়বদা মখূৎ নীকই।

— নুপা মান্দেদা। মাম্মনদি নঙবু ডাক্তর ওইহনগনি হায়রি— ঙানুদু পায়বফাও কিরবা।

চাওঙৌনা মশাদু থক থক নীক্লা ময়া ইখি খিগৎলদুনা হায়রকই। মদুগী পাউখুম পীবগী মহুৎ ইবোতোম্বনা হংই,

— তা চাওঙৌ, পাৎসিদা লমঙানু তাই হায়বা কমদৌনা খঙই?

— নঙ তা-চাওঙৌনা খঙদবা লৈবরা? ঙরাং নুমিদাং পাইরকপগী মখোল তাহৌদ্রা? নঙদি খঙলোই।

য়ুমদা হনগদবগী মায় হেক লৈথোকপগা মাইমু লাকপদু উই। মখোয়গী খুন্দগী অহলনি। পাৎসি চহীসিগী মানা চাবনি, ইবোতোম্বগী মপাগদি ইতাও ইতাও কৌনৈ। চাওঙৌদু মাইমুবু উবদা চেনগে তৌই। চেনবা ঙমদে। খংলেপ লেপ্পী । মাইমুনা ঙানুদু উবদা হায়রকই,

— লম ঙানুনিনহে। করম হায়না ফায়? অয়ূক ঙন্তানা ঈংখ্রসিদা। ইবোতোম্বা নঙসু য়াওরম্লি।

মাইমুনা মনম মনম হংজিল্লকই। মখোয় অনী তুমীন্না অদুম্মক লৈ। চাওঙৌ ঈংবনা নীকপা হেঞ্জিল্লকই। মাইমুনা চাওঙৌদা মুন্না য়েংলগা অমুক হংলকই,

— খুদৈসিদা য়োম্লিবসিনা করিনো?

ইবোতোম্বা হৌজিক্তা উরকই— চাওঙৌ হায়ফেৎ চাওবা ময়োম অমসু কোল্লি। চাওঙৌনা লৎ লৎতৌনা হায়রকই,

— শমচেৎ ঙানি। লূদগীনি। সে লৌবিহৌরো...

খুদৈদু থোক্কুনা হৈদোকই। চাউর-চাউরবা উকাবী ফন্না য়াম্না লৈবাক্তা চোংলি। ইবোতোম্বগী মখূৎতগী ঙানুদু তাপ পায়রগা হৌদুনা চেনখি। ইবোতোম্বা ভাব তাদনা তিঙক তিঙক ঙৈহাক লেপ্লম্বদগী চাওঙৌগী মতুং ইন্নবোই করিওই থুনা চৎপা হৌরকই। মাইমুনা লাউদুনা লৈহৌই,

— মীগী লূগসু কাইরম্মীনহে... হুরানগে তৌরম্লিবনিনে-হা। ইবোতোম্বা নঙসু নপাদা তাক্কদবনি...।

মখা তারমদরে। মহাকসু চেনবা হৌরকই।

নুমীৎচুপ্পা অমা ইবোতোম্বা মাইমুনা মপাদা তমদুনা ফু-চৈগদ্রা য়াম্না কিখি। অদুবু করিমত্তা পল্লকখিদে। খজিক্তং স্বর হোন্দোকখি।

মাইমু উবদা চাওঙৌনা নীকপা, চেনগে তৌবগী ফিব্বম, ঙা হৈদোক্লম্বা... পূম্নমক নীংশিংলুরগা তূম্লমদাই ফাওবা নোকপা খাঙখি। মমীত্তা উদুনতা লৈখি। চাওঙৌগা লোয়নবদি মঙোন্দা অনৌবা থৌদোক ঙাক্তনি। চাওঙৌ মঙোন্দদি মানা তানবা ফংলরোইদবা হিরোনি। চাওঙৌগী মনাক্তা অসুম অসুম মাবু চিংশিল্লকই।

খুঙ্গংদা লৈজরবসু মধু সহরগী হরা নুংশিৎতি মঙোন্দগী লাপথোক্তনা লৈ। মতোমতা পোকপা ইবোতোম্ববু লাইরিক-লাইশু হৈবা মী ওইহন্নিংই। খুঙ্গংগী অঙাংশিংগা য়াম্না তোরোৎ-খদাননা তিন্নহনবসু মহাক পামদে। মাগী মীৎয়েংগী ৱাংমদসু মচাবু ইম্ফালদা থম্নিংদে। খুঙ্গংসিবুসু মহাক থাদোকনিংদে। অদুগা মাগী অনীংবা অপাম্বদু কন্নাদসু হায়দোক্তে। ফন্না য়ানিংদবা লৈরবসু, পামদবা ফন্না লৈদুনা খুনগী অতৈ মীশিংদা নোংমতা ফোঙদোক্তে।

মচিন্দগী তথি-তথিবা ৱাহৈ অমত্তা থোক্লক্তে। অদুনা ইবোতোম্বনা মপাবু খঙবা ঙমদে। নোংমত্তা মঙোন্দা ফু-চৈদুনা তৌখিদ্রবসু মপাবু মানা করম্না কিরিবনো হায়বা ইবোতোম্বা খঙবা ঙমখিদে।

অদুগা চাওঙৌবুসু মহাক খঙবা ঙমদে। নুমীৎ অদুদগী চাওঙৌদু মঙোন্দগী খংলাপ লাপথোকখিবগুম তৌই হায়বসিমদি ইবোতোম্বা খঙই। চাওঙৌনা মাবু উনদনবা হোৎনৈ। মতোমতা হেক হেক হংজৈ করম্না অসুক থুনা চাওঙৌগী শাজং হোংখ্রিবনো? মঙোন্দগী করিগী লাপথোকখ্রিবনো? মসিগী চৈনা অমদি মথম্মোয়দা হেক হেক ফাওই।

নোংমগী অয়ুক্তি। ইবোতোম্বনা লাইরিক পারিঙৈ চাওঙৌনা মাঙ থারদুনা খুনগী মমান্নবা মঙা তরূক মখোয়দা চঙলকই। মীৎকুপ্পুদা ইবোতোম্বা মপূক্লিংদা মাবু উন্নবা লাকপা ওইরবোই নীংদুনা হরাওই। অদুবু আশা কায়খি। মধুবু হেক উবগা চাওঙৌনা হায়রকই,

— মাম্মা, খুনসিগী চাওখৎ থৌরাংগী থবক পায়খৎনবা নহারোলশিংনা ক্লব অমা লিংখৎলে। ময়াম্না ঐবু নুংশিবিদুনা সেক্রেটরী ওইনসু হাপ্পীরে।

মধু নোকফেৎ তৌই। চাওঙৌ মীনোক অদুগী অর্থ খঙই। অদুবু মখা তারকই,

— মাম্মনা হেন্না খঙবিরিবদুনি, সরকারগী খুন অসি ফাওবগী লম্বী অসি ফৎত্রে হায়বা। শনগাড়ী লীক্রমসু লৌখোং ওল্লে। সরকারনসু থওইবিদে। অদুনা নোংজুথা য়ৌরক্লিঙৈদা ক্লবকী নহারোল ঐখোয়না শেমজিল্লসি লেপ্পরে।

হন্দক্তি মধু নোকপা তোক্তুনা খুল্লকই,

— ফৈনে, মাম্মসু য়াওনি। চা-নুংগী শেলসু নঙ মাম্মনা পুথোক্কনি। ঙসিদগী হৌগদবরা? ঐহাক থোরক্লগে?

— মাম্মহোয় অহল লমন্না লেপ্তা লেপ্লিয়ু... করিগী থবক শূবা য়াওরুগদগে। চা-নুংগী পৈশা পুথোকপিগনি তাবদা নুংঙাইজরে— মদুগীদমক্তি ঐখোয়না লাকচরিবসু।

ইবোতোম্বা মাবু হৌরক্কদ্রা খল্লম্বনি। লাইরিক তৌরম্বা তোক্লবনি। অদুবু মখোয় মঙা তরূক্তু মরি মরি থোকখি। চাওঙৌদংদি মঙোন্দা হায়রম্মী,

— ইবোতোম্বা, লাইরিক কন্না পাউকো। নঙদি য়াওহন্দবা হায়না লেপ্পরবনি।

ইবোতোম্বা মপূক্লিং ঙৈহাক্তংদুদা ৱারৌই—মাবু তোখায়না থম্বিবগী। ময়ামদগী লাপ্পা। করিমত্তা খুমহৌদনা তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈহৌই।

"ফনা ফগদবা অঙাংনি মাগী চাওঙৌ হায়সে। অদুবু ইমুং-মনুং মওং তাদবদগী লাইরিক তম্বগা হেক তোকইদা।" মধুনা মতোমতা শোনবোই করিওই হায়রকই। ইবোতোম্বা তায়। তাদবা শাদুনা তুমীন্না ফম্মী। মাগী ৱাখলনা চাওঙৌগী মতুং ইন্দুনা চৎলকই।

নুমীৎ মঙা তরান্নিগী মতুংদদি খুনগী লম্বীদু ফজনা শেমখি। চাওঙৌ ৱাবনা মপুম থীৎখি।

ইবোতোম্বনা কলেজ কাবা মতমদদি ইম্ফালদা মখুরাশিংগী মনাক্তা লৈরে। ইম্ফালদা লৈবা হৈনদে। শারৌথেলবু হেক হেক নীংশিংই। অদুবু মপাবু কিদুনা চৎতে। মরক মরক্তা মপানা মাগী অৱাৎ-অপা য়েংশিনবা লাকপদা খুনগী পাউ হেক হেক তম্মী। চাওঙৌ ক্লবকী সেক্রেটরী অদুম্মক ওইরি। হন্দক্তি লোক্তগী লৌখোং মচা অমসু পুথরে। লৌ অমত্তা লৈতবা চাওঙৌনা মরু ওইনা হোৎনবদগীনি। য়ু, জ্বারনচিংবা নেশা অপুম্বা খুনদা থিংলে। অসিনচিংবা কয়া ইবোতোম্বা তায়। ইবোতোম্বনা নুংঙাইত্রিবদি চাওঙৌগী ইমুং-মনুংগী ফিবম ইফ-ফগৎপগী পাউ তাদবসিনি।

পোইনু থাদা মধুনা ইম্ফালদা ফৌ তাইনবা কারকপদা ইবোতোম্বদা ৱারী তৌই,

— নঙগী চাওঙৌদু লাইমা মথোং হুক্তেহে।

ইবোতোম্বা নুংশা থীরকই মপানা ইতৎ তত্তনা থাগৎলম্বদগী হুন্নকপদা। মপানা মখা তারকই,

— লৌরাক অমত্তং উজগে হায়দুনা কন্না হায়বদগী ইমুং মনুংগী ফিবমসু য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা উহল্লে অদুগা লৌশানগা অমত্তা পীরক্তেনে।

ইবোতোম্বা অতৈ ৱা হায়রক্কদ্রা খল্লম্বনি। নুংশাম্বর খজিক্তং হোন্দোকই। ফনা লাপ্পা লৈনরবসু — উন্নখিদবা কুইরবসু — চাওঙৌবু মাগী থম্মোয়গী কাচিন অমদা লোত্তুনা থম্লি হায়বা খঙজে। মপানা মখা তারকই,

— মানা হায়বু ফৌ লোইনা তাইথোকখরে। নোংমৈ পূল্লপ লৌশান পীরগে হায়। অদুগা লৌহোন হুনবা, ফোয়বা, খোইবা পূম্নমক ঐখোয়গীসু মানা হেক ঙম্বমখে তৌনি হায়। উপায় লৈতে। তৌবদি নুপাদু মপাঙ্গলদি কল্লিহে — লৌহোনবু হারৈ চনী চহুম মতোমতা অয়ূক চাকচামাঙদা ফোয়নে।

— মরাইনা পীজরক্কনিদা।

হন্দক্তি শোক্থাংননা চাওঙৌবু কনখৎতুনা ইবোতোম্বনা হায়রকই। মধু খংশাউ শাউবদৌনা হায়রকই,

— কদায়দগী পীরক্কনো। মথীবোং ফাওবা চানিংঙাই লৈত্রিঙৈদা নুপী থিজিন্দুনা মকোক ঙাওরবা মানবু।

ইবোতোম্বা পূমঙক ঙকই। মঙগুম্মী। চাওঙৌ নুপী থিরে হায়বদা থাজদে।

— তা চাওঙৌবু নুপী থিরব্রনে?

— থিরে থিরে। ফনা ফগদৌ নীংলম্বনি। ক্লবকী সেক্রেটরী ওইবগদি লায়রদুনা মতৌ-মনাও পংখত্তা খৎনদুনা লৈরে হায়। মমা-মপা অশোনবা অনীদুসু জ্ঞান মাঙলবনি। কান্নদে নোংমৈদি লৌদু শৎতোক্লনি। ইমুং মনুংদুগী খল্লুরবদি নুংদি নুংঙাইতে...।

অরোইবগী রাহৈ খরদু শুরু শুরু নৈশিনখি। লৌগী রাদি মপানা মচিন্দা অদুক ঙাঙজবনি পাক শৎলোই হায়বা ইবোতোম্বা খঙই। মানা মপাবু খঙলমদবা কয়া চহী মতাংনা তপ্না তপ্না খঙলকপগুম তৌই। হৌজিক্তি মানা অমুক্কা হেন্না খঙবা ঙম্লক্ত্রিবসি চাওঙৌবুনি। মাগী তা চাওঙৌবু।

ইবোতোম্বনা মপান্দা ডাক্তর তম্বা চৎলমদাইদা কুইনা উখিদ্রবা শারৌথেলদা অমুক্তং লাকখি। মপা মমাগী মনাক্তা হান্না চঙদ্রদুনা খুন্দুদা হেক থুংবগা চাওঙৌখোয়দা হান্না চঙই। মাবু হেক উবগা চাওঙৌনা হরাওনা নোক্তুনা হায়রকই,

— নঙনা লংফৈ চৎলমদাইদা নঙগী তা চাওঙৌবু উন্নবা লাক্কনি হায়বা খঙই।

— ঐ চৎকদৌরে হায়বা খঙব্রা?

ইবোতোম্বসু হংই। থৌনা ফনা চাওঙৌগী মফমদা রাহং পাউহংবা মসিনা অহানবনি হায়বা য়াই।

— নঙগী রাবু করম্না খঙলোইদৌরিবনো? নঙনদি খল্লম্বা য়াই ঐনা নঙোন্দগী লাপথোকই হায়না। ঐ লাপথোক্তে। ঐ নঙোন্দগী খক লাপ্তে। ঐগা নকশিন্না তিন্নরম্লবদি নঙ অসুন্না ওইরক্কদ্রা? হৌজিক্তি নঙগীদমক ঐনা চাউথোকই। খুনসিগী মায় নঙনা ঙাক্রগনি। নঙনা খুনসিগী করিগুম্বা খরদি তৌররগনি।

ইবোতোম্বা খঙহৌদনা মপি ইরা চেল্লকপগুম তৌই। খুঙ্গংসিবু, চাওঙৌবু মঙোন্দগী শেৎতোক খায়দোকপা য়াদ্রবগুম অসুক্কী মতিক নকশিন্নে হায়বা হৌজিক্তা অমুক খঙলকই। চীং, পাৎ, তুরেল, চীংয়াগী খুঙ্গংশিং নৌহৌননা য়েংলকই। মাগী রাখলনা মখোয়গী মথানুংদা চেন-চোংদুনা শান্নরকই। চুম্মী, ঐহাক খুনসিগী করিগুম্বা খরা তৌগনি। মখোল থোক্তনা মপূকনুংদা চাওঙৌদা হায়জরকই। মঙোন্দা চেৎনা কোঞ্জনিংই। কোনবা ঙমদে। হায়রকই,

— তা-চাওঙৌ, ইতৈমদি?

— কনাগী ইতৈমা? ওহ, নঙসু খঙবোইরে?

— ঐসু নঙগী রা পূম্বা করম্না খঙলোইদৌরিনো?

— মাম্মনা তম্বা ওইরিনিনে? মথোং চাবা নুপী নত্তেদা। খাইনখরে। থা অনী অহুম ফারে।

— মথোং চাদ্রিবসিবু তা-চাওঙৌরা? ইতৈমরা?

ইঙক ঙক্লা ইবোতোম্বদা য়েংই। শকফম খঙহন হঞ্জিনখি। শকফম অমা তৌখি। অশাউবসু নত্তে, মদুগুম্বা শকফম ইবোতোম্বা খক উখিদ্রি। মঙোন্দা মুন্না য়েংবা ঙমদ্রে। কদায়ৱাইদনো চাওঙৌগী থম্মোয়গী মচেৎ অমা কেনখ্রবগুম তৌরকই। মতৎ মতৎ হায়রকই,

— চুম্মী, ঐ মথোং চাদে। ...ইবোতোম্বা, ঐনা পুন্সীবু শান্নে। পুন্সীনা ঐবু শান্নবসু ওইরম্বা য়াই। কদায়দনো অশোয়বা অমদি লৈ। পম্বুংফম খঙদনা পঙচত্তা চৎপনি। ঐ হায়ফম খঙদে অসুন্না পঙচত্তা চৎলম্বদগী খঙহৌদনা তুখিদুনা অমুক হৌগৎলক্তবসু কন্নানা খঙবা। পম্বুং য়াওদনা চৎপসি ঐ হৈনখরে...।

— করিনো হায়রিবদো তা-চাওঙৌ?

— ঐ করিগুম্বা মতমদা নখোয়গী পুন্সীবু কল্লকই... মসিনা ঐ য়াম্না ৱাই... অদুনা ঐনা পুন্সীবু শান্নে। করিগুম্বা মতমদা অমুকসু খল্লি— পুন্সীনা ঐবু শান্নরিব্রা?

শ্রু শ্রু নৈশিনখি। অসিগুম্বা ৱাহে চাওঙৌদগী থোরক্কনি থাজখিদে। অদুগা পিগী ইরাশিং মঙোন্দা লৈরমগনি হায়বসু। মানা খনখি— চাওঙৌদি চীংজাওগুম্বনি। পূন্নমক থেংনবা ঙম্বা নোং-নুংশিৎ, নুংশাগী মৈশা, ফমজিল্লবা উনশিং। খঙহৌদনা ইবোতোম্বসু মপি তারকই।

— নঙসু কপ্লিবরা?

চাওঙৌনা থংনবা মীৎকুপ্তা নোকথোরক্কুনা হায়রকই। ইবোতোম্বা ইকায়না মপি তৈথোকই। অসুক থুনা দ্রামাগী আর্টিষ্টকুম্না হোংলকপা শকফম অদুসুনি— ইবোতোম্বনা চাওঙৌবু খঙবা ঙমদ্রিবা!

ডাক্তর ওইরবা মতমদদি ইবোতোম্বা ইম্ফালদাময়ুম মকৈ শাদুনা নে-তানা লৈরে। ফিবমনা শিনফম্না সহরগী পুন্সীদা তপ্না তপ্না হৈনখি। মশানা ফাওবা অহোংবা অসি খঙজহৌদে। করিগুম্বদা শারৌথেলবু, মাগী তা-চাওঙৌবু নীংশিংলকই। মাগী মমা মপাবু নীংশিংলকই। মাগী মমা মপা মনাক্তা নুংঙাইনা লৈয়ু য়াদে। মাবু মতিক চাবা মী ওইনবতা খঞ্জরকপা মমা মপাবু মশক খঙহি খঞ্জরুবা অরানবা ওইরম্মী। মহাক খঙবা ঙমদে। মপানা হায়,

— নঙ মী ওইরে খনবদা ঐখোয় লৈতানা হিংবা ঙম্লগনি। শিবসু ঙম্লগনি। মসিখক্তনি। খুঙ্গং অসিদা ঐগী পুন্সী শরুক খরা য়াওরি। ইপাদি অসুম সিদা লেম্লগে। নঙ লেপ্তনমক মঙ্গল ওইয়ু।

লাইরিক হৈদুনা মী অমা ওইরবসু তশেংনা মহাক্না মখোয়বু খঙবা ঙমদে। খঙনবসু

হোৎনখিদরে। তপ্না তপ্না পূন্নমক কাউথোক্লকই।

কুইরবগী তুংদা মপানা নোংমা লাকপদা ৱারোঁরপ তৌনা হায়,

— ইবোতোম্বা, নঙসু নোংফাদোক লাক্তুনা খুনগী অনা অয়েক খরসু য়েংবা ফবনি। নঙগী তা-চাওডৌগী মমাস্ু ফমশেন্নদুনা লৈরে। মপাদুসু অমুক্কা হেন্না শোক্করে...।

ইবোতোম্বা মপূক্লুংদা খজিক্তুং ইকায়বা ফাওই। মপূক্লিংদা খল্লি— "মসিবু মপানা হায়রকপা ঙাইখিগদ্রা?" চাওডৌনসু হায়খি— "...নঙনা খুনসিগী করিগুম্বা খরদি তৌরক্কনি।"

— বাজী, চৎসি ঙসিমক চৎসি, তা-চাওডৌদি...

— মাগী ৱাদি খঙদরে— করি হায়গদবনো। কুইরে মাঙখিবা। নোংমদি অহিংদা মমাগী হিদাক লাংথক্কা, পৈশা খরগা পুদুনা লাক্লম্মী হায়বরা? অদুদগী সিফাইনা মথংগী নুমিৎতা খুন্দা নৈখিবসিদি। করি হায়রুরনি। হৌজিকসু মরক মরক্তা থিররিবনি...।

ইবোতোম্বা অমুকসু নীংশিংলকই— "...ঐনা পুন্সীবু শান্নে। পুন্সীনা ঐবু শান্নরিব্রা হায়বসু খঙদে।"

তন্না মফি হোংদোক্তুনা শারৌথেলদা মপাগা লোয়ননা নুমীৎতুমক্তদা চৎমিন্নে। খুন য়ৌরমদাইদা মপাগী মায়থোংদা চাউথোকচবগী মমি অমা তারকপদু ইবোতোম্বা উরকপগুম তৌই। খঙলুদে খল্লুবা মপাবু খজিক্তুং খঙলকপগুমস্ তৌই। মপাসু মপুন্সীদা করিনোমা শান্নরি। খল্লকই।

চহী কয়াগী নুমীৎ কয়ানিগী মতুংদনো ঙসি তা-চাওডৌবু মশেন মরাং লৈচিন মরক্তা উহৌরিবা? মাবু কৈদৌঙৈ জেলদগী থাদোরকপগে? তরেৎ খুন্দগী মখোয় মঙা তরুক খুৎলায়গা কোন্ননা সিফাইনা ফাখিবনি। ফিবমদু কয়াদা শোক্লবা! ঐনদি ঐগী অচিনবা মরক অসিদা মাবু নীংশিংখিবরা...? ঈংথ্রবা অয়ূক অসিদা পাখ্রবা ফুরিৎ অমগা— করিগী উন্নবা লাক্লান্নিবা? করম্বা মাগী থম্মোয়গী হায়নীংবা ৱা অমা পুরদুনা ইনাক্তা লাক্লম্লিবা? মনাকোংদা তারকই—

"নঙগী ডাক্তরদা হায়য়ুনে— ঐনি হায়না...।"

ইবোতোম্বা ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি। ইখং খংনা থোঙনাওদা য়েংথোকই। থারম্বা লৈচিন য়াম্না পাথরম্লে। নুংশাগী মঙাল খরা খরা ফাওরক্লে। বহাদুর মতোমতা চঙলক্লিবদু উরকই। মশাদু লৈতাবা গুম্লক্লে!

"বহাদুর, তা-চাওডৌদি?"

“থেংনদরে, খাদা ৱাংদা কোয়চৎ চত্তুনা থিরুরবনি।” বহাদুরনা ইতপ তপ্না খুল্লকই। করিনোমা হায়গে তৌবদা কেন্না শেৎ চারবী সুশিলা চঙলকপদু উরকই। হায়রকই—

“হৌজিক ফাওবা হৌগৎত্রিনা সিদি। কনাগী তা-চাওঙৌনোনে?”

ইবোতোম্বা বাথরুমদা চঙনা চঙনা খুল্লম্মী— “নঙনা খঙলোইদা। মথোং হুক্তবা মীনি...।”

বাথরুম মনুংদা মচিন-ময়া শেংনা শেংনা ফক্লাংদা থেৎলিবা মিংশেলদা উরকই মমীত্তগী পি মরিক খরা চেন্থরক্লিবদু।

# ঙাইবা

মায়কৈ খূদীং পূম্মম মম্মী। নোংসু কন্না তাই। নুংশিৎসু অমুক অমুক কন্না কন্না শীৎলি। নোংথাঙনা মরক মরক্তা কূপ্লকপদা খুনগী লম্বী হায়জিল্লমদাইগী মংগী লম্পাক মচাদুদা হৌরিবা স্নাখোংনাং পাম্বীদু মুশুক মুনা উই। অদুগা লৌবুক, চীং, খুন মতৎ মতৎশিং অমুক্তংদা মীৎকূপ খরদং উই। অদুদগী অমুক পূম্মম মমখি। থংনবা মীৎকূপ্তা খাকপগী হৌরবা মখোল তারকই।

লম্পাক্তুগী মতাইদা খুনগী লম্বী ময়াদা লৈরিবা মংগী শঙ মচাদুদা নুপা অনীখক ফমদুনা লৈরি।

-- পূং কয়া তারে?

নুপা অমনা হংলকপদা অতোপ্পা নুপা অমদু খংপ্রেক খংই। তূম্লবদগী হৌগৎলকপগুম। তূম্না নত্তে। তূমদনা মঙ মঙবনি।

--- খঙদে। ঘড়ী য়াওদে। নোংয়াইদি য়ৌরম্লগনি।

--- নোং অসি পাক হাংগদবা মান্দে। করিগীনো মানা হৌজিক ফাওবা লাক্লিবা?

--- ঙসি শোয়দনা পীগে হায়রকখিবা নৎত্রনে?

--- উম। নুমিদাং পীগে হায়রিবনি।

অমুক তুমীন লৈনখি। নোংথাঙনা অমুক কূপ্লকপদা মখোঙ শাংনা শাংনা তিংখোক্লরগা ফুট অহুমলোমদং রাংনা খারিবা চেক্কী ফক্লাংদা ঙাথরিবদু উনৈ। নেমথ্রবা মথক্কী জিঙঘ মনা খরদুদা নোংনা কয়া য়ৈরি। নুপা অমদু বিড়ি অমা চমখৎলি। অমম্বদুদা বিড়িনা ঙাঙশং ঙাঙনা চাকপদো অমুক অমুক উই। অমুক হংলকই,

--- করি খল্লিবনো?

--- বাজিগী মরমদা খল্লিবনি। নোংমা ঐখোয় বাজিদু নুমিদাংৱাইরম অমা ইথা থাজদনা ইম্ফালদা মন্ত্রী মনাক্তা চৎলুবদগী হেক হল্লকপগা ফমেন্দা ফম্না ফম্না শিখি। ঐগী থবক চঙনবা লৌ লৌখায় অমতং বাজিনা উজরম্বদো য়োম্থোক্লুনা পীখিবনি। থবকসু হাপ্লকখিদে। শেলসু মচিৎ মচিৎ তঙ্খায়মুক হন্দোক্লগা তঙ্খায়মুক্তি পীরক্তে। বাজি চহী অনীরোম থৌবা চৎলি। পীরকখিদে। বাজি লৌ উদুনা চম্না হিংজবনি। ঐনা মী ওইবা ঙাইদুনা। মথায় নুংঙাইতনা রানা শিখি। বাজি রানা শিখি। ইচলনুপীগা ইনাওনুপাগা কোইরুপ কোইরুপ য়েংলগা ঐঙোন্দা মচিন্দদি বা অমত্তা ঙাঙদনা শিন্নরম্মী।

স্বর শাংনা হোল্লগা তুমীন লৈখি। নুপা অমদু অচাকপা বিড়ি মতেক নোংমরক্তা মখুৎনা কাপথোকখি। অদুগা হায়রকই,

— হুরানবা। ফোংনো মীয়ামদগী লুৎ তৌবা। হুরানবদি মখোয়নি। মতৃ-মচাগী মরী-মতাগীদা খনবা— ময়ুম কোনুংগুম্না শাবা— ঈ চুপ্পগী পেনবা নাইদবা। মমায়দা তিন শিৎচিন্নিংই। ঐখোয়না ঙাওচৎনরিবা— মখোয়না ঙাওচৎনহনবনি হায়বসু খঙদবা। মখোয়না হুরানবা তম্বীবনি।

ঔংহাক লেপখিবগী তাল্লক অদুদা অমদুনা অমুক মখা তারকই,

— খোংনাং পাম্বীসিগী মখাদা বাজি পোৎলোইখি। অদুগা হৌজিক্লা ইমানা খোংনাং অসিগী মখাদা লুকমায় পান্দুনা পোৎফম ফম্মী। করিবু শিৎলিবা খঙদে ইমাদো— মীনা পোৎ লৈবা লাক্তবা নুংথিলগী শারবা মতমদা হেক হেক নাপী মথক্তা তুম্মী। বাজিগী মোংফমলোমদা মকোক ওল্লদুনা।

মখোল খরা নীকখি। মখা তারকখিদরে। নোং নুংশিৎসু কন্না শিৎকৎলকই।

— কপ্লিবরা?

— কপ্তে।

— করিগীনো অদুগুম্বা ৱারী শারিবা? অদুগুম্বা ৱারী শাবগী মতম নত্তে। পাঙদবা মীনা কপ্পনি। পাঙদবা মীতনা থম্মোয় নৌথবনি।

— ৱারী শাররোই। ঐহাক নীংশিংলরোই। চুম্মী, নীংশিংদবা হায়বসিনা খ্বাইদগী ফৰনি।

— মৈঙাল অমা উরে। লাক্লমাল্লে।

নুপা অমদুনা হৌগৎপোই করিওই তৌদুনা হায়রকই।

— মহাক ওইরম্বা য়াই। মঙোন্দা তক্লরক্লিবসি কুইমল্লে। ঙসিদি অরোইবা ওইনা তৌনগদবনি।

— নঙতা লাপ্লপ লেপ্লু। ঐ তৌনগে।

ফুরীৎখাওদগী তুপি লৌথোক্তুনা উপশিল্লি। মঙকশমদা য়াল্লম্বা মফলর অদু নাতোন ফাওবা য়েৎশিল্লি। হৌগৎলকই।

— মমাঙ লৈকাইগী খুনগী লম্বীদা হায়জিনখ্রমাল্লেদা।

কন্না চুরিবা নোং মরক্তা মুশি-মুশি উবা গাড়ীগী মৈঙালদু মমাঙগী খুনলোমদা হায়জিনখিবা উই। হান্নগুম্না মখোঙ তিংথোক্লরদুনা ফমথরকই। মখা তারকই,

— পীকখ্রবা লৈবাক অসিদা অচৌবা সহরদা তৌবগুম পুম্নমক তৌই। হেরোইন, গঞ্জা, অদুগা ড্রগকী ললোনবা খুৎপু অসিদি খরবু ফখ্রে। মণিপুরগী মীয়ামনা চানবা চেঙবু

ফোংনা লুট তৌই। চাকখাও থদংলগা মখোয়না লাখপতি ওইদুনা য়াম্না লেম্না নুংঙাইনা হিংলি। য়েংউ, মাসু অদুমঙাই— মথীবোং ফাওবা নীংথিনা চাবা ফংলমদবনি। মন্ত্রীশিংগা মান্নদুনা মখল খুদীংগী কারবার তৌদুনা লাখপতি ওইরবনি। ইম্ফালদা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা দুকান অচৌবা অমা লৌখ্রে। হোংগৎখ্রনি।

— খঙহৌদনা শেল পায়খিবা খূদীংমক মীনা পাক উদবা খঙদবা কারবার অমদি তৌনবা ঙাক্তনি। তৌবতবু মী খুদীংনা পাক তৌবা য়াদবা ঙাক্তনি। মীনা তৌনদবা, পাক খঙলোইদবা থবক অমনা ঐখোয়সু শেল তানবা তাই। নুংঙাইনা হিংবা তাই।

— ঐখোয়গী থবক অসিদি খুদোংথীনিংঙাইনি। কুইনা তৌবা য়াবা নত্তে।

— খুদোংথীদবা থবকপু লৈব্রা? অমুক্তদা হৌবা য়ানবা তৌরিবা কারবারসু লাইবক য়েংবনি। খুদোংথীবা মরক্তনি। ঐখোয়সু অনী অহুম্লক্তা লেপকদবনি। অদুদগী নঙসু ঐসু মানা মানা থোকপা লম্বেলদা চৎনখিবা। যুগ অসিগীদি মসিনা চপ চারবনি।

অমুক তুমীন লৈনখি। নোংদি হাংগদরা হায়ববু হেন্না কন্না চুথরকই। অমুক অমুক হৌনা হৌনা নোং খাক্লকই। নুংশিৎসু শিৎচিল্লকই। নোংনা চোৎলক্কুনা তিংথোক্লরম্বা মখোঙ কোনশীন্নে। তাশীন্দুনা ফম্নে। ইম্ফাললোমদা হায়গৎখ্রিবা সরক অচৌবরোমদা মমীত্তি মুন্না মুন্না য়েংই।

— করিগীনো অসুক থেঙবা ফাওবা লাক্লিবা?

— কনানা খঙগনি? মহৌশা মহৌশাগীনি। ঐনা কন্না খল্লিবদি শেলসি মহাক পাক পীগদবা মান্দে। পীগে খল্লবদি নহান্না পীবা য়ারে। অদুগীসু মথক্তা মহাক ধপ তৌরগা পাক চৎকদবা মীতা নত্তে।

— শিবা কিদবা মী পঙলে লৈবা হৌনদে।

— ঐখোয়সু শিবা কিবা মীরা?

— ঐহাক শিবদি কি। ঐ শিবা কিবা মীদগী খুদোংচাবা লৌবা পাম্বা শিবা কিবা মী অমনি। শিবা কিবদগী নুংঙাইনা হিংনিংই।

— মহাক্কী মতুং ইনবা মী কয়ামা লৈরম্বা য়াই। খরদি চেকশিনবা তাবনি। মূক্রবা তাই। মচুম খরা লৌবা তাই।

মসি হায়রুরগা তুমীন্না অমুক লৈখি। তম্বা ঙমদবগী অকিবা অমা ফাওরকই। মী হায়বসি তম্বা ঙমদে। অদুনা পুক্নী হায়বসি য়াম্না তমঙমদবা খোঙচৎনি। মহাক্না করিগুম্বদা 'লাইবক' পু থাজৈ। লাইবক্তা ইন্থোকনিংই। নুপা অমদুনা নোকথোরকই। ইঙক ঙক্লা অমদুনা হংলকই।

— করিগী নোক্লিবনো?

— গাড়ীগী মহাজোন্দুনা মশাপূম্বা নীক্লা নীক্লা মাগী নুপীদা কোল্লগা কপ্পদো নীংশিংলকই। ড্রাইভর অমদি হেন্দলমেন্দদি লাউ-খোংদুনা মথৌনা হেক হেক উৎপনি। মাবু য়াম্না কিবনি। নোংমৈ মতোন্দু নারুমদা নম্বদা মাগী নুপীদা কোল্লগা কপ্পদো... নীংশিংলকইবা।

নুপা অমদুসু নীংশিংলকই। অহানবা থবক ওইবনা মহাকসু খরা নীকখি। খজিক্তং কিখি। মহাজোন অদুগী মথৌনা মরীংজেল ফুদোরক্লল্লবদি অচৌবা দশা অমা মখোয় অনী তারম্বসু য়াই। অদুবু নোংমৈ অদুদা মহাক কিখি। অকিববু নমথবা ঙমখিদে। মহাক শিববু কিখি। পৈশা খরগা সনা খরদুগদু লৌরগা ইমুংদুদগী তপ্না থোরকখি। অদুদগী কোম্থোংদগীদি কন্না চেল্লকখি। অহীং অমা অনীদি তূম্বা য়াখিদে।

— শিবা কিবা মীদগী খুদোংচাবা লৌবসিসু নুংঙাই।

— খুদোংথীবা থোক্লবদি ?

— তম্বা ঙমদে। পূম্নমক তম্বা ঙমদবা ঙাক্তনি। অদুবু মসি কুইনা তৌবা য়াবা থবক নত্তে।

নুপা অমদুনা খল্লি— মসি অশিবগী মায়কৈদা চঙশিল্লিবা খোঙচৎ অমনি। লম্বেল অসি চুমদবনি; অদুবু অচুম্বা লম্বেলবু কদায়দনো খন্দুনা অমুক মপূক্লিং ফাজীল্লি। অরোইবদা মসিমদি লেপই— কুইনা তৌবা য়াবা থবক নত্তে।

— ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী নুংঙাইনা হিংবগী মঙ অমা মঙলকই। নুংঙাইনা হিংনবগী লম্বী থিব: রায়। অদুগা মঙ অসিসু কায়হন্নিংদে। চুমদ্রনে— হিংবা তারবদি মতমসিগী খুদোংচাবা পূম্নমক ফংদুনা হিংবা তাই।

নুপাদুনা মখা তারকপদা নুপা অমদু মঙ মখা তানা মঙবা ঙমদে। মঙফাওনৈ। হায়রকই,

— ঐঙোন্দা আশা তৌদুনা ঐখোয় বাজিসু মঙ মঙখি। নোংজু নুংশা খাক্তনা লৌবূক্তা কূমদুনা, শনগাড়ী চিংদুনা ঐবু বি, এ, ফাওবা তমহনখি... মাসু ঙাইখি। অদুগা ঙাইবা ঙমদনা শিখি।

— অমুকস্ কপ্লবরা ?

— উম। হন্দক্তি কপ্লিংলো ফাওরকই। শীংনফম খঙদনা শীংনরিবা অসি ঐ ভাব তাবা ঙমদে। ঐনা খল্লই— পূম্নমক ভাব তানা তৌবনি হায়না। বাজিবু নীংশিংলকই— লৌবূকপু, চীংশিংবু, খুঙ্গংশিংবু; অমুক অমুক উরকপদদি মখোয়না ঐবু কৌরকপগুম তৌই। মহৌশাগী শক্তমদি য়াম্না চম্মী... মচু মচুগী ফজরবা সংসারনি। ইমাগা লোয়ননা খোংনাংসিগী মখাদা অমুক অমুক তূম্নীংই।

ঙাঙবা লেপখি। তূমীন লৈনখি। নোংদি অরেপ্পা লৈতনা চুরি। অমদুনা ঙৈহাক লৈরগা

হংলকই,

— তোক্লসিরা?

— ঙাইররোইসি হায়বরা?

— উম, ঐসু ঐ-ঐনা থোকপা মসি নত্তবা লম্বেল অমদা চংনবনা ফগনি খল্লকইবনি।

— গাড়ী অমদি লাক্লমাল্লে।

অমস্বা মরক্তা কুংলবা নোংলিকশিং ফাওদোক্লুনা মুশি মুশিবা গাড়ীগী মঙাল অনীখক অসুম অসুম চঙশিল্লক্লি। মখোয় অনী ফল্লম্বদগী ফুক হৌগৎলকই। নোংথাঙ কুপ্লকপদা অরংবা মমীৎ অনী উনৈ। মীৎকুপ খরদং মুন্না য়েংনখি। নুপা অমনা অমদুদা হায়রকই,

— অরোইবনি।

অমদুসু খুল্লকই,

— অরোইবনি।

নোংমরক্তুগা সড়কলোমদা থোরকই। সড়ক ময়ায়দা অমনা লেপই। অমনা মতাইদা। গাড়ীদুসু মনাক য়ৌরকপদা তপথরকই। খঙহৌদনা গাড়ীদগী মী মঙা তরূক ফন-ফন চোংথরকই।

অয়ুক অঙনবদা খুনগী মীশিংনা মংগী লম্পাক্তুদা হৌরিবা খোংনাংদুগী মখোংদা নুপা অনীখক ফল্লিবদু উনরকই। খোংনাংগী মউদা মশাদু ঙাথরি। মখোঙ শাংনা শাংনা তিংথোক্লরদুনা— মকোকশিংদি লূকথরি। য়েংবদা কনানোমা ঙাইদুনা তূম্বসু মাল্লি। লেঙ-ওৎতে মতৌদুদা চঙশিন্দুনা য়েংনৈ। মফি-মরোল পূম্বা লৈখোম-লৈনাং ইতৈ তৈ। লৈখোম মরক্তা ঈ মপাক মপাক তৈবদু উনরকই। মখোয় অনীগী কারক্তা অশাবরা অশেংবরা খঙদবা নোংমৈ মচা অমসু তারি।

ঙাইহাক লৈরগদি য়া-য়া লাউনরক্তুনা খুনগী নুপী নুপা অঙাং-নুবী মং তম্না য়েংবা লাক্লদুনা মীনা ফিঙৌ ফৌনরকই। নুপা অমনা নুপা অনীদুগী মকোক হায়গৎলকপদা— ময়াম মরক্তগী হনুবী অমা মীয়াম্লক্তা অমুক্তং লাউরল্লগা তুথরকই।

## হাইগৎলাং

নুমীৎয়ুংবা মতমনি। কালেনগী নুংশানা য়াক্লা শাই। খুনগী উফুল থাংলবা লম্বী অদুদা মী অমত্তা চৎতে। ইচীক চীকই। উ-ৱা, চীং লৌবূক, চাইনা চাইনা লৈরিবা খুনশিং তাদুনা লৈবা মচু থোক্তবা অয়েকপা লাইগুম্না লৈরি। অহিংবা অমত্তা মান্দে।

দুকানগী উপাক্কী ফম্পাক মচাদুদা চাওতোন ফুরিৎ অমত্তা লীত্তনা উইদুনা লৈরি। নোয়খ্রবা মশাদু হুমাংনা লূপই। থংনবা শীঙ্গেদা শীং খায়বগী মখোলদুদা অমুক অমুক মমীৎ শিংই। অমুকসু মশাদু ইনম নমদুনা তূম্মী। মঙ মতেক মতেকসু মকু মঙ ওইনা মঙই।

— আলু পৱা অহুমদা পীয়ু।

চাওতোন অমুক মমীৎ খংশিৎ শিংই। ময়ায় ওইনা চাউবা খুন অসিদা লৈরিবা দুকান হায়ববু অসিখক্তনি। অদুবু শারবা নুংথিল অসিদা পূং অনীরোমগী মনুংদা পোৎ লৈবা লাক্লিবসি নুপামচাসিতনি। মমাঙ লৈকায়গী থম্বালজাওগী মচানি হায়বা চাওতোন খঙই।

— করিগীনো হৌজিকপো আলুদি? অয়ূক্কী চাক থোংহৌদ্রিবরা?

— থোংদ্রি। ইম্ফালদগী ইমা হল্লকপদা ঙায়হৌরি। বাবানা...।

নুপামচাদুনা মখা তারক্কদবা অদু চাওতোন তানীংবা পোক্তে। ৱা মরক থৎতুনা হায়রকই,

— পৱা অহুমদি ফরক তাই, কিলো অমা লৌ।

ইমানা পৱা অহুম হায়রকই। ঙারীসু লূপামখায়গী পীয়ু। ইমানা ইম্ফালদগী লৈরকপা কাউরে হায়।

— কাউরবা? হুম...। নপানা ঙরাং বিড়ি সিকি অহুমগী শোৎখিবদুদি কাউদে হায়রক্ত্রা?

ইম্ফালদগী লৈবগী ৱা পল্লকপদা চাওতোন খংশাউ শাউগৎলকই। অঙাংগা ওনশিন্নে। আলুদু অরূম্বা ফাবা ফাদবা ওল্লগা খাউদা হৈজীনখি। ঙারীদুসু খরূংদা মখূৎনা থিংজিনবদা পায়রকপা খরা চেদা য়োমশিনখি। অদুগা হীসাব পাবা হৌরকই। মসিনি মাগী দশা। মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লকই— কিলোদা তরেৎ পৱা অহুমদদি...? অদুক লুবা অঙ্ক চাওতোনগী কোক্লা খোৎপা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। ফল তাদে।

বিড়িগী সিকি অহুমনে, ঙারী লূপামখায়নে... আলু পৱা অহুমনে— কয়া তারে? নুপামচাদুদা হংবোই করিওই অমুক পাবা হৌরকই। মাগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদে। জ্ঞান মাঙদুনা

শীঙ্গেরোমদা ওনশিল্লগা লাউখি— তারিব্রা? অমুক্তা লাউনে।

থোইবীস্না ঙসাইমখে মোরা অমদা ফমদুনা বিহারীনা শীং খায়রিবদু য়েংদুনা লৈরম্বনি। মরৈ মরৈ তারবা মশাদু হুমাংনা পুন্নুপ লূপই। ঙসাই অয়ুক্তগী শীং খায়রিবনি। ঙৈহাক্তং পোথাখিবা হায়ববু ঙসাই থোইবীস্নানা চাঙাং গ্লাস অমগা দবলরুটি অমগা পীজখিবা অদুগা মরক মরক্তা অখায়বা শীংদু ফালাদা ওম্থোকপা নত্তনা মখুত্তগী শীংজঙ থাদ্রি হায়বা য়াই। কুচু ঙৌবী, শবান মূর্ত্তি চুম্বী থোইবীস্নানা শীং খায়বদু পান্নবোই, মঙোন্দা মুন্না য়েংবোই করিওই তৌদুনা মমাঙমক্তদা মোরা অমদা ফমদুনা লৈবদু বিহারীদসু পাঙ্গল খরা হাপকৎপগুম তৌই। মরক মরক্তা বিহারীনা খল্লি— মশক অসে অদুক হাক্লা ফজবা নত্তে অদুবু কুচু কুমেন অসিগা কয়াদা লম ঙানখ্রবা! য়েংবদা কয়াদা নুংঙাইখ্রবা। হনুবসু হৈতে— নহা অদুম মান্দুনা লৈ। চাওতোন অসি কয়াদা মরাইবক ফখ্রবা! অমুকসু খল্লি— থোইবীস্না লৌরমদ্রবদি চাওতোন কমদৌরমগদগে? ঐগুন্না মীগী শীং খায়রমগদ্রা? থোইবীস্নানা মঙোন্দা করি রাখলদগী য়ুম পাল্লিবা? বিহারী ভাব তাবা ঙমদে। মহাক্লা খঙবা হায়ববু লৈশাবী মপুং ফাদ্রিঙৈ থোইবীস্না থংনবা খুন সঞ্জেনবমদা য়ুম পাল্লুই। চহী তরেৎলোমগী তুংদা মপামদা হল্লকখি। নুপাদুনা খাইনবা নত্তে। মমীত্তা মচা উদবদগী নুপাদুনা অতোপ্পা নুপী অমা থিরকপদগী মপামদা হল্লকখিবনি। থোইনা খৎনা চৈনবা তৌখিবা নত্তে। মপামদা লৈরবা মতুংদসু মাগী নুপাদু ফনা কুইনা চঙথোক চঙশিন তৌখি। অদুদগী অসুম অসুম লাপথোক্লখি। মমৈদা চাননা খাইনখি।

অহানবদদি থোইবীস্না মবুংগা পূন্না লৈমিন্নরম্মী। পূন্না লৈমিন্নৈ হায়বতনি মবুংগী মপান তাংদুনা নিংঙোলনা মপামদা লৈররবী নুপীদি মহাক ওইখিদে। ফিশা-লোনশা তৌদুনা পৈশা খরা খরা তানশিল্লগা দুকান মচা অমা ফমদুনা মবুংগী মতেংদুম পাংই। হে-শিংবদগী লৌ লৈজদ্রবসু মীঙোন্দা ফৌদম শেল খরা থা, পৈশা খরা শান্দোক্তুনা শেন্দোয় খরা চা তৌদুনা চহী অমগী চানবা পৈশিল্লি— শেল তাল্লি। মবুংসু থোইবীস্নাগী মতেংদগী খরা কোম্না হিংই। ময়ূম-মকৈ চাউনা শাদ্রবসু, কা হেন্না নুংঙাই-য়াইফনা উদ্রবসু খুন্দুগী মী অয়াম্বনা থোইবীস্নাবু ঈংনা চীক্লা পৈশা পায়বীনি, মরল লৈবীনি খন্নৈ। অদুবু অচোপ-অবেম থিদনা মীগী থবক ইনখাং শূবা, ময়ুম ইংখোল নীংথিনা লৈতবা, মীরোল থুংদবা নুপী থিবা ফংগনি থাজনদবা চাওতোনবু মাগী নুপা ওইনা থমখিবদা খুনগী মীশিংনা অমদি অখঙবা মীশিংনা ঙক্লা থোক্লে। মরল মথুমদি লায়রদনা মশক মতৌদগী চাওতোনবু থোইবীস্নানা পান্নিংঙাই করিবু য়াওবগে? মী খুদীংনা মচিন খুম্লগা নোক্লবা থোইবীস্না খঙনা খঙনা খঙশিন্নদে। উশিন্নদে।

চাওতোন্না য়াওং ইনখিবগা থোইবীস্না সরকলোম থংবা হিঙ্গোল মতাইদা অফৈবা য়ুম

অমা শাদুনা হোংদোকখি। হান্নগী দুকান মচাদু চাউথোক্তুনা চেঙ, হৱাই, থুম-থাউ, চুরূপ-বিড়ি য়োনবা খুনদুগী খ্বাইদগী চাউবা দুকান ওনখরে। অদুগীসু মথক্তা দুকানগা শন্ননা শীঙ্গে অমসু পাকখন ওইনা শাদুনা শীংগী কারবারসু তৌই। পুন্নমক থোইবীস্নাগী বুদ্ধিননি। চাওতোনদি চুন্নগী চৌকীদারগুম্বনি। থোইবীস্নানা সি-তৌসি সি-তৌ হায়বদুতমক তৌবনি।

বিহারীনা অমুক খল্লি— চাওতোন অসে কয়াদা মরাইবক ফখ্রবা। চহী মঙা তরূক লৈমিন্নরকলি— অদুবু মচাদি মমীত্তা অমফাওবা উদে। থোইবীস্না অসে নাকল অমদদি মরাইবক থী। অদুগা মানা তাল্লিবা শেল অসিনা কনাগীনো? হোয়, মবুংগী মচাবুদি ময়াম্মী। অদুগীসু মথক্তা পৈশা তানবদি লেপ্পা য়াদে। নুংঙাইনা হিংবা হায়বসে পৈশানি।

— তারিব্রা? অমুক্তা লাউনে।

— হীসাব পাবদা ঙাওরম্ননি। ওম্থোকপা নুপানিহে...

মুরুম মুরুম শোন্দুনা হৌগৎতুনা দুকানলোমদা থোকখি। বিহারীনা মতুংদা মাবু য়েংহৌই। শীংজঙ অদু থমদুনা বিড়ি চমখৎলগা ঙৈহাক ফমদুনা পোথাই। পৈখত্তুনা লৈরিবা অখায়বা শীংদুদা য়েংই। খল্লি মসিবু মন তরাতরূক্তরা? চহী কুইনা শীং খায়বগী থবক তৌরক্লবনা মীৎয়েংদা মন কয়াম খায়রম্লদগে হায়বা বিহারী চাউরাকপা অমা হায়বা ঙম্মী। ফালাদা অরূম-অয়াং করম্না হুগদগে হায়বসু মহাক খরমখৈ খঙই। অদুবু থোইবীস্নাগী মফমদদি মহাক্কী বিদ্যা অপূম্বা খংমাঙ মাঙখিবগুম তৌই। শীং অখায়বদু ফালাদা থাঙ্গৎপদা মহাক্না খল্লম্বদগী চাং খরদি মহৈ্ছে। থোইবীস্নানা পাবদা অমদি ওনবদা ফনা মপূক্লিংদা য়ানিংদবা লৈরবঁসু মচিন্দা কাঙথোক্তে। য়েংনিংবসু লৈতে। শীং অখায়মনসু অতৈদেনা মনদা লূপা অহুমমখায় পী। থোইবীস্নাদদি লূপা অহুমদনি। মখায়দুমা হেঙ্গৎনবা হায়রুবদা থোইবীস্নানা নোক্তুনা কেথনা হায়, "মীগা ঐগা মান্নবা য়াবরনে? ঐবু মীতোপ্লনে? অসুক কুইনা অমত্তা ওইনা লোয়নরক্লববো...।"

বিহারী মথা তানা তরুবা ঙমদে। মতৌদুদা ইশুম শুম্মৎপগুম তৌই। খনখি— মখায় অমা তাথবু করি কায়বগে? অতৈদা য়াদ্রগা লোইরে। থোইবীস্নাগী মফমদা— মঙোন্দা অশোনবা অমদি কদায়ৱাইদনোমা লৈ হায়বসি মশাদসু খরা খরা ফাওবগুমসু তৌই। তৌবদি অতোপ্পদা শুরুগদবগী শরূক মাগীসিদা শূনিংবা অমা লৈ হায়বসিদি মহাকসু খঙই। অদুনা শীং গাড়ীদুমা লোইথোকখ্রগা থবক কুইনা অমুক লেপকনি হায়বগী নুংঙাইতবা অমসু ফাওই।

অমুকসু খল্লি— ঙরাংদি মন কুম্থ্রা খায়বনি। চেঙ হৱাই শোৎপগী পৈশা ককখ্রগা লূপা কুম্থ্রামঙানি লেম্বদু। অদুদগী থোইবীস্নানা জ্বার চে পুথোরক্তুনা কু শান্নে। ঙৈহাক্তুংগী

মনুংদা থোইবীস্নানা জ্বারদা পৈশা লোইনা লৌহৌই। লুপা মঙাখক দাউনি হল্লকখি।

বিহারী নোক্লীংলকই। খজিক্তুং নোকই। নোক্লুরবা মতুংদা জ্ঞান তারকই। মপূক্লিংদা অমুক খনবা হৌরকই— মন কুনমঙাদি ঙসি খায়দবা য়াদে। নুমীৎতি য়ুংখ্রমাক্লে... করিনো ঙসিদি মন অসি ইয়াম য়ামদে। খল্লম্বদগী ফূক হৌগৎতুনা মচি ঙাক্তা ঙায়রবা শীং অদু অমুক খায়বা হৌরকই। অহুম মরিরক থাবা ফাওবা শীংজঙদু পাইথোরকই। মঙারক শুবদদি ময়ি খরা খরা উরকই। শ্রেনী য়ৈশিন্নবা হোৎনরিঙৈদা থোইবীস্নাদু চঙলকপা উই। হন্দক্তি ফি ইল্লক্তে। ফনেক খোয়গা শেৎলি। খুদাং ককপা, ঙকশমদা লাওনা কোৎথোকপা ফুরীৎ অমা লীৎলি—- লৈশাবী মচাগুম। ঙৌশ্রোক ঙৌবা পাম্বোম মরু, ঙকশম, ঙকশম তাথরকপা ফি থোংদবা হকচাং অদু হুমাং মরীক মরীক্লা ইরং লংই। বিহারী মীৎকূপ খরা মমীৎ থকই। শ্রেনী য়ৈশিনগনি হায়বা কাউথোকই। মাগী মরৈ মরৈ তারবা হুমাংনা লূপ্লবা হকচাংদুদা মমাং ভুকখনা য়েংলদুনা থোইবীস্নানা নোকফেৎ তৌরকপদা জ্ঞান খংতা তারকই। শ্রেনীদু য়ৈশানবা হৌরকই। থোইবীস্নানা নোক্লা নোক্লা হায়রকই,

—- পোৎ য়োক্লিনে হায়দুনা তৌরিসে হীসাব ফাওবা পাবা হৈতবা। পঙখ্রবা হায়বদুনি। কদায়দগী থেংনরুবনো খঙদে।

বিহারীসু নোকই। শীং খায়বদি লেপ্তে। খুমসু খুমদে। সিদবু খুন্নিংঙাই করি য়াওবগে? মমীংতি অমুক অমুক থোইবীস্নাদা কল্লপ ফল্লপ য়েংই। থোইবীস্না মখা তারকই,

— খঙদেদা নুপাসু থোকখিদরে। ...তা বিহারীগীদি অঙাং মরিনি হায়নদায়?

— উম

বিহারী ভাব তাদে কদোমদগী কোৎশিল্লক্লিবা ৱারীনো হায়বা।

— নুংঙাইজরিনিদা।

— কদায়দগীনোদা। মখোয় থাক্লবা হোৎনবদা তৌরিসিনি।

—- অদুগী হায়রুবদি ৱাইদি শংলে। য়ুম পান্দবনা অমুক্তা হেন্না নাই শংবজাংনি। ...অদুবু নুপা অমা ইনাক্তা হেক লৈত্রবসু মীনা উশিংলোইদো।

থোইবীস্না থবাই তানা নোকই। বিহারীদু শীং খায়বা চপ লেপ্তুনা য়েংথোরকপদদি থোইবীস্নাদু মশাদু মাঙদা নোম্থরপ্লা মখুৎ নাম্মনা ফি অমা পায়দুনা হুমাই হল্লি। ঈ থাংনা ঙৌরবা থবাক্কী শরুক খরা ইঙান ঙান্না উই। বিহারী কুইনা য়েংবা ঙমদে। মমায় ঙাঙশিল্লকপগুম তৌই। থোইবীস্নাদি করিমত্তা থৌশাদনা বিহারীনা য়েংলিবদু উশিন্নদে। হায়রকই,

— ওহোক্লা শাখরে। তা-বিহারীসু ঙৈহাক পোথাওদনা। মৈশাসিগা ৱাবনা লোইরম্লগনি। চা লোলহনগে?

চা লোলহনগদৌরিবদু চাওতোনবুনি হায়বা বিহারী খঙই। খংথক থক্লিংলকই। কদোমদগী রাখলনো খঙদে— চাওতোন্দা থৌদাদুনা চা লোলহন্নিংবগী রাখল অমা ফাওরকই। চাওতোন্না লোনবা অদুগা মানা থকপা। হায়না হায়না শক উনদ্রবসু দুকানলোমদা মমায় ওনশিন্দুনা থোইবীস্নানা চা খরা লোল্লরুনবা লাউখি। দুকানগী গাদী মথক্তা ফমবগী মহুৎ শাগ্রবা নুংশা অসিদা চাওতোন্না চা লোনবদুনি মহাক্না পাল্লিবা। অসিগুম্বা রাখল অমা মঙোন্দা করম্না ফাওরক্লিবনো হায়বা বিহারী মশামকসু খঙদে।

— চাকপু লামদ্রিবরা?

— লামদেদা।

বিহারীনা খুম্মী। অয়ুক্তগী পাঙ্গল অপূম্বা পুথোক্তুনা শীং খায়বদা মশাদু পূমচোক চোকথরবনি। তশেংনা লাম্লবনি।

— লাম্লগা চাক-এঙ্খাং অশেংবা লৈয়ে। ঙা থোংবনি। নোংমা ফাদোকসু চাবা য়াইদনা? চাদু লোল্লুরনু হায়খ্রগে?

হায়ফেৎ য়ানিংবগী মওংদা বিহারী খুমদে। থোইবীস্নানা চা লোন্দনবা অমুক হায়খি। মখা তাথরকই,

— হোয়দা, ঙসিদি চাক চাবা তোক্লগা ঙস্তানা হেক হৌরসি। ঙরাং মাঙবদু ঙসি খরা হঙ্গৎপ্রা য়েংঙো হায়বা।

ইমুংদা চঙখি। বিহারী অমুক খল্লকই— ঙসাইগী মন্ তরাতরুক্তুগা— কুনদি শুরম্বা য়ারে। ঙসাইগীদুবু মন তরাতরুক্তরনে? খনবতনি। মচিন থোক্না হংবদি ঙমদে। অমুকসু ঙরাংগী জ্বারদু নীংশিংলকই। থোইবীস্নাগী খুৎফমদুদা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলিঙৈ, রাখল অমা খল্লুবদগী, মহাক্না চে হুখিবা মহাক উহৌদবরা? ইঙাও ঙাওখিবরা? ...তিনশিনবগী ফল অদুবু চুমখিবরা? হঞ্জিন হঞ্জিন মহাক্না লৌখি। মাগী খুৎফম অদু মমীৎতা শংশঙ উরকই। মশাদু অমুক্না হেন্না হুমাং কারকই। স্বর অশাংবা অমা খঙহৌদনা হোনখি। অদুগা অমুক মতোমতা নোকফেৎ তৌরকই। মোন্দা নুংঙাইনা সরকলোমথংবা য়েনখারোমদা মমায় মমীৎ তাথোকপা থোরকই।

য়াকশ্রবা নুংশাদা উফুল থাংলবা খুনগী লম্বীদুদা মাগী নুপী মনিমচানা লাক্লিবদু উরকই। মচানুপা চহী মঙা তরুকলোমদা ঙায়রিবদু কপ কপ্তুনা মতুং ইন্নরক্লি। মখোঙদু উফুলনা মখু ফাওবা পুমঙৌ ঙৌরি। মমানা হন্নফাওবা মচাদুদা য়েংদে। বিহারী তেকখৎলুরবা মশাদু খঙহৌদনা শোম্লরকই। মনাক য়ৌরকপদা হংলকই,

— করি তৌরে।

— দুকান্দগী পোৎ লৌগে তৌবনি।

ইতপ তপ্পা মনিমচানা খুন্নকই।

— ইবোতোম্বনা কপ্লিবসিনা করিগীনো?

মনিমচা হন্দক্তি খুন্নক্তে। মচাদু কোনশিন্দুনা ফিজীনা মমায় মমীৎ তৈথোকপী। অঙাং অদু মখোল ফাথদুনা হিক হিক কপ্লি।

— চাক চারব্রা?

— চাদ্রি। পোৎ লৌবা লাক্লিবসিনি।

বিহারী অতিয়ারোমদা য়েংখৎলি। কোক্তোন্দা মৈশা পূম্বা হৈথরদুনা নুমীৎনা চপ য়ুংনা থোক্লি।

— ঙসাইনা লাকপা য়াদ্রা?

— ইচে লৈরিক্লা খুঁদে জুরা অমা লৌখিবগী শঞ্জেনবমদা পৈশা লৌবা চৎলুবনি। ইম্ফালদা চৎখি হায়দুনা লৈরমদরে।

— ফংলক্রে?

— উম।

বিহারী মখা তাদে। ময়াঙ ইকং কংনা ইশোন শোন্না উবী মনিমচাদা ঙৈহাক মুন্না য়েংলুই। শুৎ শুৎ তৌরিবা মচানুপা অতোনবদা অমুক য়েংই। দুকানলোমদা চৎকে তৌরকপদা থোইবীম্নাদু থোরক্তুনা বিহারীদা হায়রকই,

— চাক থিরে।

মনিমচা মফি ইন্দনা ফনেক খোয়গা শেৎতুনা নোকফেৎ তৌনা লেপ্লিবী থোইবীম্নাদা মুন্না য়েংই। অদুদগী মপুরোইবদা অমুক তিঙক তিঙক য়েংই। বিহারীসু তৌফম খঙদনা মনিমচাদা মুন্না য়েংই। থোইবীম্নাদু ভাব তাররক্লবগুম খঙহৌদনা হায়রকই,

— ঙসাই অয়ুক্তগী শীং খায়বদুদা ব্বারল্লগনি হায়দুনা চাক খরা চাখরো হায়রম্লিবনি। ...ইবুঙো নঙসু চারুলাউদনা।

— মহাক্তি চারক্লবনি। মতোমতা চাজনিদা।

ইক্লিবা ফিদু মকোক্তা চিংখৎলগা মনিমচানা তপ্পা হায়রকই। বিহারীসু হাথু হাথু খুন্নকই,

— ঐসু কদায়দগী চারুগদগে। চৎমিন্নরসি। শীং অমুক্তা ওম্থোরকখিগে।

— হুম, ঐ হাল্লর্ম্লগে।

— দুকান্দগী পোৎ পুখো। ঐসু লাক্লগনি।

বিহারী দুকানলোমদা পরপ পরপ মাঙ থাদুনা চৎখি। মনিমচা থোইবীম্নাদা হম্নফাওবা য়েংলমদনা— মচাদু মখূৎ শমদুনা তফিং তফিং মতুং ইন্নখি। মচাদু হৌজিকসু কপ্লি।

বিহারীনা থোইবীস্নাহোয়দগী থোরকপদদি নুমীৎ তাগদৌরে। নুংশাগী অয়াকপা মঙাল মাঙখরে। খুনগী শঞ্জাবুংদা অঙাংশিংনা লাঙদুনা শান্নরি। অহলশিংনা মচি মচিদা লৈপূং ফল্লি। খুনগী অচৌবা পুত্রীদা ঈশিং শোকপা লাকপা মৌনহাশিং মশীং থীঙমদনা থোক্লরক্লি। হৌজিক্তমক খুন্দু শিরুরগা পুমহিং হিঙ্গৎলকপগুম উরি। খুনগী লম্বীদুদা অদুক য়াম্বা মী চৎথোক চৎশিন তৌরিবদু উদবগুম বিড়ি অমা চিংলদুনা খোঙথাং লূন্না লেঙঙম শাঙমদনা ময়ূম তন্না লাকই। ইহৈ হৈনিংদে। মশাদু ইতন তষ্টে। নুমিদাংৱাইরমগী লোইরোইননা অকুৎ অতোং নাইরবা চীংশাং পরেংগী মতোন্দা ভাঙলৈনরবা সনা মচুগী মঙালদু উরকপদু মমীৎ থকই। য়েংনা য়েংনা নোকফেৎ তৌরকই। মমীৎতা থোইবীস্নাবু শংশঙ উরকই। সনা মচু মরক্তা চীংয়াদা উচেক অমুবা মচা অমনা পাইদুনা শান্নরিবদুসু উরকই। সনা মচুগী মঙাল অদুদা লূপশিল্লদুনা অমুক ৱাংখৎ অমুক নেমথ।

ময়ূম য়ৌরকপদদি মঙাল পূস্বা মাঙখরে। অমম্বনা কূপশিল্লক্লে। চীংশাং মতোনশিং উখিদরে। পৈরি পৈরি লৈরিবা ইগী অপীকপা য়ূম মচাদুসু মুশুক মুনা উরি। ইমুংদগী থাউমৈ মঙাল অমত্তা থোরক্তে। মচা অতোনবদুনা অমুক অমুক পোত্থা পোত্থা কপ্পগী মথোল নত্তনা পূমচীক চীকই। ফুরীৎখাও হূমই। লূপা তরাচৎপীগী নোট অমত্তং য়াওরিবদু শৎতোক্ত্বনা অমম্বদুদা মুন্না য়েংই। অমুক হাপচিল্লি। বিহারী শকখঙদবা কনাগুম্বা অমগী য়ূমদা চঙলকপগুম মাঙ্গোল জুবিদা ঙৈহাক তুমীন্না লেপই।

## ইঞ্জিনিয়ারিং দাইরী - ৩

ৰার্ক ওর্দরগী ফাইল অদু ফাক্কৎতুনা য়েংলিঙৈদা নুপা অমনা ঐঙোন্দা হংলকই,

— ইবুংঙোরা এসো অনৌবা হায়বদু ?

খোন্দাদু তাবদা নুংঙাইতে। ঐনা য়েংখৎলকপদদি নুপাদু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্মী। নুপাদু মশা নোয়, ৰাং চাউই, কুচু মুনং তৌই।

— করি তাকপীগদবনো ?

ফাইলদু খুমজিল্লগা ঐনা তপ্লপ হংই।

মনাক অদুৱাইদা লৈবা চৌকী অমা সোরো সোরো চিংশিল্লগা ঐগী টেবল মমাঙদুদা ফমথরকই। ঙৌশ্রোক ঙৌবা রুমাল অমা লৌথোরক্লগা লেক থাংলবা মমায়দু তৈথোকই। কাদুদা ফল্লিবা ময়ামদা নোক নোক্তুনা নুপাদুনা অমুকসু য়েংই। ময়াম অদুসু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরি। রুমালদু থূপচিন থূপচিন্না পাউখুমগী মহুত্তা অমুক হংলকই,

— ইবুংঙোদি এসো ওইবা কয়াম কুইরে ?

— হন্দক্তা চঙবনি।

ঐসু ইচম চম্না খুম্মী। অদুবু ঐহাক শাউনিংবা পোল্লকই। মানা ঐগী মরমদা তকখৎলকইবসিবু করিগীনো ? মাগী মথৌ করি লৈ ? মহাকসিবু কনানো ? অদুবু ঐহাক মখা তাদে। অতোপ্পা ফাইল অমা ফাক্কৎতুনা য়েংই।

— ফরেদা। এসো অরিবা থেংনববুদি অনৌবনা ফৈনে। এসো অরিবশিংসে ঙাঙনবা ৰাখরে।

ঐহাক তুমীন্না অদুম্মক লৈ। মখা তাথরকই,

— করিয়ে, তোম্বা হায়বরা ইবুংঙোগা চার্জ শিন্নবদুবো ? শেলনা পাল্লিবা, হৈনা হৈত্রিবা, ফুনীংবনা—।

কাদুদা ফল্লিবা ময়ামদু হন্দক্তি হৌনা নোক্লকই। মহাকসু থৱায় তানা নোকই। ঐহাক মঙোন্দা তিঙক তিঙক য়েংই। মাগী ৰাঙাং শঙাং অদু ঐহাক কয়া হৈনদে। অদুবু ঙাঙবা শকপদা মরাশি অমদি লৈবগুম তৌই। খল্লি, থিকাদার ওইরম্বা য়াই।

— এসো অনৌবা লাকপগী খঙনবা ওইনা চা থক্লসিদনা তা-মনিহার।

মচীন য়াংবী রিসিপ্ট কেরানী ইবেচোনা নোক্তুনা হায়রকই।

— নুমীৎ খরনি ঐনা লাক্তবসিদি চাগা থকপা ফংলম্লরোইনে। লৈগদু তু হৌরম্লগনি

হায়বা।

টাইপিষ্ট, কেরানীনচিংবা ময়াম ফম্লিবদুদা ওনশিন্দুনা নোক্তুনা হায়খি। অদুদগী থোঙজিল্লোমদা অমুক মমায় ওনশিন্দুনা হৌনা লাউখি,

— হায়, গোপাল।

খোঞ্জেলদু লুম্মী। মহাক্কী মখাদা লৈবা মীনায় মীশলদা কৌবদু মঙায় ওফিসকী পিওন অদুদা কৌবদু। গোপালসু পরপ পরপ চঙলকই। চেল্লক্তে হায়বদা মখাকই।

— মী কয়ানো মশীং থীরগা চা পুরকউ। নুপীশিংগী বোরাগা কাংঙৌগসু য়াওরকউ। ...অদুগনে এসোগী চুরূপ উপু অমগা...।

অমুক ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হংলকই,

— চুরূপ থকপিবা নৎত্রা?

— য়াজরনি।

— লৈরকউ লৈরকউ। থিকাদারগী মরলবু এসো, ইঞ্জিন্যারনা চাদনা কনানা চানি। তম্বদসু য়াওরক্রমগনিদা।

ময়াম অমুক নোকই। মতৌদু শাউনিংবগী মহুৎ ঐহাকসু নোকনিংলকই। শাউবা ঙমদে। হস্ত্রিক হনবা য়াঙ্খে চৎপী অমা শৎতোক্রক্রগা গোপালদা পীখি। পিওন্দুনা হেক থোকখিবগা ইবেচানা অমুক হায়রকই,

— হোইদা, তা-মনিহারগী মরলবু কনানা চাবা লোইগদগে? তা-মনিহার লাক্রবদি খরদি চা-থকপা ফংলগনি খন্নরিবনি।

ন্নাঙাং অদুদা মহাক থব্বায় তানা নোকই, হায়রকই,

— হোয়নে, থিকাদারগী মরলবু কনানা চাবা লোইগদগে?

ইবেচাদু পাক হন্দে। মখা তাথরকই,

— তা-মনিহারহোয়গী ইতৈমদু মশক য়াম্না ফজে হায়নৈ। তা-মনিহারনা কমদৌনা লৌরুরিবনো?

— ফারগা লৌবনিদনা কোয়গে য়াদবদুদা। হৌজিক্তি ফনা তাল্লবসু চৎলু য়াদরে।

হান্না হান্নগুম্না নোক্তুনা খুন্নকই।

— থিকাদারদা লৈদুনা সনা লূপানা য়োম্বদগী চৎলু য়াদবা ওইরমগনি।

— মবুঙো ঐখোয়দা লৈতদুনা নপচোবা কনাদা লৈগদোইনোনে?

মসি হায়রগা ফাক ফাক নোকই। ময়ামসু কাদু পোকখায়গদবমখৈ নোকই। নোকখৈ নোক্লুরগা শকফম হঞ্জিন্দুনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

— ঙৈহাক নোকসি হায়দুনা তৌবনিদা। ...সুম তৌবনি, থোং মচা অমখক শূবনি...

খরচ ওইননবা হায়দুনা। অরাৎপা বিলামাতীদু ইথোকপিরো হায়গে লাকপনি। ৱার্ক ওর্দর সিদা লৈরে।

ৱার্ক ওর্দরগী চেদু ফুরীৎখাওদগী শৎতোক্লকই। তিংথোরকপদা থূপচিনফমদা শাংনা শাংনা শেগায়রে। মচেৎ মচেৎ কেনগদবা খজিক্তা মণ্ডায়রে। মচি মচিদা য়াইঙংওই করিওইসু চুই। মনবনসু লোইরে। শেগায়ফম মচেৎশিং অদু শমজিল্লগা ঐহাক ৱার্ক ওর্দর অদুদা য়েংই। কুইরবা ৱার্ক ওর্দরনি। চহী অনীগী মমাঙদা পীবনি। লূপা লীশীং য়াম্লেনীথোইগী এগ্রিমেন্ট এমাওন্টনি। ইথৈ-লৌখোংদা শন্‌লমগী থোংমচানি।

— থবকসিবু লোইগদবা কয়াম ৱাৎলিবগে?

ঐনা ৱার্ক ওর্দরদু থূপচিন থূপচিন্না হংই।

— নহান্না লোইবা য়ারবনিদা। হান্নগী এসোদু নুংশিমন্দদুনা লোইশিন্দবনি। বিলামাতীবু পীরবদি এসোনা লোইয়ু হায়বা নুমীৎতা হেক্তা লোইজগে।

থৌনা ফন্না খুল্লকই। গেটপাস ফাইল অমদি ইনদেন্ট রেজিষ্টার ফাক্কৎতুনা য়েংবদা বিলামাতী বেগ চাতরেৎকী মনুংদা চাম্মঙা লৌথোকখরে। অদুগা য়োৎতি পীনিংঙাই লৈরমদরে। লোইনা লৌথোক্লম্লে। গোপালদু চা পুরক্তুনা গ্লাস অনী ঐগী তেবলদা থম্লকই। চুরূপ উপু অমসু।

— লেমহৌরিবা বিলামাতীদু ইথোকপীরোনে।

চাদু থক্লা থক্লা হায়রকই।

— থবক্তু ঐহাক অমুক্তা য়েংজখিগে।

— এ, থবক্কীদি ফজনা শূখ্রপোৎনি। ঐখোয় লৈকায়দা শূবনিনা ইশাগী থবক্কুম্না শূজরিবনি। করিমত্তা চিংনবিগনু।

অদুদগী ফুরীৎখাওদগী পৈশা খরা লৌথোরক্তুনা ঐগী মাঙদা থম্লকই। পৈশা কয়ানোদি খঙদে। য়াম্মে চৎপী অহুম মরি শুবগুম তৌই। ঐহাক ময়াম মমাঙদুদা হঙ্গোইবা অমা ফাওরকই। ইতৌদুদা মহাক্লা নোক্তুনা হায়রকই,

— হঙ্গোইবিরুন্নু। শ্বায়সিদি ফুরীৎখাওদগী ফাওবা হুমদুনা লৌনরিবনি। খরচ ওইনবা পায়শিনবিয়ু।

— অদুগী ৱা নৎচদে। থবক্তু অমুক্তা চৎতুনা য়েংমিন্নখিসি।

ঐসু থম্মোয় শেংনা খুম্মী। পৈশাগী ৱাদা নত্তনা মাগী মওং মতৌদুগী হায়রুরবদি ইন্দেন্টতু ইনিংবনি। অদুবু থবক্তু মীৎনা শুকউ হেক উদনা খুৎ থাবদু থবক নৌনা চঙবগা ইথক থোংবা ওফিসারনা করি হায়গদগে হায়না অকিবা ফাওরম্মী।

— অদুদি ইবুংঙো, হৌজিকমক লেঙলসিরা?

মহাকসু খংথু থুগৎলকই। ঙসাইমখৈ তৌরমদবা ব্যবহারসু তৌখৎলকই। অমুকসু মখা তারকই,

— য়ুমদা হাইগৎপা ওইনা ঙৈহাক্তং লেঙলুরসি। খরবুদি লাপই। লৈমপোকপমদনি। নম্বোল কৈথেলদগী ওটোরিক্সোদরা কৈনো অফংবা অমদা হেক্তা চৎখ্রগা লোইরে।

থবক্তু মতাং চারিঙৈদা য়েংলুবা ফৈ খল্লি। মতমসু ঙল্লি। নুংথিলগী পুং অনী তাদ্রি। ওফিসতা শূনিংঙাই থবকসু থোইনা লৈরমদে। টেবলদা তারিবা পৈশাদু লৌখৎতুনা মঙোন্দা পী। লৌ হায়বা য়াদ্রে। মানা য়ামন্দবদগী ঐসু ফুরীৎখাওদা হাপচিল্লি। থবক চঙবদগী ইহান হানবা ওইনা থিকাদারদগী ফংবা শেলনি। চে-চাং ময়ামদু লোইশিল্লগা ঐনা মঙোন্দা হায়,

— তা-মনিহার, লেঙলসি।

ঐসু ময়ামগুম্না কুইনা খঙনরক্লবগুম চীন্দা 'তা-মনিহার' হায়না খঙহৌদনা কৌখি। ঐখোয় অনী কাদগী থোরকমিন্নরে। দারীগী সিরী অদু ঐনা কূমথবা হৌরকপগা মহাক্তি কা মনুংদা অমুক ফৎ চঙখি।

— এসো অনৌবসিসু ফরোইদৌরিহে।

তপ্লপ হায়খি। ঐ তাদনববুদি হায়বনি হায়ববু ঐহাক ময়েক শেংনা তায়। ময়ামদু ব্না নোকলকই। তাশীন্নদবা শাদুনা ঐহাক খোঙ থাংই। মাসু হোবে হোবে ইতুং ইন্নরকই। লমাংদোং কৈথেলদা বস তোংবা।

নম্বোল কৈথেল য়ৌবগা বসতগী হেক কূমথবগা তা-মনিহারনা হায়রকই,

— স্বায়দা ঙৈহাক্তং লেপ্লীরম্মু।

মরম হংবগা নংহৌদে। য়েঙ্গাং-নাপী য়োনবা পোৎলক্তা পরপ পরপ চঙখি। ইম্ফালগী ললোনবী ময়াম্না কোয়শিল্লিবী কোবী থমচেৎমানবী য়োনবী মৌ নহা অমদা করি করিনো খরা হায়রিবদো ঐহাক লাপ্লপ উই। মৌ নহাদু মানা ঙাঙলিবদো তাদবগুম তৌই। ললোনবীশিংগা মখূৎ-ও মশা-ও ঙাঙনা-শান্নদুনা লৈরি। মমাঙদা ইচাউ চাউনা লেপ্লিবা নুপাদুবু থৌ-ব্না শাদবগুম তৌই। ঙৈহাক্তং লৈরগা ললোনবী নুপী অমনা থাদরকপা শেল তাপ পায়খি। হুন্না য়েংলমদনা পোৎফমদগী নোকফেৎ নোকফেৎ থোরকই। মৌ নহাদু মঙোন্দা য়েংলগা ঙাঙদুনা লৈহৌই। ইনাক য়ৌরগা হায়রকই,

— অস্বায় ফাওবদং লেঙশিল্লুখিসি।

হায়না হায়না পরপ পরপ মাঙ থাদুনা চৎখি। অমুক্তং মৌনহাদুদা ঐহাক য়েংলুই। ললোনবী নুপীশিংগা অমুক ওনশীন্নদুনা ঙাঙন-শক্লদুনা লৈহৌই। য়েংলকখিদরে।

নম্বোল থোং লাম্বোক্তুনা তুরেল মপানগী লম্বীদা মখা পাংনা তা-মনিহারনা মাঙ

থাদুনা পরপ পরপ চৎলিবদুগী মতুং ঐহাকসু ভাব তাদনা ইন্নে। খুল্লকী য়ুম মচা অমদা অমুক চঙখি। ঐহাক তৌফম খঙদনা কোম্বোংদা লেপ্পুনা লৈ। খল্লকই— করিনো মানা ঙসি তৌরিসিবু। মঙলনে? তা-মনিহারদু মাঙ্গোন্দা লেপ্পা লেপ্পা ঐবু কৌশিল্লকই,

— লেঙশিল্লকউ।

ঐনা চঙখিবদদি য়ু য়োনফম্নি হায়বা খঙলকই। মী অনী অহমসু ফম্লম্মী। ফক ফজনা থারগা।

— ফম্বীয়ু। কুইগুমসিদা।

অপীকপা য়ুম অদুদগী থোরকপদদি নুমীৎ ফনা ফজনা লৈথরম্নে। নোংচুপ চীংয়াদা অঙাঙবা মঙালতমক শন্দোক্তুনা মশক উরমদরে। কোক অসে ইঙাও ঙাওই। মহাক্তি করিমত্তা তৌদবগুম য়ু য়োনফমদগী লোইশিল্লক্তবা ভাষণ মখা তাথরি। ইঞ্জিন্যার অচৌবশিং খঙনা-চাম্নবগী। মানা তৌরকপা থিকা ময়াম। ঐহাক খরা তাবোই তাদবোই হন্দকসু তুমীম্না মতুং ইন্নদুনা চৎলি।

— অদুদি এসো সাহেব, ঙসিদি থেঙথ্রবনিনা থবক মফমসি হয়েং ওইনা চৎলসিনে। লম্বীসি শাংই হায়জরিবা। হয়েংদু পুং তরাগী অদুব্রাইদা সিদা হেক্তা ঙাইজরম্নগে।

বস পার্কিং য়ৌবগা মানা হায়রকই। মাগী থিকা কয়া তৌরুবগী ব্বারীদু লেপ্পুনা।

ঐহাক ইম্ফাল য়ৌগদবা বসতা কাখৎলি। বস থারমদাইদা তফিং তফিং অমুক কাখৎলক্তুনা হায়রে,

— এসো সাহেব, থবক অমখক লৈবনি— ঐদি কাউথোক্লুরে। লূপা চাম্মা খক্তা লৌজহৌগে। হয়েং পীজগে।

ফুরীৎখাওদগী পৈশাশিং অদু শম্তোক্তুনা য়েংলুবদা লূপা চাম্ম-য়াম্খেদগী হেন্না য়াওরমদরে। য়াম্খে চৎপী অহম। অনীখক পীখি। কুমথরমদাইদা অমুক লাউরম্মী,

— হয়েং পুং তরা শোয়বিরনুকো।

বস অদুনা চেনবা হৌরকপগা মাগী মরমদা ঐহাক ঙৈহাক খল্লি। অহানবা উন্নবা মী অমবু মশক খঙবা অরায়বা নত্তে। পুন্সীদা মী কয়া থেংনখরে— অদুবু মাগী মওং মতৌ অসিগুম্বদি ঐহাক থেংনখিদ্রি। মাগী মরমদা ঐহাক খনফম খঙদে। মা ঐগী ঙসিগী পীথোক পীশিন তৌরিবা শেনগী হীসাব পানবা হোৎনৈ। মদুসু পাফম খঙদে। ঐহাক পুন্নমক কাউথোক্লবা হোৎনৈ। য়ুগী নেশাসু তপ্পা তপ্পা লৈখৎলকপগুম তৌই। মীৎ উইশিল্লি। কৈশাম্পাৎ য়ৌরবদতা মীৎকপ থোরকই।

মথংগী নুমীত্তা নম্বোল কৈথেলগী বস পার্কিংদা পূং অনীরোমনি ঐনা তা-মনিহারবু ঙাইবা। অদুবু মহাক লাক্তে। ওফিসতসু লাকপরা য়েংই। লাক্তে।

অদুগী মতুংদা নুমীৎ কয়ানি মশক উখিদরে। ঐনা খনখি ওম্বোকপা নুপানি।

নুমীৎ তরানিমুক্কী মতুংদা নোংমা অয়ূক অমা ইথা থাজদনা তা-মনিহার ঐখোয় য়ুমদা ফোঙ ফাওরকই। ৱাং চাউরবা মশাদু নোমহৌ নোমহৌ নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা। ঐবু হেক উবগা হায়রকই,

— য়ুম থিবদা কয়াম ৱারে। থবক মফমদা লেঙলসি।

— ইঙক ঙক্না ঐনা খুম্মী— হৌজিকপো?

— ঐখোয়দা চাক ঈশিংগা তৌরুরগদবনি। বিলামাতীগী ইন্দেন্ট ঙসিমক ইদবা য়াদ্রবা।

খল্লি, কমদৌনা বিলামাতী অসুক থুনা দরকার ওইরক্রিবা? অদুবু ঐ করিমত্তা হংদে। য়াম্না তন্না তন্না— ৱাকচীংগী ঈংখ্রবা অয়ূক অদুদা ফি শেৎচিল্লি। য়ুমদগী থোরকই।

অয়ূক অদুদা নৈচিন্না খুঙ্গংশিং লৌবুকশিং ময়েক শেংনা উবা ফংদে। অদুবু লৈমপোকপম য়ৌবদদি নুংশাগী মঙাল খরা খরা ফংলে। লিক্লানা চোৎলবা চরুখোক মরক্তা লৌবৃক্তা চৎলি। লৌ খাওবা কুইখিদ্রিবনিনা লৈবাকশিং ইপেৎ পেৎলি। অমুক লৌরীদা ইনোয় নোয়রবা তা-মনিহারনা খোঙকাপ লাওনা লাওনা থাংদুনা চৎলিবদুগী মতুং ৱানা ইন্নে। থাপ্লপ। ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা ঈশিংখোং অমগী মনুংদা চহী কয়াগী মমাঙদা শারম্বা দলাল অমা তৌথোক্লুবদা থেংনরকপগুম, নীংখায়রবা চেকপলগুম নূংলোন খরা ওইনা কোম মনুংদা তা-মনিহারগী থোং অদু লৈরি। বিলামাতী য়াওদবা নুং খরা পৈখৎতুনা থম্বসু মাল্লি ঈশিংখোংদুগী মপান্দা লৌ খাওখিবগী চরুখোক নত্তনা নূং লৈঙোই অমত্তা তাদে। ঐহাক জ্ঞান মাঙনা য়েংই। মীৎকুপ অদুদা মহাক্না লৌথোকখিবা য়োৎ, বিলামাতীগী হীসাব নীংশিংলকই।

— থবক্কীদি করিমত্তা খনবিরুনু। হয়েংমক হেক্তা শূবা হৌহনজগে। লোইয়ু হায়বা নুমীত্তসু লোইজগে।

ঐগী ইতৌদু খঙবগুম তা-মনিহারনা নোক্লুনা থৌ-ৱা শাদনা হায়রকই। ঐহাক খুমদে। হকচাংসে ইতন তম্থরকপগুম তৌই। মহাক্তি হৌজিকসু নোক্লি। মখা তারকই,

— লেঙলসি, য়ুমদা চাক ঈশিং তৌরুরসি।

হায়না হায়না অমুক চোৎ চোৎ লাউরবা লৌবুক ফাওদুনা খুল্লক্রোমদা চৎপা হৌরকই। থবক্তু উরুবদগী চাক্তি লায়রদুনা হৌদুনা চেন্নীংলবনি। অদুবু মঙদা চৎপগুম মতুং ইন্নে। লম্বীদা ৱারী অমত্তা শান্নদে।

তা-মনিহারখোয়গী য়ুমদু মীতৈগী ইগী য়ুমজাওনি। উখোং অমদি ইনাশিং কুইনা শিনবিদবদগী ইমন মপ্লে। ফক্লাংসু মচেৎ মচেৎ নীংখায়রে। মাঙ্গোলদুদা য়োংখম অমনবা মচা অমসু লৈরি। খুদে মচারা করিনো ফি অমসু হৌরি। মাঙ্গোন্দা য়েনখাদা বিলামাতী, য়োৎ মতেক অমত্তা তাবা উদে। মাঙ্গোন দারী হেক য়ৌবগা তা-মনিহারদু ইমুংদা পরপ পরপ চঙখি। ঐহাক জুরি ময়াদা লেপ্তুনা লৈহৌই। ইংখোললোমদা য়েংই। ইংখোলদু পীকচরবসু ফজনা কোই। কোবী থমচেৎমানবী, হৱাইথরাক, হৱাইমুবীনচিংবা ফজনা থাই।

— ঐবু কদায়দগী কোৎলুচো হায়রিবনো?

নুপী অমনা ইমুংদগী শাউনা খংলাউ লাউরকই।

— তপ্পা ঙাঙ্‌ঙুনে। মী তাখিনি। লাক্লিবসি ইঞ্জিন্যারনিনে।

তা-মনিহারনা তপ্লপ হায়বদু ঐহাক তায়। লেপ্লম্বা মফমদুদগী য়েনখারোমদা ঐহাক খজিক্তং লৈশীল্লি।

— ঐ ইঞ্জিন্যারগা মশক অমত্তা খঙজদে। পৈশা অমত্তা লৈতে হায়রিবসিনি। নঙনা থিকা তৌই হায়দুনা ইমুংদা শিকি অমা ঐঙোন্দা শিন্নখ্রবরা? ঐঙোন্দা শুম্বা নত্তনা নচা ময়াম মহৈ তম্বা, মফি-মরোল থোনবা, মথীবোং থাকপা য়াওবিরব্রা?

— তপ্পা ঙাঙ্‌ঙু হায়রগা। মসি ফুজীল্লক্তুনা।

ঙৈহাক তুমীন লৈনখি। ঐ হৌদুনা চেন্নীংবা হায়বদু য়ৌরকই। অদুবু তুমীন্না চৎখিবা ফজদ্রমাক্লে খন্দুনা করিমত্তা তাদবা শাদুনা অদুম লেপই।

— ঙরাংগী কোবী-হরাই য়োনবগী শেলদি?

অমুক তা-মনিহারনা হংবা তায়।

— চেঙ ৱানখরে। লৈতরে। য়োন্নিংঙাইসু লৈরক্তরে। নোংমত্তসু য়েনসাং চরা অমত্তা থাদবা, কাঙখুল অমত্তসু হন্দবা অদুগা কোবী থামেন য়োনবগী পৈশাগসু হংবিরি।

তোকখ্রবোই নীংলুই। অদুবু মখা তারকই,

— ঐদি থিকাদারনি হায়দুনা নোংঙানবদগী মফি শেৎলগা মীগী মখোঙ কোনবরা জ্বার শান্নবরা য়ু থকপরা চৎখিবদো মদুদগী অদুম হঞ্জিল্লক্রুবদি ফগদবা। তৌনিংবদা তৌ, ঐঙোন্দা য়েৎপিরক্কনু হায়রেদনা।

মখা অমুক তাখিদরে। তুপ তাপ ফুবগী মখোল অনী অহন্নক তাখি।

ঐহাক অমুক থাপ্লপ হন্দোকই। ঙৈহাক লৈরগদি ইতৈমদু ইমুংদগী পরপ পরপ থোরকই। ফনেক খোংদাই অমা শেৎলি। শাবান ফজে। মশকসু ফজে। অদুবু মমায়দু মায়হিং মচেৎ মচেৎতি পক্লে। ঐঙোন্দা হন্নফাওবা য়েংলমদে। কোম্বোংলোমদা থোকখি। খংনীং নীংশিংলকই— নম্বোল কৈথেলদা য়েনশাং-নাপী য়োনবী ইতৈমদুনি। অদুগা

তা-মনিহারনা হায়খিবা 'ফারগা লৌবনি' হায়দুসু নীংশিংলকই।

তা-মনিহারদু নোকফেৎ তৌনা ইমুংদগী থোরকই। হায়রকই,

— ফিদাগা অমত্তা য়াওদ্রমাম্লে। ইকাউ কাউই।

— য়ারে। ঐ য়ৌনবা তৌরগে। ঐহাক য়ুমদসু অরুবা থবক অমা লৈহৌই।

ঐনা চঙশিন্দুনা হায়।

— করিনো চাক ঈশিংগা তৌখিগদবনি।

করি খল্লুরবনো খঙদে অমুক হায়রকই,

— হোইদা, নম্বোলদরা লমাংদোংদরা হোতেল অমদা হাউনা চারুরসি। লেঙলসি।

মানা মাঙ থারদুনা কোম্থোংলোমদা থোরকই। ঐনা হায়,

— তা-মনিহার অদুম পোখাবিহৌরো। ঐহাক ওসিদি ওফিসলোমদা চৎলরোই। য়ুমদা অরুবা থবক অমা লৈহৌই।

— উপায় লৈতেনে অদুদি। কৈথেল ফাওবা থিন্দোক্কে।

হায়রম্লগা ইখোল্লোমদা পরপ পরপ চঙখি। মমায় পাকখ্রবা কোবী থমচেৎ মানবী অহুম মরাগা কোন্ননা ফুক্লগা পুরকই। তাঞ্জাদুদা ইতৈমদু কোম্থোংলোমদগী পরপ পরপ চঙলকই। ঐঙোন্দা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হায়রকই,

— ইবুংঙো, লেঙদৌরব্রা? চাক ঈশিং তৌখ্রসিদনা?

— ইতৈমা, নোংমা ওইনা চারগে।

ঐসু লৎ লৎ খুম্মী।

— সেবাগা অমত্তা মথোঙ খঙখিদরে। নখোয় তাদসিনা মাঙজৌননা হেক হায়রবদি মফগদবনি। হোয়দা, নোংমা হেক চামীন্নরগা লোইরে।

ইতৈমনা নোক্কুনা মখা তারকই। মখূৎতা পায়রিবদু তা-মনিহারদা পীরদুনা অমুকসু হায়রকই,

— পৈশা হায়দু সিদা লৈরে।

তা-মনিহারসু তাপ পায়শিল্লি। কোবী অহুমদু ইতৈমা হৌজিক্তা উরকপগুম তৌই। ইখোলদা মমিত্তু ফল্লপ য়েংখি। শকফম খঙহন হজিনখি। শাওরপ হায়রকই,

— মরূ লৌনবা থম্বদু ফৃক্তৎলেদনা। অতৈ হৌরিবদু ফূকপা য়াদ্রা?

তা-মনিহার খুম্নমদনা কোম্থোংলোমদা থোকখি। ঐসু মখায় নুংঙাইতনা চপ লেপ্লিবা ইতৈমদা চৎলগে হায়বা ফাওবা ঙমদনা থোরক্রে। ইকায়বনা। লম্বীদা শেলদু ভারা ওইখো হায়দুনা ঐঙোন্দা পীরকই। ঐহাক্না শিখাঙ খাঙদুনা লৌদে। কোবী পীরকপদুসু ঐহাক্না ঙমদুনা পুদরে। লৈমপোকপমগী কৈথেল মচাদু য়ৌরকপদা হায়রকই,

— হয়েংদি বিলামাতীদু খরা ইবিরোনে?

ঐহাক খুমদে— য়ু য়োনফম মানবা ইমুং অমদা কোবী অহুমদু য়ান্দুনা হায়জিনখিবদু বস মনুংদগী ঐহাক উই।

# শিবা কিবা অমসুং কিদবা

অহীং নোংয়াই চল্লক্কদৌরে। মীপুম তিংনা তুম্লখরে। ইজিক্যুটিব ইঞ্জিন্যার মনিচন্দ্রনা কোম্থোংদা গাড়ী খামহল্লগা, ড্রাইভরবু গাড়ীগা কোম্না ময়ুমদা হলহনখি। থোঙ্গালদা গাড়ী খামখিবগী মখোল হেক তাবগা ইবেচাওবী পরপ পরপ থো রক্লুনা গেটকী ছো হাংদোক্লে। ঋাংপ্রবা পাকপ্লবা য়োংকী থোঙ পানবা কোম্থোংদু খজিক্তং হাংদোক্লুনা মনিচন্দ্রনা মনুং হেক চঙলকপগা কদোমদগীনো খঙহৌদনা শকখঙদবা নুপা অনীখকসু মনুংদা লীৎশিল্লকই। থোঙ থিংজিনবা নংহৌদে। মনিচন্দ্র শ্বায় লাওই। লাকমিন্নরিবোই খন্দুনা তিংঙক তিংঙক লেপ্লিবী ইবেচাওবীগী মনাক্তা খঙচঙ চঙশিল্লি। কোনশিল্লুদে হায়বদা মখাকই। অদুবু লৈজবী লিংজেল ফুদোক্লুনা মখোল নীক্লা হংলকই,

— কনা কনানো?

ইবেচাওবীসু থুক লাউই। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তুদি পুম্নমক থেংনরগে মতাগুম থৌনা ফনা চঙশিন্দুনা মপুরোইবগী মাঙ ওইরপ্পা লেপই।

— ঐনি সাহেব, ঐখোয়নি।

নুপা অনীদুগী মরক্তগী খরা ঋাং-চাউবা অমনা মকোক্তগী তুপী লৌথোক লৌথোক্লা খুম্নকই।

মাঙ্গোলদা থাল্লিবা ইলেক্ট্রিক্কী মঙাল কোম্থোংদুদা থোইনা য়ৌদে। থৱান থাশিরমদাইগী থোরকপদা ঙায়রিবা থাগী মঙালসু ঋাংনা খারিবা চেকপলনা অমদি অঋাংবা হৈপাল লৈপালনা খঙিল্লি। খজিক্তং লাপথোক্লবদা অমগা অমগা মশক লাকশিন্নবা ঙমদে। অদুবু খুম্নক্লিবদুগী খোঞ্জেল অমসুং ফিবম মূর্ত্তিদুনা মনিচন্দ্র স্বর খজিক্তং হোন্দোকপগুম তৌই। মকপ্পাক্তি নীক্লি,

— ইবুংঙো লৈশেম্বরা?

— মানি, ঙসাইদগী সাহেব হল্লকপা ঙাইরল্লিবনি।

— অশুক থেঙনা। হয়েং ওফিসতা উন্নবা য়াবদুবো।

মখোল নৌথে। নোক্লীংদনা নোকশিন্নে।

— নহানসু, ঙরাংসু, ঙসিসু ওফিসতা ঙাইবনি। পৈশা থাদোরকপা খুদীংগী অসুম্না হেক হেক ওফিস কাদে। লোৎলী। অদুনা তাঞ্জা অসি ঙাইরম্বনি।

লৈশেম্বনা তপ্পপনা ময়েক শেংনা শেংনা ঙাঙলিঙৈদা অতোপ্পা নুপাদুনা খজিক্তং

হাংদোক্লিবা থোঙদু মখোল থোকহন্দনা থিংজিনখি।

মনিচন্দ্রদু চিংনবা ফাওরকপগুম তৌই। মরাইবক হুমাং কারকই। মখা তাফম খঙদে। অদুবু ইবেচাওবীদু মথৌনা খরা লাকপগুম তৌই। মখোল তপথনা হায়রকই,

— মাঙ্গোন্দরা, ইমুংদরা অঙানবদা জ্ঞান তানা ঙাংনবা ফরোইদ্রা?

— কুইরোই ইতৈমা, গাড়ীসু তুরেল খোঙবান লম্বীদা লৈহৌই। সাহেবতগী ৱা অমত্তং খঙলগা লোইরে।

অমুক মনিচন্দ্রদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

— ঐগী চ্যেকতু ইবিরব্রা?

— ইবুংঙো লৈশেম্বা, সুম তৌবনি...।

— সুম তৌবা নত্তে, ইরব্রা ইদ্রিবরা?

খোল অদু খরা ৱাংলপ নমহং হংজিল্লকই। অসুম্না খোল ৱাংখৎলক্কনি হায়বা মনিচন্দ্র থাজদে।

— ইবুংঙো, অমুক্তা শাউগৎপিখিনু। জ্ঞান তানা অমুক্তা ৱারী শাবিখো।

ইবেচাওবীনা ইপা-পাখৎনা থেমজিন্নবা হোৎনরকই।

— ইতৈমগী নথৌ লৈতে। ফত্ত-নুংদা থোকহন্নীংদ্রবদি তুমীন লৈয়ু। ৱারী শানরিসে নঙগী নুপাসিগনি।

খোল ৱাউরকই। হায়না হায়না ফুরিৎ মনুংদগী নোংমৈ মচা অমা শৎতোক্লক্লগা ইবেচাওবীরোমদা মতোন গুনশিন্দুনা ফৎ ফৎ হাই। হন্দোকখো হায়বা মতাগুম।

নোংমৈ অদু উরকপদা ইবেচাওবী তুমীন লৈখি। হেন্না নুংশা থীরকই। অথাপ্পা অমসুং অনকপদা হূই খরনা খোংবা নত্তনা পূমচীক চীকই। মীখোল খরা তারবসু খরা ফগদবনি খল্লকই।

— খন্নরগা হেক্তা ইনবা তৌসি কৈদৌবগে।

অকিবা পূম্বা নমথরগা মনিচন্দ্রনা খোন নৌথনা হায়রকই।

মনিচন্দ্র থবক তৌঙেদগী পুম্নীদা খূৎথীবা কয়া থেংনরকখরে। মাগী ওফিস কাদা কনাসু উহৌদনা নৎত্রগা ময়াম খঙনা চৈ-থাংলম্বা কয়া য়াওখরে। মখূৎ ফাওবা থারম্বা য়াওথ্রবনি। নোকশিন্নদুনা, নৌথ-শিথশিন্নদুনা থেমদুনা থাদোকখিবসু কোঙ্গায়নি। মঙোন্দা অনৌবা নত্তে। শাউবা ফরগা মাগী মনাক্তা অমুক হায়জ চৎচরগদবা ঙাক্তনি খল্লী। পূম্নমক মাগী শিনফম অসিননি খন্দোকই। অদুনা অমুক থেমদুনা মখা তারকই,

— ইবুংঙো লৈশেম্বা, নঙগী বিল অসি কুইরে হায়বা নয়াম্বা খঙঙি। হৌখিবা পৈশা লাকপদসু ইখিদে। ঐ তশেংনা নুংঙাইখিদে। উপায় লৈখিদবনি। অচৌ-অশাং মন্ত্রীশিং

করিশিংনা মা-মাগী মীওইশিংগী চ্যেকশিং নম-হাদুনা ইহল্লি হায়বা নঙসু খঙলিবদুনি। হৌজিকসু মন্ত্রীনা কৌখত্তুনা মাগী কার্টরদগী লাক্লিবসিনি। হন্দকসু শাংলবা মমিং পরেং অমা পীরক্লিবসিনি। নয়াম্বসু উপায় লৈতবনিনে, লৈশেম্বা। অদুবু ইয়াম্বা ইনবা হোৎনগে...।

মমিংশিং য়াওবা চে অমা ফুরিংখাওদগী লৌথোক্তুনা উৎলি। লৈশেম্বনা চে অদু তাপ মুল্লগা মচেৎ-মচেৎ শেগায়। মনিচন্দ্রদু উপায় লৈতনা তিঙক তিঙক য়েংই।

— কেসিয়ারদা শিন্নবা লিষ্ট উরে, ঐগী য়াওদে। নহানবাই লৌখিবা লূপা লীশীং মঙাদু কাউরমাগ্নে। কান্নদে ৱা মখা তানবা।

লৈশেম্বদু য়ান্না তপ্না হন্দক্তি হায়রকই। ঙসাইদগী ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলক্ত্রিবা লাকমিন্নবদুদা হায়ফেৎ য়েংখি। নুপাদুনা কদায়দৈনো খঙহৌদনা বোরাখাও অচৌবা অমা পুথোরক্লগা মচিন লাওনা ফাক্তোক্লগা লৈমায়দা থম্মী। লৈশেম্বনা হান্নগুম্না অমুক তপ্না হায়রকই,

— বোরা মনুংসিদা ফম্মু।

— করিনো ইবুঙোনা হায়বিরিসিবু। ঐ ইজরগে হায়জরিদনা। ইনাওগী পৈশাদুসু হন্দোকচগে।

মনিচন্দ্রদু মশা নীকই। লৈয়েং ইফা ফাজীল্লি। পাখৎলি।

মাগী ৱাদু লৈশেম্বা থৌশাদে। পায়রিবা নোংমৈদুনা মনিচন্দ্রগী চুবাদা নম্মী। মহাক মখা তারকখিদরে। নোংমৈদুনা চুবাদা নম্লগা লৈশেম্বনা হায়রকই,

— অরেম্বদা নথরায় মাঙনীংদ্রবদি বোরাসিদা ফম্মু। নচিন থীবা নঙগী নৱা লৌদে। নঙগী খোন নৌথ শিথশন্নবা নোকশিন্নবা ঐ খাঙবা ঙমদরে। ফম্মু, বোরাসিদা ফম্মু।

মনিচন্দ্র জ্ঞান মাঙনা মচিন লাওনা হাংদোক্লিবা বোরাখাও মনুংদা চঙদুনা লেপই। মশা পাবা নুপা অমদুনা খুদক্তা ফি মচেৎ অমনা মচিন পুনশিল্লি। মচেৎ অমনা তুংলোমদা মখূৎ পুনশিল্লি। নমদুনা ফমথহল্লগা বোরা মচিনদু চিংখৎতুনা চেৎনা কিশিল্লি। মনিচন্দ্র বোরা মনুংদা চেক মোক লাউদে।

ইবেচাওবী ঊৈহাক্তুংগী মনুংদা ওইরক্লিবা ফিবম অদু মঙগা চপ মান্নে। মঙলাক্লবগুম মশা পূম্বা অফা-অপুন্নবগুম তৌই। লাউগে তৌই। খোঞ্জেন থোরক্তে। মশা পূম্বা চেং খৈবগুম নীক্লকই। মপি তারকই। কপ্লকই।

নুপা অমদুনা মনিচন্দ্রগী মতৌগুম ইবেচাওবীগীসু মচিন ফিনা পুনশিল্লি। তুংদসু মখূৎ পুনশিল্লি।

— নঙগী নুপা সাহেব অসে হয়েং তুরেল খোঙনুংদা থিয়ু।

অসি হায়রম্লগা লৈশেম্বনা তূম্পক তাদুনা লৈরিবা বোরাদু মরেংবান্দা থোঙ্গৎলি।

থায়না নিংথৌ পাল্লিঙৈগী ঙবোংখাউ মনিচন্দ্র নীংশিংলকপরা খঙদে বোরা মনুংদা ফ্রিং ফ্রিং চোংলকই। গেট হাংদোক্তুনা মপান্দা থোরকই। ইবেচাওবীসু মঙওম্না মতুং ইন্নগে তৌই। অদুবু মপান্দগী পুনা পানশিনখি। মনুংদা য়োংকী থোঙপাক অদুগী বাংমদা ইবেচাওবীনা মশাদু তপ্না তপ্না লেকথরক্লিবদু লৈশেম্বগা মমান্নবদুগদি খঙদে।

হৌজিক্তি অতিয়াদা নোং মচেৎ মচেৎ লৈরবসু থাবল নীংথিনা থোক্রে। নোংজুথা মমৈ ওইদুনা তুরেলগী ঈমায় চোল্লম্বদগী হুম্বরকপা মতমনি।

লৈশেম্বা, লেংথোং নারক্লিবা বোরাদুগা তুরেলগী ঈচেল ময়া নক্লা কুমথরকই। লাকমিন্নবদুদি তোর্ব্বান লম্বীদা খাল্লিবা মোটোর সাইকল ষ্টার্ট তৌদুনা লৈহৌই। লৈশেম্বনা বোরাদু ঈশিং ময়া নক্লা খরা পাকপা হিদেন তাফমদা থম্মী। বোরা মনুংদা মনিচন্দ্র ফ্রিং ফ্রিং চোংই।

— ঐহাক থবক ফংদবা শিবা কিদবা নহানি। নঙনা শিবা কিবা নুংঙাইনা হিংলিবা মীনি। মসি খঙনা চৎনদ্রবদি...।

মখা তাদে। বোরা মচিন্দু পায়দুনা অমুক অনীরক্তং থোক থোক নোম্লম্লগা তোর্ব্বান মথক্তা কাখৎলকই। তোর্ব্বানগী লম্বী য়ৌবগা অমুক কুমথরক্তুনা পুল্লিবা বোরা মচিন্দু থোক্লম্লগা হন্নফাওবা য়েংলমদনা অমুক কাখৎখি। লৈশেম্বনা মোটোর সাইকল মনীংদা হেক কাখৎপগা নুপা অমদুনা থৌবা হৌরকই। হায়রকই,

— হয়েংদি চ্যেক ইবরা ইদবরা য়েং তারে।

লৈশেম্বা খুমদে। মবুক্তা য়েপ্লিবা নোংমৈদু লৌথোরক্লগা তুরেলদা লাক্তুনা লংখি। থাবলগী মঙালদা নোংমৈদুনা মুরি মুরি তুরেলগী ঈচেলদা তাউথখিবদু ময়েক শেংফাত্তনা উই।

## লাইগী য়ুম

জগনাথ, বলদেব, সুভদ্রা — মচু কয়াগী নাল্লবা সিঙ্ককী ফিজোলনা লৈতেংলদুনা চাউরবা নাল্লা শারবা চেক্কী মন্দির মনুংদা লৈরি। লৈমায় অমসুং য়ুম্বীশিং মার্বলনা শীৎ নাল্লা ইরং লংঙি। ফক্লাংশিং অদু মখল-মথা কয়াগী লৈরোংশিংনা হক-খোৎলি। ফজগ্রবা মন্দির অদুগী মনুংদা লাইশিংনা নুংঙাইনা নোক্তুনা লৈরিবগুম তৌই।

মন্দিরদুগী হেক মমাঙদনা মথোল অহমগী য়ুমনি। মখাদনা মান্দব ওইরি। মান্দব অদুগী মথক্তা লৈরিবা চাউরবা য়ুম অদুগী ফজনা লৈতেংলবা কাশিং অদুদনা নরহরিগী ইমুং-মনুং লৈরি। জগনাথ, বলদেব, সুভদ্রানচিংবা লাইশিংনা মখাদা নুংঙাইনা লৈবগুম নরহরিসু মথক্তা নুংঙাইনা লৈরি।

নারায়ণনা খল্লি — মসিপুম্বা নহানমুক্কী মপোক্কী কর্ম্মফলনি। অফবা কর্ম্ম তৌরকপনা হন্দক্কী মপোক অসিদা নুংঙাইনা হিংবনি। গীতানা করি হায়রি...? নারায়ণ গীতাগী শ্লোক অমা নীংশিংনবা হোৎনৈ। অদুবু নীংশিংবা ঙমদে। লৈরঙগী শারবা মৈশাদুদা মশা পুম্বা হুমাংনা লুপ্লি। অদুগীসু মথক্তা পকৌরা হৌনবা তাউরিবা বোরাদু কাদনবা হোৎনবা তাই। অতোপ্পা লৈরঙ অমদসু মঙ্গল উতিনা পাথরক্লিবদুসু পাথদনবা হোৎনবা তাই। মতম অদুদা চীনফা পুবা সংস্কৃতকী রাহৈশিংদু মাগী মকোক্তুদা চঙলক্তে।

মতোমতা হায়জৈ। নারায়ণ — নহাকপু লন-থুমগী মিকাবা পোক্লক্লবরা? ঐহাক লন-থুমগী মিকাবা অমত্তা লৈতে। অদুদি করিগীদমক নহানমুক্কী মপোক্কী মরমদা করিগী খল্লি? ঐসু নহানমুক্কী কর্ম্ম ফরকপনা বামোণ ওইনা পোকপা ফংলিবনি। গোবিন্দগী সেবা ফংজরিবনি। পুন্সীদা ঐদি অপাম্বা মিহৌবা করিসু লৈতে। করিসু লৈতে।...অদুবু ঐবু নুংঙাইনা হিংলিবরা? নুংঙাইবা হায়বসিদি থম্মোয় অসিনা পেম্থোকপা ঙম্লগতা ফংঙি। পেম্থোকপনা অথোইবা লননি। ঐহাক পেম্থোক্লি। অদুনা নুংঙাইরি। শাস্ত্রনা অসুন্না লাউরি...। শাস্ত্রনা হায়রিবা অদু নীংশিংবগী মহূৎ পাথরক্লিবা উতি অদু খাবৈনা ওৎলি।...কয়া য়ামথ্রবা মথেলনো? শঙ্গোমগী মথেলনা য়াল্লিবা। মীসু চনীগী মথক্তা...। কাংগী অয়ুক্কী উৎসবতবু অসি য়ৌনা পীজবা...। মসিদি ধর্ম্ম চেনবা মীতনা ঙম্বনি। অসিগুম্বা উৎসব নরহরিনা কয়া কয়া কৎথ্রবনি। ধর্ম্ম চেনবা মীনা খক মাঙবা হৌনদে। পোকপগী মহয় য়াল্লবনি।

— ঐঙ্গা, লাইগী লুক চনবা য়াদ্রিবরা?

নরহরি ঙৌশ্রোক ঙৌবা লৈবদা ঙায়রিবা মানবা ফৈজোম ইন্নফি শেৎ-চারদুনা কুচু-

কুমেন লংত্রিক লংনা বালহৌশঙ ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মশক-মতৌদু চীং লেম্মী। ইঞ্জিনিয়র অচৌবদা অচৌবা মাল্লি।

— য়ারক্কদৌরে, সাহেবপু।

নারায়ণনা খুমগে তৌরিঙৈ— ঐজ্ঞা তোম্বীনা ওক্কুনা খুমখি। মহাক্লা খুম্বা তারবদি— 'সাহেব' হায়না খুন্নমগনি থাজদে। ঐজ্ঞা হায়রমগনি। ঐনা খুন্নমদবা ফৈ। অমুক খনবা হৌরকই — ঐসিবু হৌন-লোনচৎ খঙদবা অপঙবা বামোন অদুরনে? ঐজ্ঞা হায়বা ৱাহৈসি সংস্কৃতকী শব্দকোষতা করি হায়রি...। ইপানা অঙাং ওইরিঙৈদগী সংস্কৃতকী ৱাহৈশিং অর্থ তাকপিরকই। স্কুলদা লাইরিক তম্বগী মতুং গীতাগী শ্লোকশিং চীনফা পুরকই। শাস্ত্রগী বিধি নিয়ম তম্বীরকই। শিব পুরাণ, গরুর পুরাণনচিংবা পারকই। পূজা পদ্ধতিগী মন্ত্রশিং অদু মীৎ উইশিন্দুনা ব্রঙ ব্রঙ থীনবা হোৎনরকই। ...মতমদুদা নরহরিদি কৈদৌরমগনি? ...ঐহাক নহা ওইরিঙৈ কনাসু তিন্নরক্তে। ঐনা তিন্নরকপা হায়ববু ঐগী ইপা অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদুতনি। লৈকায় অহুম মরিতা লাপ্নবা নরহরিবু ঐহাক মশক খঙলক্তে। মতমসিগী চৎনবী ৱাঙং-শাঙাং ঐনা করম্না খঙগনি।

— পুং অসি থেঙজিল্লক্লে। কাংসু খরা ঙন্না লেঙথোকসি।

অমুক নরহরিনা হায়রকপদা নারায়ণ মীৎকপ খংথোক থোরকই। মচীন্দা খঙহৌদনা হায়দোকখি,

— ফনি, সাহেবপু।

য়ামগ্রবা লাগী দোনানা ইকোয় কোয়না লুক মঙা চল্লিবদু ইঙ্গ্রিশীৎনা নাল্লবা মার্বলগী লৈমায়দুদা নারায়ণগী মমীৎতা কয়াদি ফজনা উখরে। মি তারবা ষ্টিলগী নাত্তিশিংদা হৈরূক মখল কয়া চল্লি। মন্দিরগী নাল্লবা মাঙ্গোলদুদসু নুপা-নুপী কয়ানা কৎলবা শেন অমদি হৈ-লৈনা পীক থল্লি। ধুপশিংগী মরক্তা বর্ত্তি চাম্মনীপালগী আর্ত্তি কৎলকপদা নুংশিরবা মনম অমদি মৈখুনা মফম খুদীং চাইথোরকই। ভগবানমক্তা হেক লেঙশিন্দুনা লুক খুল্লিবগুম নারায়ণনা মমীৎতা উরকই। অমুকসু খনবা হৌরকই, অসিগুম্বা মফমদা হরিনা লেঙশিন্দনা কদায়দা লেঙশিনগনি। নারয়ণ নঙগী লাইশঙ অদুদবু গোবিন্দনা খোঙ থাংজিনবিরক্কদ্রনে? চহী কয়াদি শুরে — শেমজিন-শাজিনবিরক্তবা? ইনাশিং অদু পৎলে। নোংজুথাদদি মচী মচীদা নোং য়ুরে। মসিদি খরবু লায়রি নারায়ণ — লাইগী ফম্পাক অদু নাকল অমা মখোঙ লৈশৌনা তুপখরে। লৈশৌগী পুং অদুদা ঙাদুনা লৈরি। চরৈশিং অদুসু মল্লে। মচী মচী তৎলে। লৈবাক্কী ফক্লাং অদুসু মচেৎ মচেৎ নীংখায়রে। কেল্লে। নারায়ণ নঙবু অমুক্তং

ফজনা শেমজিনবা ঙমদ্রবরা? গোবিন্দনা — মহাপ্রভূনা থম্মোয় মকা লাম্না মীৎকুপ অমত্তং মফমদুদা লৈনীংগদ্রনে? লৈনীংলম্লোই হায়দুনা ঐনা করি তৌবা ঙমগদগে। ঐনা পূজা খরা তৌরকপগী শ্রাদ্ধ শোল্লুবগী মীগী চাক খরা থোংলুবগী ফংলকপা শেন খরা অসিদি ইচা অনী লাইরিক তম্বগী, ঐখোয় মরিগী চানবা শেংনবগী খরচ ফাওবা কোন্নবা ঙম্লিবরনে? ইচানুপা অহল ইবোচাউবনা নোংমত্তা লাই গৌরি তৌরিব্রা? কনানা হৌজিকপু লাইগীনি হায়দুনা সিদ্ধা অমত্তং থিনবিরক্রবগে? করম্না লাইশঙ অসিবু শেমজিনবা ঙমগদগে? নারায়ণ তোক্লো। ঈশ্বরদি মফম খুদীংদা লৈবনি। ভক্তনা লৈবা মফমদা লৈবনি। ভক্তগী থম্মোয়নুংদা হরিনা ঙাক্লোইবনি। গীতাদা কৃষ্ণনা করি হায়রি?

পূং-ঝালগী হৌরবা মখোল মরক্তা জয়দেবগী ঈশৈ শক্লকই। হরে... জগদিশ... হরে। নারায়ণ তুম্লুবদগী মীৎকপ থোক্লকপগুম কোয়েং য়েংই। মন্দিরগী মমাঙমক্তদা নুপী-নুপা ময়াম ঈশৈ শক্লদুনা চোংলি। মহেন্দ্রবু উরকপদা নারায়ণ পূমঙক ঙকই। অচৌবা ঝাল অমা পায়দুনা থরায় য়াওনা মহাকসু চোংল-চোংলদুনা ঈশৈ শক্লি। নারায়ণ — মসিবু মঙলা-তাইবঙলা? কলি যুগকী মশক অসিবু অসুম্না তৌবরা ঐহাক খঙদে। ভগবান ঐনা উরিবসিবু মঙলনে। মঙ নৎত্রবদি মসিবু করম্বা মখলগী নঙগী লীলানো? ভগবান!

— লাইশঙ মমাঙ অমাংবনা পূমচাই চাইরবনি।

ষষ্ঠি পূজা অমা শোল্লুবদগী নুমিদাং অমা হাথু হাথু সন্ধ্যা আর্তি কৎনবা মফি হোংদোক্লিঙৈদা মাগী নুপী থৌরাণী রাধামণিনা হায়রকই। নারায়ন ইঙক ঙক্লা হংই,

— হা। কদায়দগী?

— আ — মথক্কী থোঙনাওদগী হুম্থরক্লিবা।

মন্দিরগী হেক নাকন্দা লৈরিবা মথোল অহুমগী দলান অদুগী থোঙনাওশিংদগী মচু-মচুগী মঙালশিং থোরক্লি। নারায়ণ মীৎকূপ খরদং য়েংখৎলি।

— নঙমক্লা হেক উহৌব্রা? হুয়-য়েন্না চেনশিল্লকপগদি নত্তেদনা?

— উহৌই। করিনোমা লংথখিবদুদা চঙশিন্দুনা য়েংলুবনি।

— বিষ্ণু! বিষ্ণু! অঙাংশিং তাগনি। তোক্লসি।

মন্দিরগী দারি মনাক্তগী হেন্দোক্নুনা দারি মথক্তা ফাওবা অমাংবনা পূমচাই চারি। নারায়ণ য়োৎপাক অমনা কোখোকই। ঈশিংনা থাদোকই। মচীন্দা তত্তনা শোক্লি— 'বিষ্ণু বিষ্ণু। মসিবু হৌনরিব্রা?'

মথক ইথং থংবা দলানগী কাদা মহেন্দ্রনা নুপী অঙাংশিংদা ঙাং-শক্লিবদু ময়েক

শেংনা তায়।

— জাৎ-জাৎ তৌগদৌরিবনি। উকংনা শাবা লাইদুফাওবা মৈ থাগদৌরিবনি।

নরায়ন মপূক্লিংদা অমুকসু হায়জে — 'পাপী। মচীন অসিবু কুষ্ঠী থুংদ্রিবরা?'

শাপ তৌনিংই। ব্রাহ্মণগী তমথিরবা শাপ। অদুবু নারায়ণ খাংগ্ডি। শাপ তৌদে। অমুক হন্না ইরুজথোক্লগা সন্ধ্যার্তি কৎলি। হেক লোইবগা থোঙ চেৎনা লোনশিল্লি।

নারায়ণ মহেন্দ্রগী মমায় অদুদা মুন্না য়েংই। কুষ্ঠী মচেৎ অমত্তা থুংদে। মদুগী মহুৎ কুচু-কুমেন্দুম হান্নদগী তঙাং তঙাংশিল্লম্মী। ঈশৈ শকপগী ময়া কাথোরকপদা য়াতোনশিং অদু ইরংদুম লংই। নারায়ণনা চহী খরতনি হনবা। অদুবু নহা মাল্লি। মাগা য়েংনরুবদা।

নারায়ণ — করিগীনো য়েরুবদা অদুক মুন্না য়েংলিবা। য়েরুবা। ঐহাক্তি য়েরুবা লৈতে। ঐগী য়েরুবা লৈতে। ঐগী থাখল থম্মোয়দা কনাবুসু য়েরুবনি খন্দে। গঙ্গাগুন্না পবিত্র ওইবনি। মহাক্তনা য়েরুবা ওইনা ঐবু উজবনি।

মহেন্দ্রগী মপুবোক্লা নারায়ণগী মপুবোকপু মহাক্কী চাউরবা ইম্খোল অদুগী শরুক মচেৎ অমা পীরগা গোবিন্দ লাৎহন্দুনা থমখিবনি। লৈকায় অমদি মহাক্কী ইমুং-মনুংগী দেব-কর্ম্ম থোক্লকপদা অনকপা খোঙনা-খুৎনা লাম্বা ফংবা ঙম্নবগীদমক। অদুগী মথক্তা মহেন্দ্রগী মপুবোক বৈষ্ণব ধর্ম্মদা খম থেংনা থাজবা মীশক্লি। ব্রাহ্মণ অমা ওইবগী বিধি নিয়ম কায়দনা চৎপা নারায়ণগী মপুবোক্কী মফমদা শ্রদ্ধা থমজদুনা লম মচেৎ অমা পীবনি। মনাকমক্তদা গোবিন্দনা লেঙদনসু লৈহনজনীংই। মতমদুদগী হৌনা নারায়ণগী মপা হাক্তক ফাওবা ধর্ম্মগী উৎসব খুদীং চাউনা চাউনা পাঙথোক্তুনা লাইদা কৎলরবশিং অদুনা লেম পানা চাবা থকপা কোন্নরম্মী। অদুদগী তপ্না তপ্না মাথরকই। ঈশ্বরদা চেঙ খুয়া অমত্তং কৎপিরনবা মী থাৎশিল্লকই। কনানসু দান তৌরখিদ্রে। নারায়ণ মসি পুম্বা মতমগী য়াওন্নি খল্লি। কনাদবু দোষ তৌরুগনি?

মহেন্দ্রনা ঠিকা তৌদুনা শেন পায়খৎলকপদগীদি নারায়ণগী মথক্তা মপুবোক্লা পীথোক্লম্বা লমদগী হেন্না লৌশিনখরে হায়দুনা লৌরুংশঙদা দরখাস্ত থাই। সরকারগী লম ওনবা মী লাক্তুনা হঞ্জিন হঞ্জিন লম ওল্লি। মপা মপুগী হাক্তগী সিমনানি হায়দুনা লৈরক্লবা লৈপন অদুদগী ফন্না য়ান্না চখোরক্লগা লাইশঙ ময়ায়মক্তদা সিমনাগী উয়ুং য়ুংলম্মী। নারায়ণ উপায় লৈতে। তুমীন্না য়েংবা নত্তনা।

ইকুই কুইদনা লাইশঙগী হেক মনাকমক্তদা মথোল অহুমগী চাউরবা য়ুম অদু শাগৎলি। লাইশঙ অদু খংপিক পীকশিনখি। মশক থিজিনখি। মঙ্গলবা খাংপোকশঙগুন্না।

শান্তি খরদি ফংলগনি হায়না নারায়ণনা খল্লি। অদুবু মীওইবগী অপাম্বদি মপাল নাইদে হায়বা নারায়ণ খঙলকই। অথেঙবদা য়ু ঙাওরগা হেক হেক ঙাংবা লাউবা তায় — 'হনুবদুনা

ফনা পীথোক্লম্মবসু মৱা লৌদে। কেশ তৌগনি। লাইশু মৈ থাগনি...।'

নারায়ণ ফনা খাঙবনি। অশাউবা পোক্লকই। অদুবু মায়োক্লবদি ঙমদে। করম্না লাম্বা পাগনি খল্লুবদা খা চীকই। নুপী অঙাং পুদুনা লাইগী মূর্তিশিং অদুগা কদায়দনোমা হৌদুনা চেন্নীংই। মচীন্দা শাপ তৌবা নত্তনা উপায় লৈতে। শাপ তৌই — 'ঐহাক্লা ব্রাহ্মণ অশেং বমত্তা ওইরবদি নহাক নরক্তা তাবা ওইয়ু। মৃৎপা ওইয়ু।'

মহেন্দ্র গোবিন্দগী শেংলবা ভক্ত অমগুম্না ঝাল অদু ৱাংনা ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা য়ৈরী। জগোয় শারি। ঈশে শক্লি। নোক্লি। নরহরিসু মাগী মতৌ তমদুনা জগোয় শারি। য়েংন-য়েংনদুনা নোকমিন্নরি। ঈশেগী খোঞ্জেল ৱাংখৎলক্লি। মরক মরক্তা মহেন্দ্রনা ফূরীৎখাউদগী লুপা চাম্মা চৎপী খরা শত্তোক-শত্তোক্লুনা লাইনুংদা হুনজিল্লি। চেজেত্তু মঙায়।

ভগবান নঙসু পাপী অসিগী শেন অসিবু লৌশিন্নগদ্রা? নঙনা মোমোন নোকলিবনা করিগীনো? নারায়ণ করিগীনো নঙনা ঈশ্বরদতা দোষ লঙশিল্লিবা। মহাক্তি মীওইবগী থম্মোয়বু মশক খঙলিবনি। য়েংলিবনি। নোক্লিবনি। নারায়ণ পাপীশিংবু লানবিনবা ভগবান্না যুগ যুগ খুদীংগী অবতার তৌরি। অদুবু করিগীনো ব্রাহ্মণগী শাপ ফংবগী মহূৎ হেন্না হেন্না মহাক্লা নুংঙাইখৎলক্লিবসিবু? নারায়ণ তপথৌনে কল্লকপগী মৈনা নথম্মোয় অদু চাকথেকহনগনু। উপনিষদতা গীতাদা করি হায়রি...।

নারায়ণ মীৎকুপ খরদং মমীৎ উইশিল্লি।

ইঙেনগী পানখৎলকপা অতিয়াদু থা-থৱাম্মিচাক অমত্তা মশক উদে। অতিয়া নোংনা পূম্মম মম্মী। নারায়ণনা খাবে চেগপতুগা ময়ূমদা হল্লকপদু ফনা থেঙলে। কোম্থোং হেক কানশিল্লকপগা অমম্বা মরক্তুদা মথোন অহমগী দলান অদুদগী মচু-মচুগী মঙাল থোঙ থোঙনাওশিংদগী থোরকপা উই। মশাদু চোকথনা ইমুংদা চঙলকই। ইমম মম্বগুম তৌই। মচা অনীমক লাইরিক পারি। মঙম শান্দ্রবা লালটেন অমা থাল্লদুনা। ঙৈহাক য়েংদুনা লেপই।

নারায়ণ আর্তি কৎনবা লাইশঙলোমদা থোরকপদদি — মথক ঈথং থংবা কাগী থোঙনাও অমা লাওনা হাংদোক্লগা মহেন্দ্রনা অরৎপা লৈতনা হন্দোক্লিবদু উরকই। ওক ওক লাউবা খুদীংগী লাইশঙগী মথক্তা দারি ময়াদা তারক্লিবদু কা মনুংদগী থোক্লকপা মৈঙালশিংদা উই। মন্দির অদুনা মুশিন মুনা তুরোই ঙাম্লোইননা জীব অমত্তা লৈত্রবগুম লেপলিবদু নারায়ণগী মমীৎতা উরকই। মশামকসু চপ লেপই। হন্দোরকপা খুদীংগী মচিন্দা শোল্লি — 'বিষ্ণু', 'বিষ্ণু'।

# শিনিংবগী ৱাখল

য়াইমা ওফিসতগী হেক হল্লকপগা মফি হোংদোক্তনা সোফাদা ফমথৈ। মকোক ঙাথদুনা য়ুমথকলোমদা য়েংখৎলি। ইমুংদুদা কনাসু লৈতে হায়বা মহাক খঙঙি। অসুম ফম্মী। ওফিসতগী ৱানা কুম্লকপদা চা গ্লাস অমত্তং পুথোরক্তুনা মঙোন্দা পীথকপিগদবা মী লৈতে হায়বসু খঙঙি। অদুগীসু মথক্তা মহাক্না নোংমত্তা চা লোল্লক্লবা হায়খিবসু লৈতে। হৌজিকসু অসুম ফম্মী। ফুরিংখাওদগী বিড়ি লৌথোক্তুনা চম্মী। মহাক ওফিসতদি চুক্লপ থকই। য়ুমদনা বিড়ি।

য়াইঙংপোকপী কৈথেলগী দুকানদা ওফিস কুম্লকপদা মহাক হায়ফেৎ য়েংশিল্লম্মী। থোঙ লোনহৌই। য়ুমদসু কনাসু লৈরমদে। শাউনিংলকই। মাগী নুপী, মচাশিং য়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা মাগা মায়োক্লবসু মহাক থোইনা পাম্লুবগী ৱাখলসু লৈতে। থবক অমত্তা লৈতনা ইম্ফালদবু ওইরবসু লম্বীদবু ওইরবসু য়ুমদা হঞ্জিনবা তন্দুনা লৈথোকপসু য়াওরিবনি। অদুবু মী অমত্তা লৈরমদবসু শাওনিংই। লৈরম্লবসু মহাক শাওনিংগনি। মদুসু মনুংদনি। মফি হোংবগী ৱাখল খন্দে। মদুগী মহুৎ মমীৎ উইশিল্লি। তূম্লনবা নত্তে।

— ঐহাক হৌজিকমক খুদক্তা শিবদা অকিবা লৈতে। তশেংনা ঐহাক শিনিংলে।

মাগী ওফিসতা থবক তৌমিন্নবা খরা হঙ্গোইনদবা বুদ্ধদা ঙসাই হায়। ফাইল অমদা নোট সিট ইনা ইনা নোক্তুনা বুদ্ধনা খুন্নকই,

— চহী মতাং অসিদা কয়াম কুইনবু পুন্সিনখিগদগে। হাথু হাথু শিরুদ্রবসু পংকুই কুইনররোই।

থৌ-ৱা ইশা শাদনা খুমখিবনি। ফাগী তাখি। মসিগী মরমসু মহাক খরমখৈ খঙঙি। নোংমত্তা মহাক অসিগুম্বা ৱা খক হায়খিদ্রি।

অদুবু খনদি খনখি — করিগী শিনিংলিবনো হংদ্রিবা করিগীনো? মসিবু তরাই তরাই হেক্তা হায়বা য়াবা ৱারা? অদুবু মহাক মখা তাখিদে। অদুগা মহাক্না শিনিংবগী মরম হংলক্লবদি মহাক খুন্নমগদ্রা খুন্নম্লোইদরা হায়বসু খঙদে। অদুবু শিনিংই, শিবদা অকিবা মঙোন্দা পোক্তরে হায়বসিমদি থাজে। অদুগা খঙহৌদনা হায়দোকখিবা অসিনসু মাগী ৱাখলদা খংয়াং য়াংবগুম তৌই।

— বেঙ্গলোরদা লাইরিক তম্লুবা নুপামচা অহলদুদি করি তৌখরে?

বুদ্ধনা অমুক হংলকখি। কদোমদগীনো মহাক্না ইচানুপা ঙানববু নীংশিংলক্লিবা?

তৌববুদি চহী কয়াদি শুরে ইমুং-মনুংগী মরমদা ৱারী শাখিদবা...? বেঙ্গলোরদা কলেজ তম্বা থাবা মতমদুদদি মীঙোন্দা ৱারী কয়া শাখি। মীনা তানিং তানিংদবা। মতম অমগী ৱানি। হৌজিক্তি ৱারী শানিংবা অমত্তা পোক্তরে। অদুবু হংলক্রবনিনা অচুম্বদি তন্দে মান্দে খুমখি,

— দুকান মচা অমা ঐখোয়গী খুন্দা তেক্লি তেক্লি ফমলি।

— দুকান ওইনা ফম্নবা?

ৱাহংদু মচিন তুম্বা পোৎ অমনা হকচাংদা খঙহৌদনা থিল্লকপগুম থোকই।

— উম।

হৈনিংদনা খুমখি। মখা তারক্ত্রবদি ফগনি খল্লি। অদুবু তাথরকখি,

— নুপী থিরব্রনে?

— থিরে। মচা চহী অনীরোম শুরবা অমসু লৈরে।

— করিমত্তা তাক্ল-খোৎনদ্রবা। ঙসি তারিবসি মঙায়। ফৈ ফৈ। শিলংদা তম্বা অঙাংদুদি কমদৌরি?

— তমদ্রেদা। মদুমসু লাইরিক্কা তম্মু য়াদ্রেদা।

মখা তারক্তনবা শন্না খুমখি। ঙৈহাক্তংগী মমাঙদা শিনিংবগী ৱা পনখি। শিনিংবগী মরম হায়গে খনখিবগুম তৌই। অদুবু শিনিংবগী ৱা হৌদোক্লুবদু মহাক্কী খ্বাইদগী অশোয়বা মীৎকুপ্পি খনখি। করিগীনো ঐনা ৱারী শাক্লরিবা...?

— হোয়দা, মাসু কারবার অমা তৌহল্লগা লোইরেদনা। নঙদৌনা নরম লৈরদি ঐখোয়দি করিগী ৱাজরুনি।

নোট সিট ইবা লোইরদুনা পিওনবু অন্দর সেক্রেটরীদা ফাইলদু থাজিনহনখি। য়াইমা তুমীন লৈ। মত অমত্তা ফোংদোক্তে। বুদ্ধদু মমাঙদা ফাইল অমগমুক ফাকৎখি। মহাকসু শুনিংঙাই থবক য়াম্না লৈ। অদুবু ইহৈ হৈনিংদে। থবক শুবা শাদুনা ৱারী মখা তারক্তনবা ফাইল অমা ফাক্কৎলি।

— নহালৱাই ইম্ফালদা ইঙ্খোল অমা লৈগনি তৌরম্বদুদি কমদৌখরে?

অমুক বুদ্ধনা হংলকখি।

ঙানবনা কলেজ অহানবা কাবা মতমদুদা ইম্ফালদা লৈরগে কন্না খনখি। খুঙ্গংগা সহরগা খেন্নবগী মরমদা খনখি। চাওখৎপগী মঙাল ফংবগী মতাংদসু। মচাশিংবু চাওখৎপা মী ওইহন্নিংখি। মহৈ-মশিং তম্বদসু খুদোংচাবা ফংহন্নিংখি। মফম চাবদা ইংখোল অমা য়েংবিনবা মরূপ মপাংশিংদা ৱারী শাখি। য়াম্না কন্না হায়বদি নত্তে। মচাশিংগী হয়েংৱাই থবক ইনখাং তৌরগা লৈজনবসু লৈগে খনখিবনি। অদুবু লৈখিদে। মফম চায় চাংদে খন্দোক-

খঞ্জিন তৌদুনা। ইম্ফালদা মচাশিংবু লাইরিক তমহন্নিংলম্বদগী খঙহৌদনা মণিপুরগী রাং মদা তমহনগে খনখি। তমহনখি। ইম্ফালদগী হেন্না চাওখৎপা মফমশিংদা।

— তোক্লে। লৈদরে।

য়াইমা মসিতমক খুমখি। খনদি খনখি - অসুক কুইরবা রাফমদুমসু কদোমদগী ইনৌ নৌনা হৌদোকলক্লিবা?

— নতোমতা শিজরবদি - ইন্সুরেন্স ময়াম অমা ফংজরোইকো। শিজ লাকচরন্নু।

বুদ্ধনা অমুক নোক্কুনা হায়রকখি। ঐনা শিনিংবগী রা পনখিবদু মহাক নীংদি নীংশিংলিদনা...। বুদ্ধনা নোকপদুদা মহাক য়াওবা ঙমদে। মহাক নোক্তে। শিনিংবগী রাখল অমা পোক্লে হায়বসিবু হেক্তা ফাগী ওইবা য়াবরা? য়াইমা শিনিংবগী মরমদা করিগুম্বা খরা হায়গে খনখিবদু য়াম্না লানখিবা মীৎকুপনি খঙলকপদগী তুমীন লৈখি।

য়াইমা মমীৎ পাঙথোকই। মখূৎতগী বিড়িদু চিংই। মৈ মূৎখরে খঙদে। হুন্দোকখি। অমমুক চমখৎলি।

য়ূমদু পুমচিক চিকই। করিগুম্বদা অচিকপবু পাম্মী। চিক্লগসু হৈনদে। লৈতাফম খঙদে। অমুক শাউনিংলকই। ফুক হৌগৎতুনা মপান্দা থোরকই। দারি মপান্দা লৈরিবা স্কুটর মনাক্তা চংশিল্লি। স্টার্ট তৌই। কদায়দা চৎকনি? কনাগা উন্নগনি? খল্লি। থংনবা মীৎকুপ্তা স্টার্ট মুথৎলি। মখূৎতগী অচাকপা বিড়িদু শুমাং মতাইগী নাপী মরক্তা লাক্কুনা হুন্দোকখি। নাপী মরক্তা মৈখু ঙৈহাক্তং কাখি। ও... মফমসি নাপী অমত্তা হৌরমদবনি। মখল মখলগী লৈশিং থারম্বনি। শুমাংগী অকোয়বদা। হেক মথংদনা য়েনশাংনাপীশিং। কয়াদি কুইরে...? করিনো ঐনা খল্লিবসে? ইমুংদা অমুক চঙগে তৌই।

লৈমহলনা মশুনুপাদু পোরদুনা কোম্থোংলোমদগী চঙলকপদু উই। মনাক য়ৌরকপগা হায়রকই,

— তোলচৌগী মচা নুপা ইবোতোম্বদু সিফাইনা ফাবা লাকপদা কূম্মে অমা ওইনখরে। নেশা বন্দগী নুপীশিংগা মুন্নবনি।

য়াইমা অতৈ রা ওইরম্নবদি মাগী নুপীনা ঙাংলিবদু থৌওইনা তারমদবসু য়াই। করিগীনো খঙদনা মাগী নুপীনা ঙাং শকপসু মতম খরসিদা মহাক তানিং খোৎনিংবা পোক্তে। অদুবু তোলচৌগী মচানুপাগী মরমদা পল্লকপদা হংলকই,

— মাবু সিদা লৈবরনে?

— লৈ। মরক মরক্তা ময়ূমদা হল্লক্কুনা লৈরে। মাদি পুরা য়াওদমাল্লেদা। নমদুনা

সিফাইদগী মুলহৌরে।

য়াইমা মখা তাদরে। তুমীন্না লৈখিবদুদা ৱারী মখা লৈত্রবগুম লৈমহল ইমুংদা চঙখি। ভাব মেন তাদনা মহাকসু ইমুংদা চঙদুনা মফি হোংদোক্কে তৌই। হোংদোক্তে। তোলচৌহোইদা চৎকে খনগুমসু তৌই। ইবোতোম্বদা করিনো অমদি হংনিংবগুম তৌই। করিনো হংগদবসু খঙদে।

পুন্সিবদো কয়াদি কুইরে য়ুমদা হল্লক্তবা ? চহীবু ফারক্কদৌরব্রা — অহীং অমা লাক্রম্মী। মমান্নবা অহমগা লেকখি। ইবোতোম্বসু ঙৈহাক লাক্রম্মী। মাগদি ৱা মচেৎ অমফাওবা ঙাংনখিদে। কৌসু কৌখিদে। মচাবু ইথা থাজদনা উবদা লৈমহলদি শুৎ শুৎ কপখি। মমা মচা তুমীন তুমীন করি করিনো ৱারী শান্নখি। য়াইমনা খনখি — মচাগী অপাম্বা লম্বী অসি মাবু শীংনবনি। ৱারৌই। অদুবু মশক উনবা মতমদুদা মহাক করিসু হায়দে। মরী-মতা লৈনদবগুম। অদুগা অহীং অদুদি মহাক তূম্বা য়াখিদে। অকিবগা শাউনীংবগা ইয়ান য়ানশিন্নে। মপান্দা মীখোলগুম্বা খজিক্তং তাবদা হীপ্লম্বদগী ফুক ফুক হৌগৎতুনা মনা থাঙ্গৎতুনা তায়।

নোংঙাল্লমদাইদা চৎখিবদু মহাক খঙহৌই। চৎলমদাইদা মাগী কাংথোন ময়াদা লেপ্লম্মী। কাঙ্খল হায়দোক্তুনা। অদুবু তুমশিন্নখি। পুন্সিবদো— মাবু হৌদোক্রমদনা ঙৈহাক লেপলম্লগা থোকখি। হেক চৎখিবগা মমীৎ পাঙথোকই। চৈনা অমা ফাওরকই। কপনিংবা শাউনিংবা ইয়ান য়ানশিন্নে। লৈমহলনা শুৎ শুৎ কপলকপদা লাউরকই,

— নচাদু শিখ্রবনি খল্লু।

কপ্পা তোকখিবগী মতুং খোঞ্জেলদুম ৱাংখৎলকপগুম তৌই।

ফমুংদা হীপ্লিঙৈদনি সিফাইশিংনা ইমুংদা চংশিনলকপদু। মঙগুম্মী। ফমুংদগী য়াইমবু চিংথোকই। ইমুং লময়ায়দা নোংমৈ মতোন্না নম্মী। করম্বা মতমদা নোং ঙানখিবা করম্বা মতমদা সিফাই চঙলকখিবা পুন্নমক মঙগুম্না থোকখি।

ইমুং পুম্বা সিফাইনা য়োম্মী। পোৎ-চৈ পুমচায় চাইখায়। থুগাইবসু য়াওই। মমৈদা করিমত্তা ফংদ্রবদা মঙোন্দা ওনশিল্লকই,

— নচা পুথোরকউ। লমহেনবদু নোংমৈনা কাপখায়গে।

ফুবসু ফনা থীনা ফুরম্মী। উপায় লৈতে। খুৎ হনবা য়াদবগী খা চীক্তুনা খাঙঙি। সিফাইশিং চৎখ্রবা মতুংদা কপনিংবা ফাওরকই। চৈনাগী নত্তে। মফম খঙদবা, খুমফম খঙদবা লমন খুন্নিংবগী। অতৈ অতৈ ওইরবদি খঙনগদৌবনি খল্লি। ফনা চৈনা ফাওরবসু ডাক্তরদা চত্তে। অশাউবা মরক্তা ওমদুনা অদুম্মক লৈ। খঙহৌদনা মচাবুসু ৱারৌরকই। ৱারৌবগা লোয়ননা মপি তারক্কে তৌই। খাঙখি।

তোলচৌহোয়দা চৎকে খল্লম্বদু অমুক মফি হোংদোকই। চত্তে। ফমুংদা মশুনুপা শুম্লিবা লৈমহলদা ইতন তন্না অমুক হংই,

— দুকান অদুনা থোঙ থিংহৌরিবদুনা ঙানবদুনা কদায়দা অমুক চৎখ্রিবনো?

— ঙসাইদগী দুকানগী পোৎ-চৈগা লংখায়দুনা লৈহৌবদাই। ইম্ফালদগীরা মমান্নবা খরগা নুংথিল চুপ্পা দুকান মনুংদা নেশা চারিরা কৈদৌরিনো খঙদে শ্রু শ্রু নৈশিন্দুনা থোঙ থিংজিল্লগা লৈরম্বদগী মমান্নবশিং চৎখিবগা লাল অমুক তৌরক্লিবনি।

য়াইমা অমুক শাউনিংবনা প্রোক প্রোক চাক্লকই। ৱা ঙাংদে। লৈমহলনা মখা তারকই,

— মাবু লৌৱাইগী দুকান মচা অমদা ঙারী-ঙাতাই য়োলহল্লি। ইম্ফালদা নান্না দুকান ফমহন্দে হায়দুনা পংশাওদা শাউই। খঙদে, ঙাংনবগা অমত্তা য়াদে।

মখা তারমদ্রে। লীচৈ অমা পায়রগা কোম্থোংলোমদা থোরকই।

ফম্না থেঙলল্লগনি। য়াইমা তুম্বা য়াদে। শাউনিংলকই। হৌজিকফাওবা ঙানবা হঞ্জিল্লক্ত্রি হায়বা খংঙি। হঞ্জিল্লক্তবগী নুংঙাইতবা নত্তে। শাউনিংবা নত্তে। করিগীনো ভাব তাদে। পংশাওদা শাউনিংই। মসি ওইনবদি নত্তে — মানা হোৎনখ্রিবশিং অসি কদায়দনো অমদি ইশোয় শোয়খরে। মসিনি মহাক্লা খঙদবা। মহাক্কী অশোয়বা করিনো? মমীৎ অমুক উইশিল্লি।

বেঙ্গলোরদগী হেক থোরকপদা ঙানবদু মশক-মচু পুমওন ওল্লকই। কুচু-কুমেন তাইফেৎ তায়। বি এ ফাওবা লোইদনা অমুক হন্না চংউ য়াখিদে। নিংবা য়ান্না কায়খি। খল্লকই মানা মানা থোকপা তৌরসনু। হোৎনফম থোকপা হোৎনরে। সম্পত্তি খরদি থম্বিরেদনা। খনবতনি। মথম্মোয়দি খাঙফম খঙদে।

নুপী থিরবা মতুং চহী অমরোম লৈরগনি দুকান ফমহনখিবদু। নোংমত্তা খোঙ্গুন তানা ফমখিদে। ইম্ফালদা চৎখি। মমৌগা লৈমহলগনা অয়াম্বা মতমদা ফম্মী। য়াইমা করিমতা হায়দে। ঙাংদে। ঙাংনিংবা পোক্তে। ইকুই কুইদনা মশা নুংঙাইতে হায়দুনা ডাক্তরদা য়েংহনখি।

য়াইমা ফক্লাংলোমদা য়াওল্লি। মমীৎ পাঙথোক্তুনা ফক্লাংদা মুন্না য়েংই। ডাক্তরনা মঙোন্দা তুমীন্না হায়রকপদু মহাক ইম্নুংগী মী কন্নাদসু তমথোক্তে। অদুক লুবা লায়না অমনা নানবরা মহাকপু মহৈ তমহল্লুবা? ঐনা করি শোয়ত্রবগে? মমৌ নুপীদি খঙবরা পীক্লিবা মচাবু হন্দোকলল্লগা মপামদা চৎখিবদো?

য়াইমা ফমুংদগী হৌগৎলি। মশুনুপাগী মনাক্তা চঙশিল্লি। মরাল লৈজ্জদবা অঙাং অদুনা তূম্লিবদু মুন্না য়েংই। চেৎনা কোম্লিংই। অদুবু কোন্দে। ফমুংদা অমুক চংই। খম্লি, হয়েংদি অঙাং অসি ঈ টেষ্ট তৌসিরা? তৌরোই। করিগীনো তৌগদৌরিবা? তৌরোই। অশিবগুম নুংঙাইনা তূম্লিবা অঙাংদুগী নাকন্দা লৈমহলসু তূম্লি। মমঙদা কপ্পগুম তৌরি।

হৌদোকসিরা খল্লি। হৌদোক্তে। কাওখল অদু য়েপশীনবিরম্লগা মাগী ফমুংদা চঙই।

হিপ্না হিপ্না মহাক শিবগী মরমদা খনবা হৌরকই। মচা অনীনা লম্বেল অমদা মখোঙ নাম্মা নাম্মা থাংজিল্লিবদু য়েংবা ঙম্লক্তে। মমীৎ উইশিল্লি। খুঙ্গংগী, লৌবুকশিংগী, তুরেলগী, চীংশাংগী, উচেক্কী, পাৎকী, শংবাম্নবা অতিয়াগী মখাদা লৈরিবশিং ঙাঙ্ব্রানবা নুমীৎকী মশেল্লা য়ৈবদু মমীৎ উইশিন উইশিল্লা উনবা হোৎনরুই। অদুগা মখোয়গী মতম্পাক্তা কোনশীন্দুনা নাউশুম ঈশৈ তানবা ফনা হোৎনদুনসু ঙমদে।

শিনিংবগী ৱাখল অমুক লাকই।

# ইতৈমা তোম্বী

ইকজিক্যুটিব ইঞ্জিন্যারনা পিওন থারক্তুনা কৌরকপা মতমদুদা ঐহাক থোং অমগী দ্রোইং কন্না য়েক্লি। পূক্লিংদা খল্লি থবক অমত্তা লৈতানা হেক তৌবা ঙল্লোইদবনি। ৱাদি কয়াদি ঙাংগন্দ্রবসু থবক অমা নৎত্রগা অমগীদমক কৌবাদি য়াম্না তৌগল্লি। হন্দক্লা অমুক করম্বা থবক অমমুক শিন্নরক্কদৌরিবা খন্না খন্না মাগী কাদা চংই। ফাইল ফাক্তুনা করিনোমা পারম্বদগী ঐনা চঙলকপদুদা মমায় নোনখৎলক্লগা টেবলদগী চে অমা লৌখৎতুনা তপ্না পীরকই। অমুক ফাইল অদু ফাক-ফাক্তুনা য়েংনা য়েংনা হায়রকই,

— লোন লৌবগী সিউরিটিগা ওইখিবরা? তলবতগী পৈশা ককউ হায়বা চেনি। পাও।

ঐহাক শ্বায় লাউবগুম তৌই। তলবতগী ককপগী ৱা পল্লকপদা। খঙনীং নীংশিংলকই — চহী তরুক্রোমগী মমাঙদা ইতৈমা তোম্বীগী লোনগী সোই অমা তৌখি। কুইমন্দুনা কাউবু কাউখরে। ঐনা লমাংদোংদা ওফিসকী থবক মফম তারিঙৈদনি।

ঐহাক চে অদু লৌদুনা পাগদবা তল্লকই। করিনো মফম খঙদবা অকিবা অমা ফাওই। অদুবু পাই। লূপা লীশীং মরিফু লৌবগী মনুংদা কুম্থামুক শিংলম্লগা লেপখিবনি। শেন্দোয়না অমুক ৱাংখৎলক্তুনা শেন্লেপকা পূন্না লুপা লীশীং হুম্ফুমঙা ঐগী তলবতগী কক্কদবনি। ঐহাক অকুপ্পা পাদ্রে। খূৎ ফাওবা হায়ফেৎ নিকপগুম তৌই।

— সাহেবপু তলবতগী ককপসি থা খরা ঙাইবিখো। ঐহাক মীদুগা ৱারী অমুক্তা শাম্নজখিগে।

ঐনা খোল তপ্না হায়।

— কুইবদি য়ারোইনে। সিগুম্বা থবক অসি খক তৌরম্নুনে। অমনা অমবু মশাগী কান্ননবা হাৎতোক্নরবা মতমসিদা মীগী খনবা অপঙ তাবনি। মী মশক খঙবা য়াম্না লুরবনি।

ৱা ঙাংগনখিদ্রবা ইকজিক্যুটিব ইঞ্জিন্যার অদুনা ব্রঙ ব্রঙ হায়থরকই। তৌববুদি ঐবু নুংশিবিদুনা ঙাংলিবনি। অদুবু ঐহাক তাবা পাম্লক্তরে। ঙৈহাক লেপ্লিঙৈদুদা কাদুদগী তুমীন থোরক্লে।

ঐখোয়গী কাদা চঙদুনা চৌকিদা ফমথৈ। টেবলদা পাক্লা শন্দোক্তুনা লৈরিবা য়েকপা তম্থায় হেঞ্জিল্লক্লবা দ্রোইং অদুদা ঙৈহাক য়েংই। খোয়দৌ সুম শাউগৎলকই। লৈই অমফাওবা চিংলুদনা দ্রোইং অদু কোনশীন্দুনা উপু মনুংদা হাপচিল্লম্লগা কেরানীশিংগী ফমফম কাদা

চঙদুনা ঐগী কোপী অদু লৌরগা ওফিসতগী থোরক্লে। কৈশামপাৎকী বস পার্কিং তম্না।

অতিয়া নোংনা পুম্মম মম্মী। ঙসাইমখৈ ওমচাকনরম্বনি। নোং তারমদাইগী অঙ্গৈংবা নুংশিৎ খরা খরা শিৎপা হৌরক্লে। অদুবু হকচাংসি ঈংঙু হায়বা য়াদে। হেন্না হেন্নদুম শাগৎলকপগুম তৌই। চৎনা চৎনা অমুকসু খল্লকই — ঐগী পীকখ্রবা তলব অসিনা ঐগী নুপী, ইচা মরিগী শেংপা চাবা মহৈ-মশিং তম্বা ফাওবা মনিং থুংহনবা ঙমদ্রিঙেসিদা তলবতগী লুপা লীশীং অমা চামঙা-চামঙা ককপা। ইকজিক্যুটিব ইঞ্জিন্যারনা ঙাংহৌবশিং অদু নাকোংদা হৌজিক্তমক তারকই।

কৈশামপাৎকী বস পার্কিং য়ৌবগা অহানবা থাগদবা বস অমদা কাখৎলি। থোঙনাও ময়াদা ফম্মী। ঘড়ী য়েংবদা পুং অনী তারে। বস অদুনা হেক চৎপা হৌবগা নোংসু কম্না চুথবা হৌরকই। নোং হাইজিল্লক্তুনা মিংশেল চিংশিল্লগা সিটতা কোক ঙাথদুনা মপোপ চাউনা তারিবা নোং অদুদা য়েংই। য়েংনা য়েংনো ইতৈমা তোম্বী মীৎমাঙদা উরকই।

পুক্সীসিদা থেংনরক্কনি খল্লুদবা কয়ানি য়েংনরিবা-তিন্নরিবা। কয়ামনা কায়নখি। কায়নগনি খন্দনা অনৌবা কয়ামা নুংশিননা তিন্নৈ। অসুন্না পুক্সীগী তমঙমদবা খোঙচৎ অসিগী তাংকক অমদা ইতৈমা তোম্বীগা শকখঙনখি। ইতৈমা তোম্বী লমাংদোং কৈথেনদা দুকান চাউনা ফম্মী। হরাই চেংবাই, থুম থাউদগীনা চুরূপ, বিড়ি, ক্বা ফাওবা য়োল্লি। ওফিস কারকপদা বসতগী কুমথবগা চুরূপ ক্বা মাগী দুকান্দগী হেক হেক লৈ। ওফিসতগী হল্লমদাইদা দুকান মমাংগী ফানশাং অদুদা ফমদুনা বস ঙাইথোক ঙাইশিন তৌই। মতম পুম্বদা মকা লান্না নোকমি নোকমিদা তৌবা মীকৌ মীরাক ফবা ইতৈমা তোম্বীগা শকখঙনবদা মতম কুইনা চঙখিদে। অদুগীসু মথক্তা মাগী মপুরোইবা তা-ইবোহলসু ঐখোয়গী ওফিসতা থিকা খরা খরা তৌই। অদুনা নকশিন্ননা তিন্নখি। মী হায়বসি তিন্নখ্রবদি নুংশিনবগী লিপুন অমনা হেক্তা পুনশিল্লি। লমাংদোংদা ত্রান্সফর লাকপা ইকুই কুইদনা ইমুং মনুংগুম তিন্নখি। ফাগী-জোগাই তৌনৈ। নোংমা ইতৈমা তোম্বীনা নোক্তুনা ঐঙোন্দা হায়,

— কুঞ্জো, নখোয় তা-ইবোহলদু থিকাদার সাহেবনিনা ওফিসকী মৌনহা লৈশাবীশিংদা কলেজাদা খরচকা য়াম তৌই হায়না?

— তৌবনি। ইতৈমা নঙ চেকশিনজৌকো।

ঐসু নোক্তুনা খুম্মী। ঐহাক খঙঙি তা-ইবোহলনা ইতৈমাবু য়ান্না লুনা তৌই। মশক মতৌ ফজবী নোকপদা তঙাঙ-তঙাঙবা খজাই অনীদু কুৎশিনবী ইতৈমাবু। মচা অহুমদু চাউরবনি অদুবু হৌজিক্তা পাখং লৈশাবীগুম্না কোৎচি কোৎনদুনা ঙাংনবা কয়া ঐহাক তাখ্রবনি। কনাগুম্বা অউবনা মমীৎ নারমগনি — অদুবু ঐদি কল্লকখি। মখোয়গী নুংশিননা নুংঙাইনা হিংবা পুক্সীদুদা। ইতৈমসু খুন্নকই,

— তৌজসনুদা। কৈসু খন্দেদা। নহা খরা ওইথোক্লম্বা ফৈ হায়রিবনি। দুকান ফম্লগা অহল ওইশিন্নবনি।

অদুদগী থৱাই তানা নোকই। হৌজিক্তা ইনখৎলক্লিবি নুপীমচাগুম ঈথক হৌরদুনা।

বস কন্দক্তর নুপামচাদুনা ভারা থৌরকপদুদা তুম্লুবগুম ঐহাক মীৎকপ খঙথোক থোকই। ওইনাম হেন্দোক্লমলে। নোংজুথাগী নোংসু পাক হাংলরোইদবা মতাগুম কন্না চুরি। পাক্লবা লৌবুকশিংদা শারেপ ফারক্লবা অশংবা ফৌনাশিংদা নোংনা য়ৈবদু মীৎকুপ খরদং য়েংলুই। হৌজিক্তি পুক্লিংদা শাউনিংলম্বা ওমচাক্লরম্বা পুন্নমক ঈংথপ্লবগুমসু তৌই। কমদৌননো খঙদে।

নোংমা ইতৈমা তোম্বীগা তা-ইবোহলগা ওফিসতা ঐগী ইনাক্তা লাকখি। ইতৈমা তোম্বী য়াওরকপদা ঐহাক ইঙক ঙকই। মফি-মরোলসু নান্না শেৎ চারি।

— কুঞ্জো, নহাক সোই অমত্তা তৌদবা য়াদ্রে।

হায়না হায়না লোনগী ফোর্ম অমা পীশিল্লকই। সিউরিটি ওইনবনি। অদুবু হংই,

— করিগী চেনোনে?

— ঙারী নম্বগী লোন লৌগে তৌবনি। ঐগী মিংদনি। নখোয় তাদগীদি ব্রিক ফার্মগী ওইনা থাবা তারে। অতোপ্পা মী অমদা সোই খরা তৌবিয়ু হায়নরম্বনি। সরকারগী থবক তৌবা মী হায়বসিদা লুখরে। চেকশিল্লগা ঐখোয়গী মী হায়ববু নঙ নত্তনা লৈরমদরে।

ইতৈমানা নোক্তুনা অমুক হায়রকই।

— শেন অসি তানবগী পেনবা লৈত্তেনকো। লাখপতি অমুক্তংদি ওইগে খল্লেনে।

ঐনা অশেংবদা ফাগী ওইনা তাশিন্দুনা হায়।

— করিনোনে কুঞ্জো, শেলবু ওকপা নাইব্রনে? খঙদে। থেঙপ্রে - ওফিসতা ঙসি থাগৎকদবনি। ইনাওসিদি কিরন্নুদা।

ঐহাক তশেংনা কিদে। শেলফম অসিদি মখোয়না লায়না শিংবা ঙমগনি হায়বা ঐহাক থাজে।

— ইতৈমবু ঐনা করিগী কিগদৌরিবা? নোংমা ফাদোক ঐসু ভিক্ষা নিবা লাক্কদৌরিববো।

— ইনাওগীদি ঐখোয় লৈরিসিদি।

ইতৈমনা অমুকসু থৱাই তানা নোক্তুনা খুম্নকই। ঐসু নোকই। তা-ইবোহলদি নোকপদগী হেন্না করিমত্তা ঙাংদে। ইতৈমনা হায়রবদি লোইরে খনগুম তৌই। ঐহাক সোই তৌশিল্লি। ডি.ডি.ও. গী সোইসু ঐনা লৌরুই। চাগা থকসি য়াদবমখৈ চেদু পীবা থেঙপ্রে হায়দুনা হাথু

হাথু চৎখি। ঐহাক করিসু খন্দনা ওফিসকী থবক শুদুনা লৈহৌই।

ইকুই কুইদনা লোন অনীমক ফাওরে হায়দুনা ইতৈমনা হরাওনা ঐঙোন্দা তম্মী। তৌবুল লম্বীদা লৈবা লৌ পরী অনীদু চেক্কোন ওহোকলে হায়। তা-ইবোহল থিকা তৌরম্বগা তোক্তুনা চেক্কোন শেম্বদা থবক চিনখি। মশক ইউ উবা ফংখিদে। থা মঙা তরুক্কী মতুংদা নোংমা তা-ইবোহলনা হায়খি,

— কুঞ্জো, মীঙোন্দা থিকা তৌবগী হায়জ চৎচ তৌবগী মহুত্তা মসিনা ফরে, চ্যেক মৈ ঈকপা হৌবদা মঙায়রি। চেককী এদভান্স পীবা য়াম' লাকখরে। লোনগী পৈশাসু শিংবা হৌরে।

ইতৈমনা নোংমসু চেক্কোনগী পুখ্রীদগী ফাবনি হায়দুনা চাউরবা ঙা অমসু পীরকখি। ঐবু চেক্কোন্দু অমুক্তা য়েংবা চৎলুনবা মথ্বায় য়াওনা হায়। অদুবু ঐনা তয়াং তয়াং খুম্মী — নোংমা চৎকে। অদুবু ফরক ইতা তাদুনা ঐহাক চৎখিদে। অদুদগী ইকুই কুইদনা ঐহাকসু ট্রান্সফর ওর্দর থোক্নে ইম্ফালদা। চহী তরুক্কী মমাঙগী বানী। কুইরবগী তুংদা ঙসিদি খৎনগে খন্না লাকপনি। অরোইবা বা অমত্তংদি ঙাংনগে। ঈংথরুরবা থম্মোয় অমুক শাউনিংবা হৌরকই। ঐবু উশিত্তবা অপঙবনি খনবা মাল্লি।

লমাংদোংদা বস অদু হেক খাম্বগা নোং মরক্তা চোৎনা চোৎনা ইতৈমা তোম্বীগী দুকানলোমদা চঙশিল্লি। ঐনা ইচোৎ চোৎনা চঙলকপদু ইতৈমনা উদে। মহাক খু-য়ুম শারগা মমায় লুকথদুনা গাদীদা তাশীন্দুনা ফল্লি।

— ইতৈমা তাদদি?

ঐনা খোল খরা বাংলপ হংই। মমায় থাঙ্গৎতুনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকই। শকফম অদু য়াম্না হোংলম্লে। মখজাই অদু ঈ থাংবগী মহুৎ তাইফেৎ তাই। চায়রূংসু ময়েং তাই। ময়াংসু কংথরম্লে। অনাবা শকফমগুম্মী। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা নোকলকই। মতম অমগী খুৎনোক্তু নত্তে।

— হায়মা! কুঞ্জোনিনহে। নশক্কা খঙলুদরে। উদা কুইরে কদায় চৎলুবনো?

— থওইনা সিদা লাকপনি। তা-ইবোহলদি?

ঐহাক্লা অমুকসু হংই।

— মহাক্তি সিদা লৈতবা কুইরে। ঙাইখো খুদৈ পুথোরকখিগে, ইচোৎ চোৎলেনে।

হায়না হায়না ইমুংদা চঙলুরগা খুদৈ অমা পুথোরক্তুনা পী। অমুক মখা তারকই,

— অঙাংশিংগা অমত্তা লৈতে। স্কুল কাপ্তি। ঐ চা লোল্লকে।

— চাগা অমত্তা থক্লরোই। বারী খরা শাম্নবা লাকপনি।

শাওবা হম্বদ্রিঙৈদা বা খরা হায়হৌগে খন্দুনা ঐহাক্লা হায়। চা লোনবা চঙবগী মহুৎ

গাদীদা কাখৎতুনা ঐগী নাকন্দা ফমলকই। হৌজিক্তি শকফম হঞ্জিনখরে। নোকখিদরে। অতিয়াদা লৈরিবা নোংগী মপৈগা পাংখক ওইরকই। ঐনা মখা তাদ্রিঙে মহাক্না হায়রকই,

— নঙ য়াম্না শাউরম্লগনি। নঙনা লাকপগী মরম ঐহাক খংঙি।

— হন্দক্কি মতাংসি ইইতৈমহোয়বু ঐ য়াম ৱারৌই।

ঐসু অশেংবদু খুম্মী। ঙৈহাক তুমীন লৈখি। মমীৎ অদু মখোঙদা য়েংলিবগুম তৌই। লুকথৈ। তপ্না হায়রকই,

— কুঞ্জো, নঙবু পোকমীন্নবা ইপ্পাগুম্না ঐ খল্লি। নঙগী খুদোংথীগদবা ঐ তৌবা পামদবনি। ঐ নঙবু উবদা য়াম ইকায়। নঙ তাদনা অসুন্না তৌরক্কনি হায়বা ঐহাক থাজখিদে। মপি তৈথোকখিবগুম তৌই। অরোইবদা মখোলসু খরা নীকখি। ইখঙ খঙহৌদনা ঐসু শাউনিংলম্বা হস্থরকপগুম তৌই। ইতপ তপ্না হংই,

— তা-ইবোহলবু কৈদৌরবগে?

— ঐ ভাব তাদে, কুঞ্জো। লোনগী শেনফমশিং অদু চেক্কোন তৌবদা লোইনা থাদখি। চহী অহুমলোমদি য়াম্না কান্নখি। ফৌ থাবগী মহুৎ চেক অমসুং ঙানা হেন্না শেম্থোক লৈখি।

অমুক তুমীন লৈখি। ঙৈহাক লৈরগা মখা তারকই,

— শেলবু পায়রক্লবদি শাজৎ লিচৎ হেক্তা হোংনরিবসিবু করিগীনো খঙদে। থক্রমদবা য়ু থক্কৎলকই। নোংমা নোংমগী খরচ তৌবা হেঙ্গৎলকই। মদুফাওবা ঐহাক করিমত্তা হায়জদে . . . খরা লৈরগদি চেক্কোন্দা থবক শুবা য়াওরম্বী মৌনহা অমগা পান্নদুনা য়ুমদা হল্লকখিদে। নঙসু খল্লু ঐগী ফিবম করি ওইগদগে? ঐহাক পুক্নিং য়াম্না নুংশিখি - শাউনিংখি। মহাক্না মদুফাওবদি তৌরক্কনি থাজখিদে - ইচাশিং চাউরক্লবা মতমসিদা। কনাগুম্বা ওইরবদি লাঞ্জাও অমা থোকলগদবনি। অদুবু ঐ খাঙঙি... মীগী মমাংদা ইকায়দুনা। ইতোমতা থেমজিনজে — কয়াম কুইনবু মখোয় অনী লৈমিন্নগদগে? য়ুম পানগদবা নুপী নত্তে। হায়না হায়না চহীদুদগী চেক্কোলদা চেক শাখিদ্রে। চেক্কোনগী মৈ মুৎখরে। মখূত্তা পায়রম্বা শেল তুমখ্রবা মতমদদি নুপীদুনা থাদোরক্লে।

ইক্লিবা মফি অদুনা মমায় মমীৎ নাম্থোক্লগা অমুক মখা তারকই,

— অদুদগী য়ুমদা চঙলকখিদে। ঐগী মাঙদা ইকায়বরা খঙদে। চেক্কোনগী লৌফমদু বন্ধান থমলম্লগা মোরেদা উ কারবার তৌগনি হায়দুনা চৎখিবা চহী ফাজিল্লক্কদৌরে। ঐনা হায়বদি মানা য়ুমদা চঙলক্তুনা লৈরবদা কনানা করি হায়গনি? মাগী ময়ুমনিদনা। মচাশিং লৈরিদনা। নুপানি ঙাওবা মখৈ ঙাওরম্বগা হঞ্জিল্লকপদা ঐনা কয়াম কুইনা শাউবা ঙমগনি।

অমুকসু শুৎ শুৎ তৌরকই। ঐহাক করিনুংগী লাকচরুরবনো খল্লকই। তৌফম খঙদে। নুংসু নুংঙাইতে। ইতৈমগী মতৌদুদা। মনাক্তা কুইনা ফম্বা ঙম্নক্তে। হৌগৎতুনা গাদী

ময়াদুদা লেপই।

— কুঞ্জো, ঐ তৌবিমল খঙদবী নুপী নত্তে। ইনাওগী লমন তোল্লি হায়বা ঐ খঙই। ঐহাক চেক্কোনগী লমদু হন্দোক্কে খন্দুনা পৈশা খরা খরা তুংশিনবনি। অদুনা, দুকানগী পোৎকা অমত্তা হাপ্পা ঙমদ্রবনি।

ঙসাই মখৈ য়েংবু য়েংলুদে — অদুক চাউখ্রবা পোৎনা পীক থল্লম্বা দুকানদু ইহাঙ হাঙলি।

— ঐগী  অউনলৌসু মদুদা য়াওরিবনি। চেক্কোনদি অমুক নঙ তাদা হল্লক্লবসু তৌররোই। মফমদু নরকনি। য়োনগনি। বারসু বানা থা খরদদি খাঙমিন্নখিসি। নতৈমবু রারৌনু।

ঐঙোন্দা য়েংখৎতুনা ইতৈমনা হায়রকই। হন্দক্তি শকফম অদু ঙসাইমখৈদগী পুমহোং হোংখি। কপখিদরে। মায়থোংদু নুংগুম্না কনশিনখি। ঐহাক খুমদে। করি খুমগদগে হায়বসু খনফম খঙদে। তাঞ্জাদুদা  ইম্ফাল হায়গৎকদবা বস অমা দুকান মপাদুদা খামলৈ।

— ঐ বসসিদা য়াওখ্রগে।

— ঙায়খোনে নঙবু করিনোমত্তদি চামিন্নখিসি।

হায়না হায়না ইতৈমা তোম্বী তফিং তফিং গাদীদগী কুমথরকই।

— নোংমা লাক্কে।

মসিতং খুম্লম্লগা নোং মরক্তুদা চেনবোই করিওই বসতা কাখৎলি। থোঙনাও ময়াদা চঙশিন্দুনা ফম্মী। বস অদু থারকই চেনবা হেক হৌরকপগা দুকানলোমদা য়েংলুই।

ইতৈমদু দারী মপান্দা উয়ুংগুম্না লেপ্তুনা জুরি তাফমদা কদায়দনোমা য়েংদুনা লৈহৌরি। অদুদগী অসুম লাপথোকখি, মশক উখিদে। ঐহাক ফুরিৎখাওদগী চে অদু তপ্পা লৌথোক্তুনা মচেৎ মচেৎ শেগায়। থোঙনাওগী মিংশেল হাংদোক্তুনা নোং মরক্তুদা হুন্দোকখি। অমুক মিংশেল থিংজিল্লি। সিটতা ঙাথদুনা মীৎ উইশিল্লি।

## মংশাথৈগী মঙ

মংশাথৈ তুম্বা য়াদে। মীৎ উইশিল্লবসু উইশিন্দ্রবসু লানগী মঙ মঙণ্ডি। চাকখুমদা চাউরবা উরু অনীখক ঙাঙশং ঙাঙনা মৈরী খজিক্তং থোক্তুনা চাক্লিবা অদু নত্তনা মৈ অমত্তা থান্দে। পূম্মম মম্বা ইমুংদুদা মঙাল অদু লংত্রিক লংনা উই। অরুংবা মঙাল অদু নত্তনা অতৈ করিমত্তা উদে। মাগী নাকন্দা হীপ্লিবা মাগী নুপীদুফাওবা ময়েক শেংনা উবা ফংদে। মপান্দসু পূম্মম মম্মী। খুনগী য়ুমশিং অদুসু অমত্তা নীংথিনা উদে। মী অমত্তা লৈতবগুম পুমচীক চীকই। হুয় হৌদোংফাও খোংদে — চীংমায়শিংদা কৌজেং হারৌনা খোংবো নত্তনা। মংশাথৈ লানগী মঙ মঙবা পামদে। লান নত্তবা অতোপ্পা মঙ অমা মঙনবা মমীৎ উইশিল্লি।

— তুম্লবরা ?

খুতিংলানা ইখং খংনা হায়রকই। শরদ্ধ ঙাক্তা ঙায়রবা খুৎশাশিং অদুনা মঙোন্দা মারকই।

— কৈদৌরে ?

— লাঙবগী মখোল অমা তাবরা ?

— তাদেদা, নঙনা পংখন্দা খনবা ওইরমগনি। তুম্লুরব্রা ?

— তুমদে। খঙদে - তুমবরা ? ষ্টেফেন্দুবু কমদৌরমগদগে ?

— খনগনুদা। মতোমতসু নত্তে। খুনগী পাখঙ অদুক য়াম্লিববো ?

অমুক তুমীন লৈখি। খুতিংলাদু মশুনুপা ষ্টেফেনগী মরমদা খল্লিবরা — মহাক খঙদে। খুনগী গেটতা পালি তাদুনা খুন শঙনবা লেকপা চৎখিবনি। মংশাথৈ মপুক্লিংদা চিংনরক্তুনা মনা থাঙ্গৎতুনা তায়। করিগুম্বা মীগী মখোল অমত্তা তাদে। খুতিংলাদা হায়রকই,

— তুম্লো। অহীং অসে থেঙলে। যিশুবু নীংশিংউ।

মপুক্লিংদদি 'লৈশি, তুম্লো' হায়জবনি। অদুবু 'লৈশি' হায়বা ৱাহৈদু চহী মতাংদুদা মচিনদগী থোরকপা ঙমদে। খুতিংলা করিমত্তা খুল্লক্তে। মংশাথৈসু মখা তাদে। যিশু ? করিগীনো মহাক্না হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রিবা ? মমীৎ অমুক উইশিল্লি। লম্মৈ চাকপগুম খুনগী য়ুমশিং অদুনা মৈরী ৱাংনা চাকপা — নুপী অঙাংশিংনো কপ্পা লাউনদুনা কোয়চেন চেনবা মঙলা তাইবঙলা খঙদনা মমীত্তা উরকই। মমীৎ অমুক পাঙথোকই। স্বর শাংনা হোল্লগা ফক্লাংলোমদা অমুক চেপই। অহোবদা য়েংই। পূম্মম মম্বা মপান্দা। মুশিন মুশিন মুনা মশেন-মরাং খরা খরা উরিবা য়ুমশিংদা মুল্লা য়েংই।

সংসকতা অসুম লৈরম্নবদি অকিবা অসি লৈরমগদ্রা? সংসক? সংসক খুনবু মমীংতা উরকই। অমুক লানগী মঙ।

মংশাথৈ মতমদুদা চহী তরা খরতমক হেল্লমখিগনি। মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা মহাক্কী মপা মাথৈবু মীপুম খুদীংনা ইকায় খুম্নে। চাবা থকপা বাৎতবা — ইজ্জৎ লৈরবা ইমুংদুদা চাউরকপা মংশাথৈ অকিবা য়াওদনা চীংমায়শিংদা, থেনশিংদা মমান্নবশিংগা চেন-চোংদুনা শান্নজরকই। লৌরোক পাম্বা লোইরগা, থাবলনা লুপা মহীগুম চেম্থরবা খুনগী লম্পাক্তা অহীং তাংলৌ অথেংবফাওবা মৈ চাওনা থাদুনা অকোয়বদা পাখঙ-লৈশাবীশিংনা মৈ তীক্ল-তীক্লা ঈশৈ শকপা — মহাকসু পাখঙ ফানিংখি। লুইরাগী কুম্মে ৱানা ঙাইজে।

ইখঙ খঙহৌদনা নুংঙাইবা পূম্নমক মাঙখি। মানা পামজবা লোঙরাগী কুম্মে তৌখিদরে। খুনগী অঙাংশিং চেন-চোংদুনা শান্নখিদরে। নুপী নুপা হরাও-তয়াম্না জগোয় শাখিদরে। অহীং চুপ্পা চীংমায় অমদগী চীংমায় অমদা খোম্বাং য়ৈনা শক্রুম্বা ঈশৈ তাখিদরে। লূরবা ঈশিংখোংদা লৈশাবী মৌনহাশিংনা শান্ন-শান্নদুনা ইরুজরম্বা, ঈশিং শোক্রুম্বা তোকখরে। খঙহৌদনা ওইরক্লিবা অহোংবসে মংশাথৈ করিমত্তা ভাব তাবা ঙমদে। নোংমতা মায়থোং শুকথখিদ্রিবা মপা মাথৈগী শকফমসু খরা হোংবগুম তৌই। খুনগী অহলশিংসু ইশুক শুকথৈ, ৱা ইঙাং ঙাংখিদ্রে। অয়ুক নুমিদাং খুল্লাকপগী য়ুমদা হেক হেক খুনগী নুপাশিং, অহলশিং চিবোন চিবোন ৱা তান্নবা মংশাথৈ উই। ইকুই কুইদনা মংশাথৈ অহোংবশিং অসিগী মরম খরা খঙলকপগুম তৌই।

মমঙদফাওবা অমুক্তা উখিদ্রিবা কদায়দগী লাকপনো খঙদবা মীওই কয়া খুনদা লাকপা উরকই। শকফমসু ফিজেৎসু পূমতোপ তোপ্পা মীশিং অদু উবদা মংশাথৈ অকিবা পোকই। খুনগী য়ুম খুদীং চঙদুনা ওক, য়েন, চেঙ-চাক নম নমদুনা পুখি। কনামত্তসু ৱা ঙাংবা ঙমদে। তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈহৌই। নুপী অঙাংশিংদি মখোয় লাকপদা কোয়চেন চেম্নে। মংশাথৈনা অমুক্কা হেন্না ঙক্লিবদি মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা মহাক্কী মপাগী মায়থোংদা ফাওবা অকিবগী মমি তাবদুনি। খুললাকপগী মথংদা খ্বাইদগী মচিন চৎপা মপাদু ফাওবা করিমত্তা ৱা ঙাংবা ঙমজদনা লৈহৌই।

শংবান্নবা চীংমায়শিং, থেলশিং, উপাল-ৱাপালশিংগা শম্নরিবা অতিয়াদা মহৌশাগী ওইবা অচীকপা পূম্নমক মাঙখি। হৌর হৌরবা মখোলশিং চীংমায় অমদগী চীংমায় অমদা খোম্বাং য়ৈনা অহীং-নুংথিল নাইদনা তাবা হৌরকই। লৈবাক অসে নীকই। অতিয়াদসু মখোল হৌরবা অরংবা উচেক কয়া তোয়না তোয়না পাইরকই। মংশাথৈ ঙক্লা য়েংই। অকিবা ফাওই। মঙনি।

পূম্মম মম্লবা অহীং অমদা মপাদা চেৎনা কোল্লদুনা মংশাথৈনা হংই,

— মখোল অসিবু করিনো?

— নোংমৈ কাপ্পরিবনি। লান শোক্লবনি।

— কনা কনা লান শোক্লরিবা?

— জাপানগা সাহেবকা।

মংশাথৈ সাহেবপুদি খঙই। ঋাং চাওবা কুচু ঙাঙশং ঙাঙবা, মকোক ঙৌবা সাহেবশিংদি মহাক উদুনতা লাক্লবনি। মহাক অমুক্কা হেন্না ঙকই। মহাক্কা খঞ্জে — সাহেব-শিংদি ষিগুগী মপাউ পুবনি। লাইনিংবসু লান তৌরবা? মহাক ইঙক ঙকই। অদুবু হংদে।

— সিদদি মখোয়দি মফম ইরৈ লৈতবদৌনা করিগী লান শোক্লররিবা?

— কনানা খঙগনি।

— ঐখোয়দি শিরোইদ্রা?

— কৈসু তৌরোই। তূম্লো।

মপানা চেৎনা কোনশিল্লকই। মংশাথৈ মখা তাদরে। মমীৎ উইশিন্দুনা মপানা লিবীখিবা মী মকোক ককপগী লানশিং ভাবনা সাগত্তুনা মঙ মঙঙি। তূমদনা লানগী মঙ।

— হংমিলা?

মপানা মমাদা তপ্না কৌবা মখোল তায়। তূমখ্রবোই নীংবনি। মঙফাওনৈ।

— করিনো? করি তৌরে?

— লান অসি কনগদৌরি। ঐখোয় লাঙ্জেল্লসি।

— কদায়দা? ইখুন থাদোক্লগা কদায়দা চেনগনি?

— য়াইঙংপোকপী ময়াদা। ঐখোয় সিদা সুম লৈরবদি শিবা তাবনি। চানিংঙাইসু লৈতরে।

— মফমদুদা লাঞ্জেল্লগা চাবা ফংগদ্রা? হিংগদ্রা? ঐদি পামদে। শিবা তারবসু ইখুন্দা শিগনি।

মংশাথৈসু মখুন থাদোকপগী ৱা পল্লকপদা কপনিংলকই। চীংমায়, খেল, ঈশিং-খোং— অমমম্তা ওইনা মমীৎতা উরকই। মমান্নবশিং নীংশিংলকই।

লেপ্পা লৈতনা হৌর হৌরবা মখোলশিং নাকোং চেৎখায়গদবা মখৈ খুন মনুংদা তারকই। নুপী অঙাংশিংগী কপ্পা লাউনবগী মখোল তারকই। মংশাথৈবু কোল্লম্বা মখূৎ থাদোক্তুনা মাথৈ ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি। ইমুংদগী থোকখি। অমুক ফিংনা চঙলক্তুনা হায়রৈ,

— হংমিলা, হৌগৎলু। ফি য়োমশিল্লু।

মঙনি। মংশাথৈদদি অমুক্তা মঙখিদ্রিবা তমথিবা মঙনি। মপাগী মখূৎ পায়দুনা পঙচেন্দা চেল্লি। তুং হন্না য়েংবদা উরি — খুনগী য়ুম কয়া মৈনা চাক্লি। অয়ুক নুংথিলগুম্না পুমঙাল

ঙাল্লি। মীশিংনা কোয়চেল চেন্নরি। কপ্পা-লাউনরি। কয়ামসু লম্বীদা তা তাদুনা লৈহৌরি। মংশাথৈ কপ্পা কপ্পা চেল্লি। স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা...।

মংশাথৈ স্বর শাংনা হোল্লি। মমীৎ পাঙথোকই।

— খুতিংলা?

— হুম।

করিগীদমক খুতিংলাবু কৌরুরিবনো হায়বা মহাক খঙদে।

— করিগীনো অসুক থেঙলবা ফাওবা তুমদ্রিবা?

— খঙদে। তুম্বা য়াদে। অদুগা তুম্বা তুমদবা করিবু খেন্নবগে?

মংশাথৈ খল্লকই — খুতিংলাসু লানগী মঙ মঙবরা? মঙফম থোকই। মতমসিদবু কনানবু নুংঙাইনা তুল্লিবগে? করম্বা মতমদা চনীং তানা স্বর অসি হোনবা ঙমগদগে? অমুকসু স্বর শাংনা হোল্লি।

— ষ্টেফেন্দো? ঐখোয়গী হায়ববু মা মতোমতনি।

শ্রু শ্রু নৈশিনখি। খুতিংলা মখা তারকখিদে। তুমীন লৈখি। মানি। ঐখোয়গী হায়ববু মা মথন্তনি। মরাইবকসু কয়াদা থীগ্রবা। নুমীৎ অদো মমাগা মপাগা পামদা চৎখিবনি। মনা-মশিং থাবা। অদুবু নুমিদাংবাইদা পাউ তাখি — কাপ্পুনা হাৎলম্বগী। থাজখিদে। য়াম্না থাজখিদে, তগৎ তগৎ তেক্লা নোক্কুনা মতৈ-মনাও চৎখিবনি। শিগনি হায়বা খন্দনা। মসিবু করম্বা লান্নো? মঙনি। মসি তশেংনা মঙনি।

মংশাথৈ মপি তারকই। তৈথোক্তে। চুবাদগী নাকোং ময়া, অদুদগী বাচেৎকী কাংথক মথক্তা থারিবা ফিগী মথক্তা পিগী মরিকশিংনা তাখি। হৌজিক্তি লানফম অসিদা মচাগা মমৌগনা মশুবু মখোয়দা শিন্নরম্লে।

— ঈগী লমন ঈনা শিংগনি। ইমা ইপা হাৎখিবশিংদু ঐহাক হাৎকনি। ঐহাক লমন শিংগনি।

— কনাদনো নঙনা শিংগদৌরিবা লমন অসিবু? নঙবু মশক খঙহৌবরা? মখোয়বু মশক উহৌবরা?

— মশক উহৌদ্রবসু কনাদা লমন শিংগদগে হায়বা ঐহাক খঙই।

— ষ্টেফেন, অদুদি লান অসি লোইদবা তারি। মরাল লৈতবা মী কয়া শিখিবা তারি। য়ুম কয়া মৈ থাখিবা তারি।

মংশাথৈ মশুদা য়াম্না তপ্না হংই। ষ্টেফেন খুন্নকখিদরে। অদুদগী নোংমৈ লেংথোং নারদুনা তুমীন্না থোকখি।

মংশাথৈ অমুক য়াওল্লি। ফক্লাংলোমদা মমায় ওনশিল্লি। অমুক মমীৎ উইশিল্লি। মংশাথৈ মনাকোংদা লানগী ঈশৈ তারকপগুম তৌই।

মাথৈ মশা পুম্বা ঈনা পুমতৈ তৈরদুনা মীগী অককপা মকোক অমা পায়রদুনা খুন তম্না চেল্লক্লি। খাক্লা খাক্লা নোকলি। অমুকসু নোকপা লেপ্তুনা মশা য়াওদ্রবা কোক অদুদা খানা য়েংলগা লাউরি,

— অশি লমদমদা নঙনা ঐগী মীনাই ওইরগনি। নঙ ঐবু হেক হেক শীংনবা... হৌজিক শীংনখোদনা। হংমিলা... য়েক্লবগী মকোক পুরক্লে।

খুনগী থোঙ্গান্দা ময়াম্না মাবু হরাও তয়াম্না ওক্লি। হংমিলা নোক্লি। চাওথোকচবগা লোয়ননা থম্মোয় মকা লাম্না। মাথৈনা খুনগী থোঙ্গান্দা হৌরিবা উদুগী মথক্তা অককপা মকোক অদু য়ানশিল্লি। খুনগী নুপী নুপা অঙাং খাক্তনা জগোয় শারকই। ঈশৈ শক্লি, মাথৈবু ইকোয় কোয়শিল্লদুনা। মহাক্লা ময়ায়দা চাউথোক্লা লেপলি। খুল্লাকপনা মাথৈবু চেৎনা কোল্লি। ময়াম মরক্তগী হংমিলাবু কৌথোক্তুনা মাথৈগা মখুৎ পায়নহল্লি।

লৌরোক পাম্বা হেক লোইবগা চীংমায় ৱাংমা ৱাংমগী খুন অনী অকনবা লান শোক্লরকই। থাং-তা চুঙ্গোয়গী অকনবা লান। মকোক য়াওদবা অশিবা হকচাং কয়ানা তা-তাদুনা লৈরি। লানগী লাল্লাউনা চীংমায়শিং পুন্নিল নিল্লি। কন-থৌরবা, লানফমদা মায় পাক্লবা মাথৈ অমুকসু নোক-নোক্তুনা হংমিলাগী মমাঙদা লৈপ্লে।

মংশাথৈ অমুকসু মমীৎ পাঙথোকই। মমীৎ পাঙলবসু ফমুংদা মপাঙ্গল শোন্না হিপ্তুনা লৈবা মপাবু মমীত্তা অমুক উবকই। হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমদনা ৱানা শিখিবদু নীংশিংলকই। মহাক খঙখিদে — মপাদু করম্বা লানগী মঙ অমা মঙলগা চৎখিবগে? করম্বা মঙ অমা।

মংশাথৈ অমুক ফক্লাং অহোবদা য়েংই। পুর্ণিমা মতুংগী থানা অতিয়াদা চীংশাং পরেং মতোন্দা তপ্না তপ্না লিংখৎলক্লি। উ-ৱা, য়ুম-কৈ মুশুক মুশুক মুনা লৈরিবদো ময়েক শেংনা উরকপগুম তৌই। ঙাংলি-ঙাংলি তৌবা থা অদুদা মংশাথৈ মুন্না য়েংলকই। অমুক মমীৎতু মশেন-মরাং তৌরকপদগী তপ্না উইশিল্লি। মমীৎ উইশিল্লবসু মঙাল অদুদি অদুম্মক উরি। তুম্বা কন্না থেন্মী।

নোংঙাল্লবরা ঙান্দ্রিবরা খঙদে। মঙলা তাইবঙলা হায়বসু খঙদে। মংশাথৈ মনাকোংদা মশীং লাকঙমদ্রবা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তায়। নুপী অঙাংশিংনা কপ্পা লাউনবগী খোঞ্জেলসু। মমীৎ পাঙলিবরা পাঙদবরা হায়বসু মহাক খঙদে। মঙাল অমদি উবগুম তৌই। চুম্নগী চাকখুমদগী নত্তে। য়ুমথক অদু মৈরী ৱাংনা চাকপগুম তৌরি। মশাদু লেঙ ওৎপা ঙমদে। চৈনা ফাওই। খুতিংলাসু লেঙ-ওৎতনা মঙোন্দা চেৎনা কোন্দুনা লৈরিবগুম তৌই। স্বর ফাওবা হোন্দবমখৈ। কৌগে তৌই — 'লৈশি'। মখনাওদগী খোঞ্জেল অমত্তা থোরক্তে।

মহাক কপনিংলকই,. কপ্পি। কপ্পা কপ্পা মমীৎতু পুম্মম মমশিল্লকই। অঙানবা মচেৎ অমত্তা উদ্রবা অমম্বগী ইরোম্নুংদা অসুম অসুম লুপশিল্লকই।

ঙরাংগুম, নহানগুম, নহানগী মথংগুম নুমীৎনা অতিয়াদা তরু তরু থোক্লি। চীংশাং পরেংশিং, উপাল-রাপালশিং অদুম্মক তুমীন তুমীন হান্নগুম লৈরি। হোংলিবা হায়ববু খুন অদুতনি। ঙরাংতা লৈরম্বা য়ুম কয়া মৈচাকখাক ওইনা তাম্থি ওইনা লৈহৌরে। উচেক রায়ানা, য়েনবারাবনা খোংবগী মহৎ নুপী-অঙাংশিংনা কপ্প-লাউনবগী খোঞ্জেলতনা নিল্লি। তেংথাবগী খোঞ্জেলতমক তায়। হৌখিবা অহীং অদু মঙগুম্না থোকখি।

ষ্টেফেন — মপুবোক অমদি মবোককী অশিবা হকচাং অনীদুদা মুন্না য়েংই। মহাক কপ্তে। ময়াং কংলবা হকচাং অনীদুদা লৈরিবা নোংমৈগী দাকফমশিং অদু য়েংনা য়েংনা — উয়ুংগুম্না লেপ্পুনা — লানগী মঙ মঙঙি।

## লোইদ্রিবা ৱারী

— নশানা য়ানরা নৎত্রগা য়াদনরা ?

পুলিস ওফিসারদুনা অমুক হংলকই। ঙসাইমখৈ ইল্লিবা ফি অদুনা মকোক্তগী চোম্বরপ তৌনা খুল্লদুনা লুকথনা ইকায়বা কয়া ফাজিন্দুনা থানা বাবুনা হংলকপশিংদু তপ্না তপ্না খুম্নম্বনি। হন্দক্কী ৱাহং অদুদদি ইবেথোই মমায় থাঙ্গৎতুনা থানাদুদা শংত্রিক য়েংলকই। শাউনিংবনা হেনখিদুনা কপ্নিংবা অমা ফাওরকই। মপি ইরা চেল্লকই।

— ইবুংঙোনা হংবিরিবা ৱাহং অদুবু করিনো ? মচা মৱা লৈবী নুপীনি হায়বসি খঙবীবা নৎত্রা ? ওক্তবী ওইনা উবিরুরৱা ?

খুনগী মৈরা পাইবীগী সেক্রেটরীনা থানাদুদা ওনশিল্লকই। ঙৈহাক্তং অদুদা য়ৌ য়ৌ তৌদুনা ইরাঙ লাঙনরকই। মচিন খরা য়াংবি নুপী অমনসু লাউশিল্লকই.

— উশিত্তবা মাল্লি। ঐখোয়বু করি ওইনা উবগে ?

পুলিস ওফিসারদু মীৎকুপ খরদি তৌফম খঙদে। অচৌবা ইরাং অমা অমুক্কসু থোরক্লগদ্রা খনবগুম তৌই। থেমজিল্লকই,

— উশিত্তবগী ৱা নৎচদে। জবান লৌদবা য়াদদুনা তৌবনি। মশানা য়াদে হায়বা খঙজৈ। য়াদে হায়না ইজরগে।

অদুক য়ামখ্রবা মীয়াম অদু চেক মোক লাউনখিদে। পুলিস ওফিসারদুনা মোরাদা ফম্না ফম্না করিগুম্বা খরা ইরিবদু ইবেথোই ময়েক শেংনো উই।

ইবেথোই পুন্নমক মঙগুম থোকই। অসুক য়াম্না ইকায়বা নংবা থৌদোক অমা মাগী পুক্নীদা থোকলক্কনি হায়বসি মঙোন্দা তমথীবা মঙ অমনি। করিগুম্বা শোয়দুনা ফাওবা ভাবনা নোংমত্তা শাগৎলুখিদ্রি। মসিদি মীয়াম মমাংদা খোঙ্গোইনবনি। ইবেথোইনা খল্লকই — অমুক হন্না খুন অসিদা মায় থাঙ্গৎপা ঙমখিগদ্রা ? খুনগী মীশিংগী মমাঙদদি লায়রদনা ইপুরোইবগী মমাঙদফাওবা শক উৎপা ঙমখিগদ্রা ? মহাক করি খল্লমগদগে ? ঐবু তুকচ্চগদ্রা ? হান্নগুম্না মতৈ-মনাও অমা ওইবগী মতৌ অদু লৈখিগদ্রা ?

— ইবেম্মা, মীদু মশক উবদা খঙবা ঙমগনিকো ?

পুলিসতুনা অমুক ইবেথোইদা হংলকই।

— ঙমগনি।

ইবেথোইনা শোম্থাংননা খুল্লকই।

— থৌদোক্তু থোকপা মতমদা নুমীৎ তারে নৎত্রা... হান্না খঙনবরা?

অসিগুম্বা ৱাহংসু হংলক্কনি হায়বা ইবেথোই থাজদে। ৱাহং অসি কোচি থাংবগুম তৌই। শুমাং মাঙ্গোল পীক থন্না লৈরিবা নুপী নুপা, অঙাংনুবীশিং তুমীন তুমীন লৈরি। করি খুন্নকপা তাগদবগুম তৌরি। মৈরা পায়বীগী সেক্রেটরী অদুসু হন্দক্তি তুমীন লৈখি।ইবেথোই পাক খুম্বা ঙমদে। খল্লি — খঙনৈ হায়না খুম্বদা করি কায়বগে? মী অমনা মী অমবু খঙনবা য়াদবরা? খঙনৈ।অদুবু মী অমগী লোৎতুনা লৈরিবা পুক্নিংগী ৱাদি ঐহাক খঙদে। ঐনা মীবু, মীওইববু মখোয়গী খজিক্তং অৱাবা নুংঙাইতবা উবদা মিনুংশি মচেৎ অমত্তং উৎনবা অধিকার লৈতবরা? অৱা-অনাগী চৈনা, মমা অমা ওইবগী নুপী অমা ওইবগী থম্মোয়দা করম্না ফাও-রোইদবগে? নুংগুম্বা কল্লু হায়বা য়াদে হায়বা মখোয়না করিগী খঙদ্রিবনো? ঐনা মিনুংশি উৎলুবগী ওন্ন-তৈনবদা অসুক তমথীবা শাজৎ অমা চৎলক্কনি হায়বসিবু ঐনা খনখিবরা?

ইবেথোই মমায় অমুক লুকথরকই। ইখঙ খঙহৌদনা থৌনা খরা ফুদোক্লদুনা খুন্নকই

— মশক খঙঙি, খঙনৈ।

করিগী খঙলোই। মাগী দুকান্দগী ইতৎ তত্তনা মখোয় পোৎ লৈরিবনি। নুপীশিংগী মরক্তগী কনানো অমনা হায়রকপদু অচীকপা অদুদা ইবেথোইসু ময়েক শেংনা তায়। মান্নি। হঞ্জিন হঞ্জিন উবা মীবু করিগী মশক খঙলোই। খুনগী অরোইবা চিদাইদা দুকান মচা অমা তেক্লি তেক্লি ফম্বা ইবেথোইনা কনাসু পোৎ লৈদবা মতমদা— সরক্তা অচৎ-অওক তৌরিব-শিংগা কৌন-খোৎনরিবনি। খঙনা চান্নবশিং তরাম তরাম কৌরিবনি। মহাক নুমীৎ খুদীংগী উই। মখোয়না অয়ুক্তা সোরক মতাইদা পরেং-পরেং চৎখিবদু। অয়ুক নুমীৎনা কোক্তোন কারকপদা — শারবা নুংশাদা — মখোঙ ফাওবা ফুকপা ঙমবোই ঙমদবোই অমুক হল্লকপদা। অহানবদদি ইবেথোই কিদুনা দুকান ফাওবা থোঙ খরা খরা থিংলম্বনি।নুংতিগী উরকপদগী মখোয়সু মীনি খল্লকই। কিরক্তে। নুংশা মরক্তুদা হুমাংনা পুল্লুপ লুপ্লদুনা চোকথনা চৎপদু উরগা ইবেথোই নুংশিবা অমা ফাওই। নহা ওইবা খরদুবুদি মফরে। মপাদগী হেন্না অহল ওইরবশিং অদু উরগা ইবেথোই হেন্না মীনুংশি পোকই। ওঙ্গোক্সা ৱারমগনি খল্লি। অকিবগী মায়থোং অমসু নুপা নহা চৎখিবদা লাকপদা উবগুম তৌই। মখোয়সু শিবা কিরিবনি খল্লি।

— দিদি... ঈশিং খরা থক্কে...।

খরা নহা ওইবা অমা চঙলক্তুনা হায়রৈ।নহা হায়জবতনি।ইবেথোইদদি অহল ওইনবু মমীত্তা উই। ঈশিং পীথকই। য়াম্না খৌরাংনা থকপদু মমীৎ কুপ্তনা য়েংই।

— হৈরকখিগে?

খঙবরা খঙদবরা খঙদে। খুল্লকই— বস। অদুগা শ্বর খরা হোন্দোকপগুম নোকফেৎ তৌরকই। ইবেথোইশু খজিক্তং নোকই। ঈশিং ফাওবা পীথকপা ঙম্মী হায়বগী মতাগুম।

'বিড়ি পীয়ু।' ফুরিৎখাওদগী হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলবা লুপা অনী চৎপী নোট অমা শস্তোরকই। 'ভৈয়াদি মণিপুরী ফজনা খঙলেনে?' 'থোরা থোরা — খঙলে।' অমুক নোক্তুনা খুম্লকই। চৎখি। ময়ামগী মতুং ইনখি। থাপ্লপনা উরিবা লৌবুক্তা শম্লবা — চীংদুম মচাদুগী মথক্তা লৈরিবা কেম্পতু তাম্না।

মমিংদি খঙবরা?

— অমুক পুলিস ওফিসারদুনা হংলকই। ইবেথোই মঙফাওনৈ। তৌরিবসিবু করিনো? ইবেথোইনা খল্লকই। মসিবু করম্বা মখলগী লাইবক্নো? শিনিংলকই। হোল্লিবা শ্বর অসি খঙহৌদনা লেপথোকখ্রবদি পুম্নমক ব্রাই শংলে খল্লকই। ঈশ্বর ইবুংঙো, ঐবু খুদক্তা করিগী লৌশিনবিদ্রিবনো। মমিং হায় বা? ঐদি করিগী খঙগনি? করিগী হংগনি? মাগী মমিংগা ঐগা করি মরী লৈনৈ? মী খুদীংগী মমিং খঙবগী কান্নবা করিনো? ঐহাক হংদে।

— ভৈয়া -অঙাং কয়া শুরে?

— অঙাং? অহুম। মমাগা মখোয় দেশতা লৈরেনে।

— সিদা লৈবা চহী কয়া শুরে?

মখুৎ থেক্তুনা পাই,খুম্লকই।

— চহী নিপাল।

— য়ুমদা অমুকফাও চত্তবরা?

— চহী অহুম শুরে চত্তবা। অঙাং নুংশিরে। চৎনিংই। মনিপুরদা ব্রারেনে। ছুটিশু পীদে।

ইচা অনীদুনা ঙৈহাক্তং মশক উদবদা কোইকৌ কৌরিবনি। শোক- পল্লমগদ্রা নুংশা থী। মপানা নোংমা ফাদোক থেঙলকপদা ইমুংদা লৈবা ঙমদদুনা অমুক অমুক কোম্থোংদা থোক্তুনা য়েংলিবনি। মহাকশু মচাবু নীংশিংলমগনি। ব্রাখল লৈতাবা ঙম্লম্লোই। ঐহাক নুপীনি..... নুপীগী ব্রাখল খঙঙি। য়াম্না ব্রানা লাকপা ঙাইরমগনি। অহীং কয়া মীৎশেং খাঙলমগনি। ইবেথোইনা খল্লি। অমুক হংই

— য়ুমগী নুপীদু নুংশিরক্তরা?

— নুংশিরেনে।

নোক্তুনা খুম্লকই। মখা তারকই।

— মহাক উদনা শিগদরা খল্লেনে।

শিবা? কিফম থোকই। শিবা কিনৈ। অদুনবু সরক্তা নহা অমতং লাকপদা মমীৎতু ওৎ-ওৎতুনা য়েংলিবনি। শিবা কিদবা মীবু লৈবরা? অদুবু লমদমসিগী নহারোলশিংদি? মশিং য়ামখরবা লাম্মীশিং অসিগা লাম্থেংনেরি। শিবগী খন্দনা। কয়ামসু শিপ্রে। উবদা-তাবদা কয়াদা নুংঙাইখিদ্রবা।

ইবেথোই মখোয়গী মখুৎতা পায়রিবা নোংমৈ অদু উরগা শাউনিংখি। অদুবু নোংমা নুংথিল তাল্লক অমদা মহাক্কী দুকান মমাঙমক্তদা সিফাই অমা নোংমৈনা কাপলমই। সরক্কী মতায়দা মীৎকুপ খরগী মমাঙদা চৎলম্বদগী তুথখি। পাখৎখি তফিং তফিং থোঙ থিংজিল্লগা মচা অনীগা মফম খঙদনা পংচেন্দা চেল্লি। অহীং অদু মহাক তুমবা য়াখিদে। খুল্লক্তা ফাওদুনা চেনখিবা তনৌ তনৌরিবা নুপামচা অনীদুসু মমীত্তা উই। পুক্নী অসী ফাগী য়ামনা মাল্লি। তম্বা ঙমদে। মহাক্তুবু শিগনি থাজরমগদ্রা? অহীং অদু তেংথাবগী মখোল অমা ভাবনা মনাকোংদা তাই। মমানা অশিবা হুকচাংদু কোল্লগা কপলিবগুম মমীত্তা উই। ইবেথোই শাউনিংলম্বা খুদীং মাঙখিবগুম তৌই।

— নখোয়সু কিবরনে?

ইবেথোইনা ফাগী ওইনা হংই।

— করিগী কিদনি।

নোক্তুনা খুল্লকই। বিরি লৈরগা নোকফেৎ তৌরম্লগা হনখি। মীওইবা হায়বসি খঙবু খঙনরবদি ইফ ফনরম্মী খলহৌই।

মমিং খঙদে নৎত্রা? ফনা কুইনা খুল্লক্তবদুদা পুলিস ওফিসারদুনা অমুক্কা হংলকই। ইবেথোই হন্দক্তি মমায় থাঙ্গৎলকই। মৈরাশিংদগী থোরক্লিবা মঙাল অদুনা অকোয়বদু পুমঙাল ঙাল্লি। অঙানবদুদা মমায়দু থাঙ্গৎপা ঙম্লক্তে। শাউসু শাউনিংলকই। খোল খরা কল্লপ হন্দক্তি খুল্লকই,

— খঙদে। ঐগী করি থোরক্লদুনা মমিং খঙগদৌরিবনো?'

— উরগা মশক ত্তাকপা ঙমগনিকো?

— ঙমগনি।

পুলিসতু মখা তারকখিদ্রে।

ঙৈহাক্তং অমুক পুমচীক চীকই। অদুবু কুইদে। ইরাং লাংনরকই।

— নুপাদু পুথোরকউ। মতিক চাবা দগুি পীয়ু। ঐখোয় লেম্না তোক্লোই। ঐখোয়বু উশিত্তবা য়ারোই। ময়াম কেম্পতা চৎসে।

মৈরাশিংদু ৱাংনা ৱাংনা অমুক অমুক থাঙ্গৎলকই। মশাদু লৈতাবা ঙম্লক্তে। কনানা করি হায়রিবনো খঙলক্তে। মশাপুম্বা হুমাংনা লুপলকই। খঙনীং নীংশিংলকই মপুরোইববু। ময়াম মরক অসিদা মহাক কদাইৱাইদা লৈরিবগে? করি খল্লিবগে?

মহাকপু মমাই থাঙ্গৎপা ঙম্লমগদ্রা? পীক্লিবা মচা অনীদুনা কৃম্মৈগুম য়েংলমগদ্রা? মহাক খঙদে। খঙনিংদে। ইবেথোই অমুক কপ্পী। খোঞ্জেল থোক্তুনা। মঙদা থোকপগুম। থোকপা নত্তে। মঙনি। মঙফাওননিংবা।

অহীং অসি কয়াম থেঙগ্রবা ইবেথোই খঙদে। খঙনিংবসু পোক্তে। নোং অসি ঙানবীদবা। নুমীৎ থোকপীরক্তবা। মসিনি ইবেথোইনা পামজবা। মমীৎ উইশিল্লবসু উইশিন্দ্রবসু মহাক তূমদে।

নোং ঙানবগা খবরদা য়াওরক্রগনি। অকোয়বদা লৈরিবা খুনশিংগী নুপীশিংনা করিমত্তা খন্দনবা মিনুংশি উৎপিরি। অদুবু পুন্সী অসিদা হক্তুনা লৈহৌরগদবা বদনাম অসিবু ঐগী লাইবক্তগী সমাজ অসিনা মুথৎপীবা ঙম্লগদ্রা? হান্নগী ঐগী শকফমদুমক্তদা উবিবা ঙম্বীগদরা? সমাজদি লায়রদনা ইপুরোইবমক্লা ফাওবা দাগ অসিবু উদবা ঙমগদ্রা? ইবেথোই মপি থিংবা ঙম্লক্তে শ্বর ফূক্লা কপলকই। মখোল থোক্তনবা হোৎনৈ।

থৌদোক অদুগী মতুংদগী মপুরোইবগা ৱারী অমত্তসু ইবেথোই শান্নদ্রি। করিনো খরা হায়নিংবগুম, মিনুংশিগা লোয়ননা ফল্লপ ফল্লপ মঙোন্দদি য়েংখি। ডাক্তরদা চৎপদসু মহাক লাকখিদে। উম, লাকফমসু থোক্তে। চমজগ্রবা মঙোন্দসু পুম্নমক মঙগুম্না থোক্রমগনি।

ইবেথোই মপাগী নাকন্দা তূম্লিবা মচানুপাদা অমুক য়েংই। মাইথোংদুদা অকিবগী মমি তারিবগুম তৌরি।

নুমিদাংৱাইরমদা দুকান্দু থোঙ থিংজিল্লগা নুপা অদুনা শারাক তম্লকপদা কিনা কপ্না লাউদুনা মনিং থোঙলোমদা চেনখিবদুগী শক্তমদুমক্লি। ইবেথোই মনাক্তা তূম্লিবা মচা অতোনবদু চেৎনা কোল্লি।

— ইবেথোই—

খোঞ্জেল অদু তাবদা মঙগুম্না অমুক্কা হেন্না থোকই। ইবেথোই মমীৎ মনা খঙশিং শিংই। খল্লকই, হৌজিক ফাওবা তূমদ্রিবা? খুম্বা ঙমদে। মথৌনা য়াওরক্তে। খোঞ্জেল থোক্লা কপলকই।

— কপকনু। করিশু খল্লুগনু ... সিবু নঙগী নরাল করি লৈবগে।

নুংশিনা হায়বনি। ইবেথোই অমুক্কা হেন্না কপলকই। পাউখুমগী মহুত্তা। মখা তারকখিদ্রে। হৌজীক্তি অহীং অসি অমুক্কা হেন্না থেঙখরে। নোংঙাল্লকলগনি। অনৌবা অয়ুক অমা। ঐহাক থৌনা ফনা চৎকনি। মৈরা পায়বীশিংগা লোয়ননা কেম্পতা। অচৌবা সিফাইনা হায়বগী মতুং ইন্না মশক তাক্কনি। খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাক্লোই। মমায়দা তিন হান্না শিৎকনি। মাগী নুপীনা ৱারীসি তাসনু। মরাল ঙাকপীদবা ওইসনু। মিনুংশি... মপোক মপোক খুদীংদা... মিনুংশি হায়বদু ঐঙোন্দা পোকপীদবা।

থংনবা মীৎকুপ্তদি ইবেথোই অমুক ৱাখল অমত্তসু খনবা ঙম্লক্তে। নোংবু ঙালহন্নিংবা ঙালহন্নিংদবা পল্লেপফম খঙদনা মীৎশেং খাঙলকই।

# উচেক

উচেক মচাদু য়েংবদা ফজে। করি উচেকনো হায়বদুদি চীংখৈঙানবা খঙদে। নাপী মথক্তা লোংনা হীপ্তুনা উরক্তো উশা অমদগী উশা অমদা ঙৈহাক্তং ফাওবা লেপ্তুনা চোং চোংদুনা তোংলিবদু মুম্না উই। মমৈদুসু ঙৈহাক লৈতনা খপ্লি। মসাদু ওম্বোক্লা লৈতাদনা উই। করিগুম্বদসু মহাক্লা হীপ্লিবদুগী মনাক্তা হৌরিবা হাউনা পাম্বীশিংদফাওবা য়াম্না নক্না তোংলে। নুমিদাংবাইরমগী নুমীৎকী মঙালদা মথাদা অঙাঙবা মচু, মমৈবাইদা অশংবা অমদি হীগোক্লা য়ানশিনবদু ময়েক শেংনা উই। মসা মচা অনীদুদি অকক্নবা লৈতবা মচুশিংনি। চীংখৈঙানবনা মচু কয়ানা লৈতেংলবা উচেক অদুবু মুম্না য়েংঙি। ঙৈহাক্কী মমাঙদা খল্লম্বা বাখলশিং খঙহৌদনা মাঙখি। তৌবদি করিগুম্বা অমদা কুইনা বাখল খন্থবা, নে তানা, লৈতানা খনবা ঙল্লক্ত্রবা কুইরবনি। মুম্না য়েংঙি— উচেক মচাদুদা। উচেক মচাদুসু তরু তরু পাঙলিবা অপীকপা মমীৎ মচা অনীদুনা চীংখৈঙানবনা হীপ্লিবদু উরকপগুম তৌই। অকীবা খঙফাও ফাওরকপগুম মোংশোং মরক্তা অফিং-অফাই ওইনা পাইশিনখি। মশক উখিদরে। অপীকপা মখোঞ্জেলদু তাখিদরে। চীংখৈঙানবা মোংশোংলোমদা অমুক মুম্না য়েংদুনা লৈ। পাইথোরকপ্রা হায়দুনা। পাইথোরক্তে। মশক উখিদরে।

চীংখৈঙানবা মীৎকুপ্তুদা খল্লকই— মোংশোং অসিগী মরক্তা মাগী মহুম লৈরমগদ্রা? মাবু কিদুনা লোৎখিবরা? কয়াম কুইনা অকীবদু খাঙদুনা মোংশোং মরক্তুদা লৈগদগে? শংবান্নবা অহাঙবা চীংমায়দা অপীকপা মসা অনীদু খপ্ল খপ্লদুনা মনীং তম্না পাইররোইদ্রা? নুমিদাংবাইরমগী ঙাঙলৈনরবা নুমীৎ মঙালগী মচু মরক্তা মসা অপূম্বা লুপ্লদুনা মপাং থিবা থোরক্লরোইদ্রা? মনীং তম্না অমুক নেমথ অমুক বাংখৎ পাইরদুনা মহৌশা লাইরেম্বীগী তম্পাক্তা শান্নরদুনা। মীৎকুপ খরতনি চীংখৈঙানবনা খনবা। মহাক মখা তানা খন্থবা ঙমদে।

মহাক অরাম-খৌরাংবা পোক্লকই। ঙরাং নুমিদাংদগী মবুক্তা করিমত্তা তারক্লি হায়বা নীংশিংলকই। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবদগী চীং অসিদা লৈরক্লিবনি। অশূকপা চীংমায় অসিগী খজিক্তং কোকপা মফম অসিদা অমুক ফম অমুক হীপ তৌদুনা নুমিদাংবাইরম অসিফাওবা মতম লেল্লক্লি। নুমীৎ তাবা ঙাইদুনা। চরা হেনবা হায়বসি হৈনরক্লবনি। অদুবু অরাম্বদি ফাওই। অরাম্বা কাউথোক্লবা অতোপ্পা বাফম অমমুক খন্নবা হোৎনরকই।

অতিয়াদা ফাইরেন থাগী লৈচিন মচেৎ মচেৎশিং পাইরি। নোংচুপ চীংয়াগী ঙাঙশং ঙাঙলবা নুমীৎকী মঙালনা য়ৈবদা লৈচিল মচেৎ মচেৎশিং অদু মচু মচুগী অরংবা মচেৎ

মচেৎ কাপথোরক্লি। মখল কয়াগী মচুশিংনা থোনজীনবা কেনভাসকুন্না। ইরং লংখৎখি। চীংখৈঙানবা মচু মচুশিংদা মুন্না য়েংঙি। মখল মখলগী লাই কয়া উরকই। শগোল শামু দোলাইনচিংবা শাপোৎ-লানপোৎশিংগা কোন্ননা লানফমদা থৌজীন্নরক্লিবগুম তৌই। অকন্নবা লাল শোক্লরিবগুম। লাল অদুদা মমীৎ কুপ্পনা য়েংঙি। পাখঙবা য়েকপা ফীরাল থেৎপা শগোল শামু দোলাই কয়া থৌজীল্লদুনা লাম্মীশিং অঙাঙবা ঈখেঙ তৈরদুনা লানগী লাল্লাউ লাউরি। চীংখৈঙানবা কুইনা য়েংবা ঙমদে। মমীৎ অমুক উইশিল্লি। অমুক তপ্পা তপ্পা পাঙথোকই। চুম্নগী লৈচিল ওইরম্মী। লান তোকখরে। মহাক স্বর শাংনা হোন্দোকই। মমায়দা খঙহৌদনা কারক্লিবা হুমাং মরীকশিং তৈথোকই। নুমিদাংবাইরমগী ঙাঙলৈনবা মচু মরক্তা মচু মচুগী লৈচিলগী মখাদা পাইদুনা মনীং তম্না শান্নরিবা উচেকশিং অদু অমুক উরকই। মখাদা অমুক য়েংথৈ। মুরি মুরিবা উ-ৱাশিংনা কুপশিনবা চীংগা শন্নথ্রিবা খুল অদুদগী পাক্লবা লৌবুক, অদুদগী পাৎ অদুদগী অমুক তাম্নবা নোংচুপকী চীংশাং পরেংশিং। খুলগী মথক্তা তেলঙ্গাশিংনা পাইরি।

হৌজিক্তি চীংখৈঙানবা মশাদু য়াম্না চোকথবগুম তৌই। অনাবগুম। মহাক তশেংনা পোৎথানীংঙি। মহৌশাগী শক্তমদা তিনশিল্লদুনা। চীংগুম— উপাল-ৱাপালগুম, লৈচিল-অতিয়া অদুগা মখাদা মনীং তম্না পাইরিবা উচেক্কুম মহাকসু মনীং তম্নক্লীংঙি। মহাক ঈনখৎলক্লিবা, মথোৎ কারক্লিবা নুপানি। করিগুম্বদসু অতিয়াগী, লৈচিলশিংগী, হৈপাল-লৈপালশিংগী, চীংশাং পরেংশিংগী, তারমদাই নুমীৎকী তশেং তশেংবা মশেকশিংগী মরক্তা মাগী ৱাখলসু তিনশিন্নীংলকই। ফীবম অদুদদি মহাক তশেংনমক ওইবা ঙম্নিবরা? মহাক্লা পাম্লিবা নীংতম্বা অসিবু করম্বা নীংতম্বনো? পূম্নমক মহাক অমুক খনবা পামদে। অদুনা অমুক হন্না খন্দনবা হোৎনৈ। অদুনা মাঙদা তাম্না শন্দোকখ্রিবা মুরি মুরিবা উ ৱানা কুপশিল্লবা খুলদুদা চীংখৈঙানবা অমুক য়েংলকই।

খুল অসিগী লৈরক-কোনশাং, লম্বী-থোং, য়ুমশিং মহাক লোইনমক খঙঙি। লৈহাওগী মনম মনাতোন্দা ফাওরি। লৈহাও অসি মাগী নাউফমগা অমত্তা ওইশিন্নখিবনি। অদুক পাক্লা শন্দোকখ্রবসু খুলদুদা লৈরিবা মাগী য়ুম মপা মহাক খঙঙি। মল্লবা ইগী য়ুমদু মমীৎতা উই। অদুগা লোয়ননা মমা-মপা, মচন-মনাওনুপা। ঙসি নুমিদাং মখোয় খুদীংমকপু থা কয়াগী মতুংদা উনগনি। মমাঙদা হেক উনবগা করি হায়গনি? *ইমা পল্লেম অপোকপী...*। চীংখৈঙানবা খোঞ্জেন থোকখিবরা থোকখিদবরা খঙহৌদে। অদুবু মপিদি তারকই হায়বা খঙঙি। মীৎপানদা তপ্পা মাই। য়ুমদগী থোরকখিবদদি মহাক কপখিদে।

চেক চেক খোংবা মখোল তারকই। চীংখৈঙানবা মমায় লৈথোক্কুনা য়েংঙি। হান্নগুম মনাক নক্লা উচেক মচাদু তোংলম্মী। তেনখ্রবা মীৎকুপ খরদং মীৎচান্নবগুম তৌখি। অদুদগী

হন্দকসু পাইথোকখি। মনাক নকপা উরক্লোমদা নত্তে। হন্দক্তি তাম্ননি। লোইরোই লোরোই ঙমথখিবা চীংমায়— উ-ৱাশিংবু শোক্লীং-শোকমাং তৌনা অমুক নেমথ অমক ৱাংখৎ পাইথখি। খুল তম্না। মশক উখিদরে চীংখৈঙানবনা অমুক খল্লকই— উচেক অসিগী মকোনসু খুল অসিদা লৈরম্বা য়াই নৎত্রগা লৌবুকসিগী ৱাংমদা লৈরিবা পাৎতা। মপাং লৈরম্বা য়াই। মচাশিং লৈরম্বা য়াই নৎত্রগা মতোমতা নাইতোম তানা হিংলম্বা য়াই। নাইতোম তানা হিংবা? মসি মরম অমা নৎত্রগা অতোপ্পা মরম অমনা হেক্তা ওইবা য়াই। উচেক মচাদুসু নাইতোম তাবা ওইরম্বা য়াই। অসুক থাপ্পা মপাং য়াওদনা অশুকপা চীংমায় অসিদা কৈদৌরম্লিবনো? মপাং কায়নখিবরা? মসিসু ওইবা য়াই। মতমসিদা পুম্নমক ওইথোকপা য়াই। মরমদি থাজ-থাজদবা থৌদোক কয়া নুংঙাইবা, অৱাবা কয়া পুন্সী অসিবু শাগৎপদা য়াওখ্রবনি। মঙ কয়ামসু। ইবেমচাবু মীৎকুপ্তুদা অমুক চীংখৈঙানবা নীংশিলকই। মসিসু অৱাবনি। মঙশিংগী মনুংদা মঙনি। মঙ অদুমক ওইখি। *'শাবী ইনেম্মচা, পাম্মুবী...!'* চীংখৈঙানবা ইবেমচাগী মরমদা অমুক খনবা পাম্লক্তে।

চীংমায়, লৌবুক, উ-ৱানা কুপ্লবা খুঙ্গংশিং, তাম্লবা চীংশাং পরেংশিং অমম্বনা তপ্না তপ্না কুপশিল্লক্লুনা মশেন-মরাং উরক্লে। নুমীৎনা নোংচুপকী চীংশাং পরেং মরুমদা লৈথখিবা মফমদগী অতিয়ারোমদা মঙম ইশান শান্দনা ঙাঙলি ঙাঙলিবা মঙাল খজিক্তং শন্দোক্লি। য়াম্না পানা। মঙাল অদুদা মুশুক মুনা উরবা উচেক খরা পাইরি। য়াম্না তাম্না তাম্না। অদুদগী অমমম অনীনি মশক উখিদে। মঙালবু তান্নরদুনা পাইখিবগুম তৌই। চীংখৈঙানবা খল্লকই— উচেকমচা অদুসু য়াওরমগদ্রা? মঙালদা লূপ্পবা হোৎনরিবা। নুমীৎপু তান্নরিবা। অমম্বদা উরকশিংদা চীংমায়দা লোৎলমগদ্রা? নৎত্রগা মনীং তম্না শান্নদুনা মঙাল তম্না পাইরমগদ্রা? মপাং য়াওরমগদ্রা? *'শাবী ইনেম্মচা, পাম্মুবী...!'*

চীংখৈঙানবা হৌগৎলি। মশাদু পুমচোক চোকথৈ। ফাইরেন থাগী পূর্ণিমা মতুং ওইবনা অতিয়াদা থা থোক্লি। য়াম্না মম্মী। অমম্বদা তপ্না তপ্না মঙম শান্দনা চীংখাদা কুমথরকই। খুল তম্না। খুলগী লম্বী হেক তারকপদা চপ লেপ্পী। নাক য়েৎ য়েংঙি। মবৃক্তা য়েপ্লিবা নোংমৈ অদু মখূৎনা মাই। থৌনা অমা লাকপগুম লৈরক মচা অমা খায়দোকখ্রিবা অদোমদা খোঙথাং থুনা চৎলকই। শাংলবা লম্বী অসিগী লোইরমদাইদা লৈরিবা ময়ুম তম্না। চৎনা চৎনা চীংখৈঙানবা— মমীৎতা মমা, মচন্নুপী, মনাওনুপা অমুক হন্না উরকই। অমমমতং ওইনা করি করি হায়রমগনি। *ঐগী হল্লক্লুবগী লম্বী লৈতরে— চৎলিবা লম্বী অসি চুম্বা চুমদবা ঐহাক করিমত্তা খঙদে। অদুবু মসিদি চুম্নবনি— নখোয়গী মিনুংশি মরক্তা ঐহাক হৌজিক্তি হিংনীংলে।*

লোনশীল্লিবা কোম্ভোং হাংদোক্কে তৌবমক্তা ঙাল্লবা টোর্চ লাইট অমা মঙোন্দা

খংকাপ কাপশীল্লকই। লৈরক মনুংদগী ইরাপ লাপ্তনা। চীংখৈঙানবা ৱাংলবা কোম্থোংদু চোংদুনা শুমাঙ তম্না চেনশিল্লী। অদুক য়াম্না চোকথরম্লবা হকচাংদা করম্না পাঙ্গল লাক্লিবা চীংখৈঙানবা খন্নবগী মতম লৈতে। তুংদা তান্নরকপগী খোঙউপ বুট কয়াগী মখোল মনাকোংদা হৌনা অসুম অসুম তারকই। মতুংমক্তদা। লাউরকই "চেনগনু।" অদুবু চীংখৈঙানবা মতুং হন্না য়েংদে। ময়ুমগী থোঙজাওদু থিংলিবরা হাংলিবরা হন্নফাওবা য়েংলমদনা য়েনখারোমদা ৱাপল মরক তম্না চেল্লি। ভাবনরা, খঙদে— মমাগী খোঞ্জেল মানবা অমনা লাউবগুমসু তৌহৌই— "কনানো— কনা কনানো?" মথংদদি নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তারকই, মঙোনতম্না। চীংখৈঙানবা ৱাপল মরক্তগী লৌবূকলোমদা ফাওদোরকই। মবুক্তগী নোংমৈদু মখূৎনা চেৎনা পায়রি হায়বা হৌজিক্তা খঙলকই। অমুকসু থৌনা লাকই। লেপকক্ তৌই। ৱাপল ৱাংমদগী টোর্চ লাইটকী মঙালশিং মচেৎ মচেৎ কাপথোরকই। ঙসাই উচেক মচাদুনা মাবু উরকপদা— মোংশোং মরক্তা পাইশিনখিবদু মমীৎতা উরকই। পাৎ ময়াফাওবা পাক্না শন্দোকখ্রিবা লৌবূক্তুদা অমুক চেনবা হৌরকই। অমম্বদা কয়াম শাংনা চেল্লক্রবা মহাক খঙদে। পাৎ য়ৌগদবনা কয়াম ৱাৎলি হায়বসু মহাক খঙদে। পঙচেন্দা চেল্লী। মীৎকূপসিদসু অমুক ঙৈহাক্তং ইবেমচাবু নীংশিংলকই। নোংমৈ মখোলদুদা মহাক লাক্রম্মী হায়বা শোয়দনা খঙলমগনি। মখোলদুনা মঙোন্দা পূকমেন-পাউমেল্লবনি। কায়নবগী অরোইবনি। শাংনা খনবা ঙমদে। তমথীবা পূংফম অসিদা। তুং হন্না অমুক্তং য়েংঙি। লৈচিল মরক্তা মশেল-মরাং মঙাল খরা উরি। থাপ্পা। মঙালশিংদু কোয়রেঙ লেঙলি। চেন্নবগী পাঙ্গল য়াওশিল্লক্তে। খোঙথাং তপথরকই। মখোঙদসু চৈনা ফাওরকই। খুবোমদা খরা খরা চেন্না মখূৎনা পায়। চীংখৈঙানবা হৌজিক্তি ভাব তারক্রে। মখূৎতা চোৎ চোৎ লাউনা থেংনরিবদু ঈনি হায়বা। নোংমৈনা পানখি হায়বা ঙসাইমখৈ মহাক খঙখিদে। শোক্রে খঙবসিনরা— মহাক চেনবা ঙম্লক্তে। মমীৎ তন্দন পাইরকই। নোংচুপ চীংয়াদা নুমীৎনা তাখিবদা ঙাঙলৈনবা মচুনা চাইথোরকপদু তম্না পম্থুংফম খঙদনা পাইখিবা উচেকশিং অদু মমীৎতা মশেন-মরাং উনা উনা পাৎয়াগী চোৎ চোৎ লাউরবা নাপী মথক্তা চীংখৈঙানবা তুবোই হীপথবোই তৌরকই।

# মঙ অমসুং তাইবং

মঙ অমসুং তাইবংগী খেন্নবা অমত্তা লৈশিল্লক্ত্রবা মাগী পুন্সীগীদমক থোইবীনা কনাদা ব্লারৌগদগে হায়বা মহাক খঙদে। খনসু খন্নিংদে। অদুগা নোকপা অমসুং কপ্পা হায়বসিসু মঙোন্দা অর্থ থোক্তবগুম তৌই। অদুনা অয়াম্বা মতমদা মহাক কপ্তে। নোকতে। কনাগসু ব্লারী শান্ননিংবসু পোক্তে। হৌজিক্তি ইমুং-মনুংগী মীশিংগসু ওম্থোক্লা লাপ্পখরে। ঈ-পাউ অমত্তসু ফাওনদরে। মতম অয়াম্বদা থোঙ থোঙনাউ অপুম্বা লোল্লবা কা অসিগী ব্লাংমদা করম্বা তাইবংপান অমা লৈরিবগে হায়বা ফাওবা খঙলক্ত্রবগুম তৌই। খঙনিংবসু পোক্তে। মাগী হায়ববু পীক্লবা কাসিগী মনুংদা থারিবা ফমুং অসিদা অমুক হীপ্পা অমুক ফম্বা অসিতনি। অয়ুক অমসুং নুমিদাংগী খেন্নবা মঙোন্দা চপ মান্নে। তুম্বা, তুমদবা, মীৎ উইশিনবা, মীৎ পাঙবা অসিগী মফম মতম হায়বা অমমুক লৈতে। অদুম ওইনমক মহাক অঙাওবীদি নত্তে। তাইবংপান শেবাৎনরবী নুপী নত্তে। হিংবা অমসুং শিবগী অহাঙবা মরক অদুদা মহাক্লা পুন্সীবু শান্নে। অদুনা থোইবীনা মতোমতা শিজ্জরগে হায়বসিদি পাক খন্দে। শিবা হায়বসিদি মাঙদা লৈরবগুম্বনি। মতোমতা লাকচরগদবা। অদুবু অমুক তহা তহা লৌশিল্লুবগী কান্নববু করি লৈ। অদুগা মরক মরক্তা মসিমদি মহাক খল্লি— হিংবা অমসুং শিবগী খেন্নবা মঙোন্দা করিবু লৈরিবগে? কনাগুম্বা অমত্তগী মমাঙদা মমায় উৎচবা ঙমদদুনা কা মনুংদগী হেন্দোক্তবা অসিবু শিরবা নৎত্রা? অদুনা মানা পুন্সীবু মওং অমা নৎত্রগা অমদা ব্লাখলনা শান্নে।

ওসি নুমিদাং অসিদা খঙহৌদনা লাইনিংথৌ লোয়ালাকপা ইবেনধৌ খুম্থোকহানবীগী লাইবুংদা লাই হরাওবগী জগোয় ঈশৈগী মখোল কা মনুং অসিদা চঙলক্তুনা মনাকোংদা তারে। থোইবী ইবুধৌ অমদি ইবেনধৌ অনীবু নীংশিংলকই। খুন অসিগী ময়ায়মক্তদা লৈরিবা উনা শূক্লা হৌরিবা মশাইগোন্দা লৈরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী শক্তম অদু খঙহৌদনা মমীত্তা উরকই। লৈশারিঙৈদা ইবুধৌ ইবেনধৌগী মমাঙমক্তদা মহাকসু জগোয় কয়ারক শাজখি। অশোয় অঙাম য়াওখিগদ্রা কিজবগা লোয়ননা। লাইরেম্বা লাইরেম্বীনা পেনবীনবা। মখোয় অনীদি খুঙ্গং অসিবু ঙাকপী শেনবীরিবনি। অফ ফত্ত পুন্নমক য়েংশিন্দুনা মচা মনাইগী য়াইফনবা খনবীরিবনি। খুঞ্জাও লৈচাওনবা তাইবংপানদা শায়োনবীরক্লিবনি। মখোয়দা লঙজরুরবদি মদুগী মহৈ অফ নুংঙাই খক ওইদে। অতৈ খুঞ্জাশিংগুম্না থোইবীসু কিম্না লুনা নীংজরকই। হৈ-লৈ কয়া কৎচখি। মৈরা পরেং কয়া

ইবুধৌ ইবেনধৌদা কৎচৈ। চৎথোক খোৎতোক্রমদাইদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মবু মীকোন থাগোন্নজৈ।

হৌজিক্তি নহানমখৈ নীংশিংলুদ্রবা কাউথোক্লুরবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মবু লাইবুংগী জগোয় ঈশৈগী মখোলদা নীংশিংলকই। মহাক মপূক্কুংদা মখোয়বু খুরমগদ্রা খুরম্লোইদ্রা হায়বা খনবা ঙমদে। মদুগী মহুৎ ৱাখলনা সনা মচুগী মায়থোং অনীদু য়েংনা য়েংনা হংলকই — 'ঐনা করি লানখ্রবগে? ইবুধৌ ইবেনধৌগী পেন্দবা ঐনা করি তৌখ্রবগে? ঐবু অসুক তমথীনা ওৎপিরিবা করিগীনো?

থোইবী মখোল থোক্তনা কপ্পী। কপ্পা অমদি কপ্তুবা হায়বসি মঙোন্দদি অমত্তনি। অদুবু মহাক কপ্পী।

লাইনিংথৌ লাইরেম্মদি মচিন কাঙদ্রবসু মমীৎ অমুক্তা কুপত্রবসু মনাকোং পান্দ্রবসু পূন্নমক তাই, উই পূন্নমক খুম্মী।

থোইবী ফক্লাংলোম থংবদা লোংনা হীপ্লম্বদগী লেপ্পী। মনাকোং ফিনা মেন্দুনা। লাইবুংগী জগোয় ঈশৈ মখোল তাদনবা।

চহী মরিরোমগী মমাঙদনি। থোইবীনা ইম্ফালদা মপাগী মচলনুপী— মনেগী ময়ূমদা লৈদুনা কলেজ তমখিবদু। ইম্ফালদা লৈবা মহাক হৈনখিদে। মাগী খুঙ্গং, লৌবুক, পাৎ, তুরেল, চীংদুম মচা-মচাশিংগী নাপোম— মপা, মমা, মৌপ্পা অদুগা খুনগী মশুং-মমান্নবীবু তত্তনা নীংশিংই। অদুবু মহাক চৎখিদে। মহৈতম্বসিদং লোইরগা লোইরে খন্দুনা। অদুগীসু মথক্তা মনেসু ৱারক চেৎপীনি। মহাক্লসু য়াদে। মাগী মীৎয়েং মখাদা থম্লগা মহৈ-মশিং ফজনা হৈহনবনা মাগী মবুংগী লমন শিংবনি খনবগুম তৌই। মচাদা মচাগুম্না লুনা তৌবি। অদুনা থোইবীনা তপ্না তপ্না ইম্ফালদা লৈবা অসুম হৈনরকই।

চহী অনীরোমগী মতুংদদি ইথা থাজদনা নোংমা মনেনা হায়,

— ইবেম্মা, ঐখোয়গী মখা অসোম থংবদা লৈরিবা ইঞ্জিন্নিয়ার সাহেবতুগী মচানুপাদু মশক খঙঙিদনা?

— খঙঙি। কৈদৌরগে?

থোইবীসু ইচম চম্না খুম্মী।

— ইঞ্জিন্নিয়ারদুনা মচানুপাদু নুপী থীবিগে খনমাল্লে।

— করিগী অদুক নৌনা মখোয়দি?

— খঙদে। মতোমতা পোকপদুদা ওইরম্বসু য়াই।

থোইবী মখা হংথদে। মরমদি মখোয়গী তাইবংগা মহাক্কী তাইবংগা য়াম্না লাপনৈ। অদুবু থোইবী মথন্তা হংজৈ— করিগীনো মনেনা ৱাফম অসিবু মঙোন্দা তন্নিবা। অদুবু

পাউখুম কুইদে। মনেনা হায়রকই,

— অদুদা ইবেম্মা, ইঞ্জিন্নিয়ার অচৌবদুগা মাগী নুপীগনা নঙবু মমৌ ওইনিংই হায়নে।

থোইবী পুমঙক ঙকই। মসিদি মঙোন্দা অচৌবা ফাগী অমনি। খুঙ্গংদা লৌ উদুনা হিংলিবা ইমুং অমগী নিঙোলবু মমৌ ওইগে হায়বসি অচৌবা ফাগী অমা ওইনা থোইবীনা করিগী খল্লোইদবগে? থোইবীগী ৱাখলবু মনেনা উরবগুম মখা তাথরকই,

— ইমৌগী শক অসিদবু করিগীসু মমৌ ওইনিংলোইদগে? খঙদে। কন্না হেক্তা মহায়ব্রবনি। নঙসু খল্লু। খল্লু।

থোইবী মনেনদুম থৱায় য়াওশিল্লকপা মতৌদুদা হেন্না ঙকখরে।

অদুবু মনেদা হঙ্গৎনা ঙাঙবা মহাক ঙমদে। অদুনা তুমীন লৈ। তুমীন্না লৈখিবসিনা মনেগী মায়থোঙদা মকা লান্না নোকফেৎ তৌখিবদু থোইবী ময়েক শেংনা উহৌই।

ৱাফম অসি থা খরগী মতুংদদি ফাগী ওইরকখিদে। লুহোংবগী ৱাফমসি থোইবীদা কন্না হায়বা হৌরকই। খুঙ্গংদা লৈরিবা মমাফাওবা লাক্কুনা হায়রে,

— ইবেম্মা, ননেনা হায়বসি য়াও। নঙগীদমকনি। নঙগী নুংঙাই য়াইফনবনি।

— ঐহাক য়ুম পানবগী মতম নৎত্রি ইমা। ঐহাক লাইরিক তম্লিবীনি।

মনেদদি ঙমদ্রবসু মমাদদি খোল কল্লপ খুম্মী। অদুবু মনেনা ওক্কুনা খুম্লকই,

— লাইরিক তম্লি হায়দনবু লৌৱাইদা লৈবা লাইরবা ইমুংগী নিংঙোলবু ইম্ফালদা লৈবা ইনাকখুনবা ইমুং অমগী মৌ ওইনবগী তাঞ্জাবু নাম্থোকহনগদ্রা?

— ঐখোয়বু মমৌ ওইনিংলিবদু মরম অমা লৈরমগনি?

থোইবীনা অমুক মনেদা তপ্লপনা খুম্লকই।

— ঐনা হায়রেদনা, ইমৌগী শক অসিদবু করিগী মমৌ ওইনিংলোই।

— মতমসিদদি ইনে শক্কী চন্নফম লৈতে। মখোয়না পাম্লিবদি শক নত্তে। মখোয়গা থোং মান্নবা ইনাক খুনবা মান্নবা নৎত্রগা হেনবা ইমুংগী মচা মশুনি। মচা নিংঙোল থাজনিংদবা মথোং চাদবা নুপা ওইরমগনি।

— কদায়দগীনোদা। মচাদু মপান্দদা লাইরিক তম্লকপনি। মানসু নঙবু খঙঙি। মানা পাম্বদগী মমা মপাদা তকপনি হায়।

মনেনা কনথোক্কুনা হায়রকই। থোইবীসু কয়ারক মাগী মতুং ইন্নরকপা নীংশিংঙি। মাগী মতৌদুদা ৱা হায়বা ঙমখিদবনি। মহাক করিসু খনখিদে। অদুনা মাগী মরমদা কনাদসু হংদে। হংফমসু লৈতে। মহাক লৈকাইগী নুপীমচাশিংগা কৈদৌনুংদা তোরোৎ খোইদানদে। অদুবু হৌজিক্তি মশক্তি য়েংবদা নুংশিবা মশা পাবা মমীৎ উইরুম উইরুম নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবা শক্তম অদু মমীত্তা উই।

মথংগী ফাইরেন থাদা মনেগী ময়ূমদা চাউনা লুহোংখি। অউনপোৎ অয়াম্বসু নুপা ময়ূমনা লাংবিখি। থোইবী ভাব মেন ইতা তাহৌদনা মমা-মপা-মনেগী অপাম্বা হিকতোকপা ঙমদনা থুংহনখি। মহাক লুহোংলমদাইদা মাগী খুঙ্গংদা লাকখিদে। লাইনিংথৌ লোয়ালাকপগী মবেনধৌ খুম্ব্বোকহানবীগী মফমদা মতম চুপ্পগী ওইনা মখোয়না ঙাকপী-শেনবীরিবা খুঙ্গংবু খুঞ্জাশিংবু থাদোকলে হায়না পাউমেনজরমদে। নীংশিংখিদে। মমা মপাগী অনীংবা অসিদং থুংহনবা নত্তনা।

থোইবী অমুক লোংনা হীপ্পি। য়াওন্দুনা। লাইবুংদগী খুন্নুং ঈশৈ অমদি জগোয়গী তাম্বাগী যন্ত্রগী মখোল মনাকোংদা অমুক হৌনা তারকই। খুঞ্জাও লৈচাওনবা হরাওরিবদুদা খুঞ্জা অপূম্বনা লাইবুংদা হরাও মথোই কানা লৈরমগদবদু মমীত্তা ভাবনা উরকই। অমুক মাগী পীক্লবা কাদুদা কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংই। ফম্মাঙমক্তদা মাগী চাক শরুক য়েন্দাইদা কুপ্পুনা লৈরিবদু উরকই। করম্বা মতমদা মমা চঙলক্তুনা থম্লম্বনো মহাক খঙদে। মমানা মাবু হৌদোক্লমবরা? নৎত্রগা ব্না মচেৎ অমত্তা ঙাঙলমদনা মমীৎতা ইরা চেন্না মাবু মুন্না য়েংলম্লগা থোকখিবরা মহাক খঙদে নৎত্রগা মনাওনুপীদুনা থম্লমবরা? মহাক্তি চঙলক্রোই। মাবু উরগা ব্নারী শাবদি লায়রদনা থাপ্পা হন্দোকখিগনি। তুকচ্চবা হঙ্গোইবা মীৎয়েংগা লোয়ননা। মৌপ্পাদুসু অদুমঙায়— মাবু লুনা তৌজরকপা পোকমিন্নবা মচেনি হায়বসিবু খঙলমখিগদ্রা? মহাক পূম্নমক নীংশিংবা পাম্লক্তে। মপি খরা তারক্লিবদুনা খঙঙি — ঙসিদি অর্থ থোক্তবসু মহাক কপ্লে হায়বা। লাইনিংথৌ লাইরেম্মসু উরমগনি। হরাওরিঁঙে মরক্তুদা। মখোয় অনীদি পূম্নমক উবনি। খঙবনি।

লুহোংলবা মতুং চহী অমগী মতুংদদি — মচানুপা অমা ফংখিবদু। চপশাং শাংবা শোন্দম ঙান্দম্বা কুচু তাইফেৎ তাইবা অমা। অদুবু মাগী শিয়োমনুংদা চাউরকপা মচা অদুবু উবদা থোইবী নোকফেৎ তৌজে। অমম্বদা নোংথাংনা কুপ্লগুম।

মচানুপাদু পোকপা চহী ফাদ্রিঁঙে মপূরোইবনা শিবদা মচাদুবু চেৎনা কোম্লগা উয়ুং গুম্না কাচিন অমদা তুমীন্না য়ুংদুনা লৈখি। মহাক কপ্পরা কপতবরা হায়বা ফাওবা খঙখিদে। নোংথাং কুপ্তবা অমম্বদা মঙলাকনহৌই।

— মচানা এদস পক্তুনা শিরগা ইশু-ইমৌদফাওবা শন্দোকপীরগা ফূ চৈদুনা তাম্বোকলকপীবা।ঐ লেম্না থারোই। কেশ তৌগনি। ক্ষেতিপুরোন তানগনি। মশুগদু মখোয়বু য়োকহনগনি।

ময়ূমদা হল্লকখিবা মতমদা মনেনা হায়খিবদু থোইবী মঙগুম্না তাখি। অদুবু মনেগী অশাওবা ফোঙদোকপা মায়থোঙ অদু উবা নুমীৎ অদুনা অরোইবনি। অমুকহন্না কেশকী ব্নাফম পুরদুনা খুঙ্গংদুদা লাকখিদে। ইমুংদুদা শক উৎলখিদে।

থোইবী হীপ্পা হীপ্পা মাগী নাকন্দা অমুক মখূৎনা কোয়মা মাই। করিমত্তা থেংনদে। করিনো মারিবসে? থেইবী জ্ঞান তারকপগুম তৌই। তপ্পা শোল্লকই — 'ইমাগী ইবুংঙো।'

অমুক কাদুদা য়েংলকই। কাদুগী লময়ায়দা মচাদু মখোঙ মচা অনীদুনা কাফে কাফে লাই হরাওবগী মখোল অদুগী তাম্বাদা জগোয় শারি। থোইবী মমীৎ কুপ্পনা য়েংই। অঙাং অদুনা জগোয় শারম্বদগী তুগে তৌবদা থোইবী হীপলম্বদগী ফুক হৌগৎলি। অদুবু মচাদুদি লৈরমদরে। তপ্পা অমুক হীপথৈ। মখোল থোক্তনা অমুক কপ্পি। মসিসু অর্থ থোক্তবনি। মমীত্তা অমুক মশেন-মরাং উই — অমম্বরোমদা মপূরোইবনা মচানুপাদুবু মখূৎ শমদুনা অসুম অসুম চৎমিন্নখিবদো। উখিদরে।

কয়াম থেঙলবা থোইবী খঙদে। হৌজিক্তি মহাক চোকথরে। অদুবু লাই হরাওবগী ঈশৈ অমদি যন্ত্রগী মখোলদি হৌবা অসুম হেনগৎলকই। ফক্লাংলোমদা অমুক শরূ পোল্লাং গুম্লক্লবা হকচাংদু তপ্পা চেপ্পী।

'ইবুধৌ ইবেনধৌ ঙসিদি ঐহাক খঙলে। নখোয়না কোনবীরিবা খুঙ্গং অসিগী মশক ঐনা খঙখিদে। ফজরবা চীংপাৎ তুরেল পাক্লবা লৌবুক— নখোয়গী মীৎয়েংখাদা হীংলিবা খুঞ্জাশিংবু ঐনা লাপ্পা হন্দোক্লুই। ওম্ভোকপা লমদম অমদা। নখোয় অনীগী নীংথিরবা শক্তমবু ঐনা মীরায়খি। অদুনা নখোয়না ঐবু শাউবনি। চিনবান কাঙদ্রবসু মীৎ কুপত্রবসু মতম পূম্বদা তুমীন্না লৈরবসু নখোয় অনীদি পূন্নমক খঙবনি। উবনি।'

অর্থ থোক্ত্রবসু থোইবী অমুক হীক-হীক কপলকই।

## বোম

মোহোনদা অরুবা অমা ওইরিবসি বোম অদু কদায়দা পোকখায়হনগদগে হায়বসিনি। ৱাখলনা নুমীৎ খরনিসি মাবু ইতৎ তত্তুনা ওৎলি। অহীং কয়া তুম্বা য়াদে। অহীং তুমদবনা ইচোক চোকথরদুনা অয়ুক নুংথিলসু মাগী কাদগী ইহেন হেন্দোক্তে। সরকলোমদা ফাৎলিবা থোঙনাও অসিগী মপাদা থারিবা চৌকি অদুদা অয়াম্বা মতমদা ফম্মী। অদুগা করিগুম্বদা য়াম্না হৈনীংদনা সরক্তা চৎলিবা মীশিংদা হেক হেক য়েংথে। মসি মোহোনগী মফমদা ইনৌ নৌবা অহোংবা অমনি। মহাক্কী অৱাবনি।

নোংঙাল্লমদাইদা মহাক তুমথখিবদা মঙাইরি। অদুবু থংনবা কাদা মপানা লোক হঞ্জিন হঞ্জিন খুবগী মখোল তারকপদা মীৎকপ থোক্লকই। নোং ফজনা ঙাল্লম্লে। মপানা লোক খুরিবদু ফমুংদা হীপ্পরা নৎত্রগা হৌগৎলগরা হায়বা মহাক খঙদে। অসুন্না খুরক্লিবসু কুইরবনি। য়াম্না ৱানা খুবসু মাল্লি। হৌগৎতুনা অমুক্তং য়েংসিরা খল্লী। অদুবু হৌগৎতে। হৌগৎতুনা য়েংলগা মহাক্লা করি তৌগনি? মিনুংশি উৎপরা? মিনুংশি উৎপগী কান্নবা করিনো? মপাম্ছোংদা। অদুনা মোহোন অমুক মমীৎ উইশিন্দুনা তুন্নবা হোৎনৈ! মমীৎ পাঙলুরগা অমুক তুম্বসু মঙোন্দা অৱাবা অমনি। বোমগী মরমদা অমুক খনবা হৌই। মীচম তোংবা রেলগাড়ীদা মী চিল্লবা সহরগী মফমদা বোম পোকখায়হনবা মসিবু অফবা অচুম্বরা? থবক খুদিংগী মরম অমমম লৈ। মরম খুদিংমক অচুম্বা ওইফম থোকপরা? মীগী ৱাখল মশক লেপ্পসি লুই। কনাগুম্বা অমদদি পুম্নমক করিসু ওইদবা য়াই। বোম অদুনা খঙহৌদনা পোকখায়বা। মী কয়া মতৎ মতৎ তত্তুনা শিবা। মদুবু মমীৎনা উবা নৎত্রগা খবর রেডিওদা পাউ তাবা। মদুদা নুংঙাইরবা কুম্মৈ অমা ওইবা য়াই। মদুমক্তি মোহোনগী অপাম্বা নস্তে। থবক খুদীংগী চপ চাবা অচুম্বা মরম অমা লৈহনগদবনি।

পাখংমচা অদুনদি বোম অদু কদায়দা পোকখায়হনগে তৌরম্বনো? পোকখায়দ্রিবা বোম অদু হাথু হাথু লাক্লগা মঙোন্দা করিগী অমুক থমজিলহল্লম্লিবা?

'লম্বী অসি খুদোং খরা চারোইদৌরে। পোৎ অসি অমুক্তা থমজরমগে। হয়েং-হংচিং লৌবা অমুক লাকচগে।' নুংথিল তাল্লক অমদা কনাসু লৈত্রিঙৈ— তফিং তফিং মাগী কাদা চঙলক্লগা নুপামচা অমনা খাউ অমা পীশিল্লকই। চঙক্লরিঙৈদা অমুক তফিং তফিং থোকখি। ৱা অমত্তসু হংনবগী তাঞ্জা পীরমদে। মোহোন ইঙক ঙক্লা খাউদু ফাক্তোকতুনা য়েংলুবদদি

বোম অমা ওইরম্মী। মহাক শ্বায় লাওই। ইপা পাখৎলি। ঙৈহাক্তুদদি তৌফম খঙদে। ঝাখলদু য়াম্না কন্না ফাথরগা প্লাসটিক খাউ অমদা য়োমশিন্দুনা মীরক নারক য়েংলগা মনিংগী অমাংশঙ ময়াদা ফুম্মী। নুপামচাদু মথংগী নুমীত্তা লাক্তে। মদুগী মথংদসু। নুমীৎ কয়ানিসি অমুক হন্না বোমদু লৌবা লাকখিদে। নুমীৎ খরনিদি মশাদু লৈতাফম খঙদে। পাখৎলি। অকীবা ফাওই। তুম্ফম চাফম খঙদে। নুপামচা অদুনদি থৌনা ফনা খাউদা হাপ্লগা কোয়পু পুরম্বনি। অদুগা মহাক্তি কনাসু খঙদনা আ মনিংদা লৈবাক মনুংদা বোমদু লৈরিবনি। করি কিফম লৈবগে? অদুবু সরক্তা আর্মি উরগা পুলিস উরগা মশাদু হুমাং কাং বগুম তৌই। কুইশিল্লক্রবসিদদি ঝাখলদু খরমখৈ ফাথরে। বোমদুগী মপুসু হৌজিক্তি মহাক্না ওইরবগুম খল্লকই।

— বাজি, অয়ুক অঙনবসিদা ফি শেৎকৎলক্লিবসিবু কদায়দা চৎকদৌরিবনো? ঐনদি ডাক্তরদা চৎসি হায়গে লাক্লি।

মচেগী মখোল তারকপদা মোহোন মঙফাওনৈ।

— ডাক্তরগা লায়রি। অন্দর সেক্রেটরিদু— ময়ুমদা অমুক্তা চৎলুগে। ফাইলদু মঙোন্দা অমুক থাদখরে হায়বা তায়।

— চাক ঈশিং চারগা হোরেল ওফিসতা ওইনা উন্নবনা ফৎত্রা? হকচাংদু য়াম্না ঙমদনা উরে।

— ইপা করিসু তৌদে। ওফিসতদি গেস্তা লেপ্লুবা তাবনি। সিফায়শিংদুনা চঙহল্লোইদৌরিবনি। সেক্রেটরিয়েৎ মমাঙগী উখাদা লৈরিঙৈদনিনে ফাইল অদুনা অমুক কাখৎ অমুক কুমথ তৌরিবসি।

— অদো, ময়ুমদা উন্নরবসু শেল য়াওদ্রদি কান্নরোইদবা মাল্লিদা।

— অন্দর সেক্রেটরিগী মপাদু ঐগা ওঝা ওইমিন্নরকপনি। লুনা তিন্নরকপনি। মপাদা হেক হায়হল্লগা লোইরে।

— দরকার লাক্রবদি-সে, শীজিন্নবিয়ু।

— নঙদি কদায়দগীনো শেল অসিদি?

— নাগী সনামচেৎ অদু কায়থোকপনি।

ঙৈহাক তুমীন লৈনখি। মচেনা মখা তাখি,

— সনাবু শিন্দ্রবসু য়াই। দরকার লৈবা মতমদা শীজিন্নথোক্লগা হেক লোইরে।

মখা অমুক তানরকখিদরে। উপাক্কী কৈরাক্তা মখোয় অনী খোঙথাং লুম্না কুমথখিবগী মখোল তায়।

মোহোন ফমুংদা অদুম হীপ্পি। অমুক তুমথনবা হোৎনৈ। অদুবু পাক তুম্বা য়াদে।

মপানা জুনিয়র হায় স্কুলগী ওঝা ওইরম্বদগী থবক্তগী পোথাবা চহী ফারক্কদৌরে। হৌজিক ফাওবা পেন্সন ফংদ্রি। পেন্সন ফংনবা অহল অসিনা কোয়চেন চেল্লক্লিবসে কয়াদি কুইরে? রাম প্রসাদতগী ভারা খরা ফংলমদ্রবদি মখোয় করি চাদুনা হিংলমগনি। মপানা থবক তোকপা মতমদা পৈশা খরা ফংখি। মাগী থবক্কীদমক মন্ত্রিদা পীখি। ঈশিংদা লৈতুম থাদবগা চপ মান্নখি। মদুসু থৌবা কয়ারক চৎখিবনি। পাঙ্গল ময়েং খংতা তারকপগুমসু তৌই। ওঝা মচা অমা ওইরিঙৈদদি মচিন মৌপ্পাবু মতিক চানা মহৈ-মশিং তমহন্দুনা শেল করিমত্তা তুংশিনবা ঙমখিদে। থম্মোয় শেংনা চন্নবা ওঝা অমগী পুল্লীদা লেনজখিবনি। হৌজিক্তা করি? মপাদু পুম্নমকসিবু হৈনরমগদ্রা? ব্রেজরিদা, বেঙ্কতা নুংশা মরক্তা হনুবা হনুবীশিংদুগী মরক্তা পেন্সনগীদমক মপাসু কয়াম কুইনা লেপকদৌরিবা?

মোহোন লোংনা হীপ্নম্বদগী অমুক চেপ্পা হীপ্পী। মহাক খনবা পান্নক্তে। অদুগী মহুৎ বোমগী মরমদা খনবা হৌরকই।

— হৌজিক ফাওবা হৌগত্ত্রিনা?

মচেগী মখোল তারকপদা মমীৎ অমুক পাঙথোকই। টেবল মথক্তা চাগা চানবগা থন্নদুনা মখা তারকই,

— নঙগী চাগা চানবগনি।

মোহোন ইঙক ঙকই। কুইরে অয়ুক্তা চাগা লোনখিদবা। নোংমা ফাদোক রাম প্রসাদকী হোটেলদা কুমথদুনা থক্কুবা নত্তনা। থোংনাওদা য়েংই। অতিয়াদু ইশং শংনা উরি। খরা লাপ্নপ্না থাঙ্গাল বাজারগী অরাংবা দলাল মতোন খরদা নুংশানা য়ৈরিবদুসু উই। অমুক টেবল মথক্তা লৈরিবা চাদুদা য়েংই। ঙসাইগী সনাগী রাফমদু নীংশিংলকই।

— হন্দক মরক্তি নঙসু কাদগী মপানগা ইথোক থোক্লে। কৈদৌরবা?

— কৈশু তৌদে।

মসিতমক খুম্মী। মচেসু ঙৈহাক তুমীন লৈখি। অদুবু তপ্না মখা অমুক তারকই,

— মখাগী চাকখুম কা অসিদা মতেক অমত্তং খাজিল্লগা ঐসু দুকান মচা অমত্তং ফমগে খল্লম্বনি। অদুবু বাজিনা য়াদে।

তুমীন্না অমুক লৈখি। মমীৎতু টেবলদা মুন্না য়েংলি। করিনোমা খনবগুম তৌই। শকফম অদু অয়ুক অসিদা ইমক মকশিনবগুম তৌই। খঙহৌদনা অমুক নোকফেৎ তৌরদুনা মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই,

— ঐ কৈনোমা হায়গে খল্লম্বনি। অদুবু কাউখরে। ...নঙগী সবজেক্ট মতাদুগা রাখল

পংখন্দা খল্লুনুকো। ঐদি নুংশা থীবিখরে।

মোহোনদি নোক্তে। মচেনা করিনোমা হায়নীংই হায়বা খঙভি। মহাক কাউদে হায়বসু খঙভি। মহাক ফিলোসোফিগা সাইকোলোজিগা লৌরকই। অদুনবু ফাগী তৌদুনা হায়রিবনি। মসিদি নত্তে। করিনোমদি হায়নীংলি।

য়ুম অসিগী মখাদা লৈরিবসি কা অনীতনি। খরা চাউবা কা অদুনা রাম প্রসাদকী হোটেলনি। থংনবা কাদুনা মখোয়গী চাকখুম কানি। রাম প্রসাদকী নুপী, মচা অহুম, মখোয় মঙাগী লৈফমসু ওই। অয়ুক নুংথিলদনা হোটেল। নুমিদাংদনা কাচিন্দা তাশিন্দুনা থল্লিবা ফি-রোল অদু ফাল মথক্তা তিংথোক্লগা তুম্মী। নোংমা মচেনা চাকখুম কাদুদা দুকান ফম্বগী বা হৌদোকখি। মপানা য়াখিদে। মহাকসু য়ানীংখিদে। অদুবু মহাক্তি মত অমত্তা পীখিদে। অদুদি ৱাফমসি মাবু নীংশিংহল্লিবা করিগীনো? ইমুং অসিগী অৱাবা মাবু খঙহন্নীংলিব্রা? নৎত্রগা করিনোমা শিন্ননীংবরা?

মী ওইনা পোক্লবদি হিংবা তাই। সমাজ অসিগী মরক্তা লৈবা তাই। ছাত্র ওইরিঙৈদা শঙ্করাচার্য্যগা শক খঙনরকই। গীতা অমসুং বেদান্তগা ৱারী শানরকই। আত্মা অমসুং পরমাত্মা-কোসমোস-মায়ানচিংবা নৈনরকই। অদুবু সংসার অসি মায়ানি হায়রগা সমাজ অসিদগী লাপ্না চেনখিবা য়াররা। কর্ম্ম তৌ, অর্জ্জুন। হিংবা তাই। হিংবদা করি চংঙি? মসি নৎত্রা মচেনা হায়রিবা?

অদুবু মহাক হংদে।

— অমুক উংলবদি কৈদৌরে, করি খল্লিবনো?

— করিসু খন্দে।

— খল্লুনুদা ইপ্পাসিদি। পুন্সীসি লুনা খনবা ফত্তে। নচিন্দি শেংলমখিরোই। অদুবু চা থকপদি কায়দে। থকচিল্লু।

মচেদু মহাক্কী কাদগী থোকখি। কৈরাক্তা কুমথখি। চাকখুমদা ওইরমগনি। অমুক মতোমতা হংজরকই— মচেবু মহাক্না কয়াম্না খঙলবগে? পোকমিন্নবা ওইরবসু মী অমনা মী অমবু হেক্তা খঙলে হায়বসিবু য়াব্রা?

মচেদু নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ময়ুমদা হল্লকখি। লুহোংলবা মতুং চহী অমা খরা হেল্লকপদা। নুংশিননা চেনখিবনি। মোহোন ইঙক ঙকই। ঙৈহাক্কী শাওনদুনা লাক্লিবোই খনখি। নুমীৎ নীনী হুন্নি লৈরগা মবাইনা কৌবা লাকখি। অদুবু মচেদু মতুং ইন্নখিদে। মবাইদুসু ৱা ইঙাঙ ঙাঙবা মী নত্তে। মাগীসু চাউথোকচবগী মতৌ অমা ইরৈ লৈবগুম তৌই। ওফিসার মচা অমা ওইবগী খরসু লেমজনীংবা ওইরম্বা য়াই। অদুবু মোহোন খঙদে। মহাক মীগী মরমদা খনবা হৈনদে। হৈনখিদে। অদুবু মপা অমা ওইবগী মচাবু মপানা ফন্না

থেম্মী। মতুং ইনখিনবা। নুপাময়ুমদা চৎখিনবা। মতোমতা চৎপা ইকায়রগা থিনগে ফাওবা হায়খি। য়াখিদে। মপাসু মখা তক্লখিদে। অদুগা মবাইসু অমুক হন্না লাকখিদে। মচেসু চৎকে খনদে।

'ইবাইগা করিগী খৎনরিবনো, ইচে?' মোহোন্না নোংমা হংখি।

'খৎনদে।'

'খৎনদ্রগা করিগা লাক্লিবা।'

মচেনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা তপ্না হংলকই।

'ঐনা লৈবসে য়াম্না নুংঙাইত্রবরা?' মোহোন ৱাহং অদুদা খুমফম ঙৈহাক খঙদে। মচেদা মুন্না য়েংই। অদুগা মহাকসু ইতপ তপ্না হায়রকই—

'অদুগী ৱা নত্তে, ইচে।'

'নহাক সাইকোলোজি লৌরকই নৎত্রা? সবজেক্ট অদু লৌরক্লবসু মীনা ৱা অমা ঙাঙবদা মদুগী মনুংগী অর্থ ঐহাক খঙই। মসি নুংদা হেক্তো ফাওরকপনি। শেল থোক্তবা, অউনপোৎ য়াওরক্তবা— ইনাকখুনবা নিংঙোল ওইদবা মী অমদা ৱাহৈ অমত্তং কোৎচি কোল্লকপদা ঐহাক খাঙবা ঙমদে।'

মোহোন মখা তানীংলকখিদে। অকীবা ফাওরকই। মচেসু মখা তারকখিদে। মসিদগী হেন্না মরম অমমুক পীনীংঙাই লৈত্রবগুম মচেনা মনাক্তগী হেক থোকখিবগা মোহোন মতোমতা অমুক নুংবংনহৌই। খল্লকই মীগা মীগগী মরী অসুম অসুম লাপথোক্লরে। নুংশিবা হায়বসি ফাগীনি। মচেৎ মচেৎ থুগাইবা য়াবা।

মোহোন অমুক বোমগী নরমদা খনবা হৌরকই। চাদু থক্তে।

থোংনাও ময়াদা থারিবা চৌকিদা ফমদুনা মোহোন সরকলোমদা য়েংথৈ। রাম প্রসাদকী হোটেলদু বস পার্কিং ওইবনা মী কয়া চঙথোক চঙশিন তৌরি। বসশিংদা মী কয়া কাখৎনরি। বস অমসু কদায়দগীনো থুংলৈ। কয়ামা কূমথনরকই। কদায়দা চৎনরিবা? কদায়দা লাক্লিবা খোঙচৎ খুদিংগী মরম অমদি লৈফম থোকই। উচেক অমসু তাম্না পাইখ্রি। পম্বুং অমসুং খোঙচৎ...

মপানা লোক খুরকপগী মখোল তাবদা মোহোন মঙফাওনৈ। কয়াম কুইরবা হল্লকপা? মহাক খঙহৌদে।

— মী হায়দু উন্নরক্লবরা বাজি।

মচেসু মপাগী মনাক্তা লৈরি হায়বা মোহোন খঙলকই।

— উম, উন্নরক্লে।

স্বর অশাংবা অমা হোনখিবগুম তৌই। ঙৈহাক লৈরগা মখা তারকই,

— লুপা লিশীং তরামুক চঙদবা য়ারোইদৌরি। রাম প্রসাদতগী পুগদ্রা খঙদে।

— ইবুঙোগী থবক্কীদসু লুপা লিশীং কুন পুখিবসু শিংদ্রি। কাগী ভারাসু থা খুদিংগী অদুম পীরকই। মদুনা চানরিবনি। মচেনা তপ্পপ হায়খি।

— জি, পি, গ্রেজুয়েটিনচিংবদু ফংলগা হেক শিংলগা লোইরে।

মখাদা কুমথখিবগী মখোল তারকই। মোহোন হন্দক্তি থোংনাওরোমদা য়েংদে। সিলিংলোমদা য়েংদুনা লৈ। য়াম্না মুন্না। রাম প্রসাদকী হোটেলদা মপানা চঙখিবদু মহাক য়েংদে।

রাম প্রসাদকী হোটেলদা মোহোন তল তক্রি। মৈ ঙ্রুংঙ্রুং চাক্রিবা লৈরঙ ময়াদা মোরা মচা অমদা ফমদুনা মপানা শারবা খাংদা তল থাদরি। মৈশাদুদা মপামচা অনীমক হুমাংনা পূম্লুপ লুপই। অদুবু থবক্তি লেপ্তে। মমায়দা চেম্থরক্রিবা হুমাং অদু ফাওবা তৈথোক্লদে। রাম প্রসাদনা ঙৌখ্রবা ফৈজোম ফুরিৎ শেৎ চারদুনা মখোঙ নাম্মা মফৈগন্দা থাঙ্গৎতুনা থোঙজিন ময়াদা চা থক্কুনা ফম্লি। মোহোন অমুক অমুক রাম প্রসাদতা কিনা কিনা য়েংই। মখূৎতি লেপ্তে মনাকোংদসু থংনবা কাগী মচেগী পান দুকান মমাঙদা নুপা নহাশিংনা লাঙবগী মখোল তায়।

আত্মাদি শিবা নাইদে। নৈনং ছিন্দন্তি শাস্ত্রাণি নৈনং দহতি পাবকঃ...। আত্মানা শিরবসু করি কায়বগে? থম্মোইবু শোত্থহন্নবা করিগী লাইরিকশিং অসিবু তম্লরিবা? আত্মানা শিরবসু শিদ্রবসু হকচাং অসিনা শিরবসু শিদ্রবসু বোম অসিদি পোকখায়হনবা তায়। মাগী বোম অদু ঙসিদি শীজিন্নবা তাই। মফম অমদা হেক্তা ওইবা য়াই। মোহোন চপ লেপই।

— তামো। তামো।

মোহোন মীৎকপ খঙথোক থোকই। মমীৎ মনা ইরং লংখৎলি। ইঙাও ঙাওই। কোয়েং য়েংই। ফম্নংদা হুমাংনা পূম্লুপ লুপ্না তূম্নম্বদু মশা মথন্তা খঙজরকই। জ্ঞান তারকই। থোংনাওদা য়েংই। মপান্দা নুংশানা য়াক্লা শারি।

— তামো, ঐনি। নহানগী পোৎতু পুজখ্রগে। ঐহাক মতম খরা থাপ্পা চৎচরুরে। ৱারৌবিনু।

মোহোন অমুক নুপামচা অদুদা মুন্না য়েংলকই। ৱাহৈ অমত্তা মচিন্দগী ঙৈহাক থোরক্তে।



